# মসি শামথুবা ঊথং

(ৱারী মচা)

সুরাইলাংপম রেবতি শর্ম্ম

# কত্থবা




লাইওইশ্খ্রবা ঐবু পোকপিবা
য়োকপী থাকপিদুনা শেমগৎপিরকখিবা
ইজবসু পামজবা, শৈশকপসু ওইখিবা
৺কৃষ্ণদাস শর্ম্মা, ইপাগী তুংইন্না
ইজবদা পামজবা ভাওজবনা
ইজখিবা ৱারী মচাগী লাইরিক
"মমি শামত্থবা ঐথং"
সাহিত্য সমাজদা খুদোল তমজরি।

মহাক্কী মচা
**রেবতি শর্ম্মা**

**MAMI SAMKHRABA ETHAT** (*a collection of Twenty Short Stories*)
**by Phurailatpam Rebati Sharma.**






*Rights*:- **Author**

*Publish on behalf of the*
**Luxmi and Monalisha Publication**
*By*:- **Pukhrambam (o) Ibema Devi &**
**Takhelambam (o) Shantibala Devi**

**July, 2008**

*Copy*:- 1000

*Designed*:- **Rajen Khumukcham (Sagolband)**

*Price*:- **Rs. 95 (ninty five)**

---

*Printed at*:- **PANTHUNG COMPUTERISED PRINTER**
Keishamthong Laishom Leirak Machin, Imphal

# অইবগী ৱারোল

ঐনা পুংকক চাউরকপদগী লাইওইখ্রবা ইপাবুংনা খুইরবা মমিৎ অদু শুকতোক্লুনা মাঙ্গোলগী ফক্তা ফল্লদুনা ইদুনতা লৈবদু থেংনজরকই, মহাক্না ঐবু মতম অয়াম্বদা লাইরিক পাননবা অমসুং ইননবা তাকপি। পাবুংনা করিগুম্বদা খোংবুরোই কয়াগা ঈশৈ শকমিন্নদুনা পুং গোরতান থিন্দুনা মাঙ্গোলদা ইকোই কোইনা ফমদুনা নিনবসু থেংনজরকই। করিগুম্বদা ৱানোম ৱাইথিনগী ৱারী শান্নবা অমদি দরখাসনচিংবা ইবদু থেংনরকই। অয়াম্বা মতমদা ইবগী থবক্না মাগী ওইবনা ঐসু ইপাবুংগী মতৌ তুংইন্না ঙসি ফাওবদা ইবগী লমদা থোইনা খোইজংলকখি। ঙসিসু ইরকপা কৌবনা ইনিংবগী রাগদগী ঙসিসু ইরি। কনাগুম্বা অইবশিংনা কয়া কয়া ইজরবসু লাইরিক ওইনা ফোঙননবা শক্তি লৈনরক্তবনা খুৎইশিং অদুনা তাদুনা অদুম লৈরকপনা মপুক্লিং হন্থরকপদগী শোন্থরুরবা থম্মোয়শিং অদুবু মণিপুরদা ফোংবা পাওচেশিংনা নোংমাইজিং নুমিৎকী সাহিত্যগী কাখলদা তপ্না তপ্না ফোংদোকপিরকপদগী কনাগুম্বশিংগী ইবগী লম্বীদা ইথিল পিদুনা ঙাক্লৌ ওইহনবগা লোয়ননা মথৌ হাপ্লীরি। অসুম্না ঐগীসু পাওচেশিংনা ফোঙদোকপিরকপদগী ঐগী ইবগী লম্বীদা মথৌ হাপ্লীরক্লি। মদুনা ঐনা ইজরিবদুগী অশোয় অঙাম অমদি হেন্না ফগৎননবা, মগুন লৈননবা হোৎনজরকপদা গুরুগুম ওইরক্লি। তশেংনমক্তি মণিপুরদা ফোঙবা পাওচেশিংনা মণিপুরগী অইবা কয়াবু ইজবগী ইথিল পিদুনা ঙাক্লৌ ওইরি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। ঐনা ফোঙজরিবা ৱারী মচাগী লাইরিক অসিসু পাওচে খরনা ফোঙবিখ্রবা ৱারী মচাশিং অদু খোমজিন্দুনা মীয়ামদা লাইরিক ওইনা থমজবনি। মসিমক ওইহন্নীংবদগী হায়জরুবদা ইকাই খুম্নজরবা মণিপুরগী চিফ মীনিষ্টর মীং ওইনা

পঞ্জরবদা শ্রী ও. ইবোবি সিংহজিনা অচংবা চে গীদমক্তা মতেং পাংবীরকপা মতৌদা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মদুগা লোয়ননা অখন্নবা ইথক থোংবা খরনা- ব্রাপাং তেংবাং তৌবিরকপগীসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মংলেম পেচিময়ুম, মহাক মশামকসু শদিং অমদা চৎচবা মীঙোন্দা হায়জ চৎচবা হৈনজদবা সাহিত্য অমসুং সমাজগী মরমদা নৈনজবা কুইরক্লবা অইবা অমা ওইবতা নত্তনা 'ঐখোয়গী পম্বুং' চেফোংগী এসিস্তেন্ট এডিটর ওইবীরিবনা মনাওগীদমক্তনি হায়দুনা মশাগী থৌদা কয়াদগী কাইথোক্তুনা লাইরিক অসিগী প্রুপ পাবিবগীদমক্তা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। অদুগা পম্বুং প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংনা য়ারিবমখৈ অশোয় অঙাম য়াওহন্দনা কম্প্যুটরগী স্পিট অমদি প্রিন্টিংগী ফজবা টেক্নিক কয়ানা অথুবা মতমদা লাইরিক অসিবু পুথোকপিনবা হোৎনবিরিবসিদি ঐগীতা নত্তনা অইবা কয়াগী থম্মোয় পেন্নিংঙাই ওইরগদবা মতৌমক্লি হায়জনিংলি। অরোইবদা তোল্লবনা ইজরিবা ব্রারী মচাগী লাইরিক অসিগী অফ-ফত্ত নৈনবিরকপদা অইবনা তরাম্না ওকচবগা লোয়ননা থাগৎচগনি।

রেবতি শর্ম্মা -

# ৱারী মচাশিং

# নুংশিবা

**রিমস গেটকী** অৱাংলোমদা থোরক্লুনা জয়দু পি দব্লিউ দি ওফিস অমা লৈরিবদু য়ৌগে হায়দুনা লাকখি। মাগী মমাঙ অদুদা চুং ফীরাল চানা ফজবী লৈশাবী অমা চৎপদু উরুই। জয়না লৈশাবী অদুগী চাউদম-শাংদম্বা অদুবু য়েংলুই, অদুম্নমক মথৌগীদমক অসুম চৎলি। খঙহৌদনা লৈশাবী অদুগী মখুৎতগী রুমাল অমা নাম্থরক্লুনা তারকখি। জয়না রুমাল অদু খুল্লগা 'সে নঙগী রুমাল ওইরমাল্লে' হায়দুনা লৈশাবী অদুদা পীরুই। লৈশাবী অদুনা হোয়নি-মায়নি হায়দনা মকশীল্লবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা রুমালদু তপ্লা লৌখি। জয়না লৈশাবী অদুগী ফজখ্রবা ঈংলবা মায়থোঙ অদু ইমক মকশীন্না ৱা-লাং ঙাঙদবা অদুদা লৈশাবী অদুগী নীঙ্ঙমদবা অৱাবা অমদি লৈরম্বা তারে খনখি।

- নথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা উখ্রেদা ইবেম্মা?
- কৈদৌনি তামো। '
- করি নুংঙাইতবনো হায়য়ুদনা, ঐনা মতেঙ পাংবা ঙম্বা ওইরবদি পাংগে?
- নুংঙাইতবা হায়বদুবু করিনো, পুন্সি হায়বসিদি অৱাবা ঙাক্লি নুংঙাইবা হায়বদুদি মীকুপ অমত্তগী ৱানিদা তামো।
- ঙাইখো লাও, ইনেগী হোটেলসিদা চা অমত্তং থকখিসি, নঙগী ৱারীদু শাখিসি।

অসুম্না অনীদু ওফিস মনাক্কী হোটেল অদুদা ফমথরকই, জয়না চা বোরা কৌখ্রে। ইনেনা পম্বা তৌদনা শৎ-শৎ পীশিল্লকই। হৈনীংদ্রবা লৈশাবীদু য়েংলুরগা জয়না চা বোরাদু চান-থক্লবা হায়রকই।

- নঙবু কদায়দগীনো, নমিংনা করি কৌই?
- তামো ঐ শগোলবন্দগীনি, মিংনা তরুবী কৌই।
- তরুবী, হায়য়ু নঙগী নীংবা কায়বা ৱারী অদু তাশি?

- তামো নীংবা কায়বগী ৱারী অদু লীরন্দুনা কৈদৌদোইনো, ঐবু তেংবাংবদি কনাসু ওন্নরোই। ঐ হৌজিক্তি নত্তবা লীচং চংপা নত্তনা উপায় লৈররোই।
- তরুবী...

তরুবীগী মবুং অমগা মৌপ্পা অমগা লৈ। মবুং অদু হায়স্কুলগী ওজানি, মনাও অদু দাক্তর ওন্না থাগ্রে। মবুং অদুনা পৈশা ফজনা থাদুনা মনাও অদুবু দাক্তর তমহল্লি। মনম্মা অদুসু ওজানি। তরুবীগী মমাসু মপাগী পেন্সন লুপা লীশিং অহুমলোম ফংবনা ইমুং-মনুং অদু মেন তানা ফনা ফজনা পাল্লি। তরুবীসু মবুংদা অনা শিকি তানগদবগী শরুক হায়দুনা এমব্রোইদরী ৱার্কশোপ অমদা পৈশা খরা খরা তাল্লি। মদুগী মতাঙদা মবুংনা মদুদা মতম মাঙদুনা অনা-শিকি তানগদবগী শরুক পীক্লিবা মাগী মচাশিং শেন্নবনা ফৈ হায়বদগী ৱাথোক অমা ওইখি। নোংমদি খংন- চৈনরকপদগী তরুবীবু মবুং অদুনা ফু-চৈখি। মতৌ অদুদা মমা ইবেম্মা অদুনা মচলবু অসুম্না ফুবা হৌনব্রা হায়না মবুংবু চৈ-থাংদুনা থাম্লুবদগী মবুং অদুনা নখোয়গা মায় ওনশিন্ননিংদ্রে, নখোয় তোঙান্না চারো মতোপ্দা ৱা মচেং অমত্তা ঙাঙলগনু, মনাওগী পৈশাসু নখোয়না থোকপা থারো হায়দুনা ময়াইদা ফাওনবা ইমুংগী থোং অদু য়োংগী থাগ্রে। মমা উপায় লৈজদ্রবী অদু মচা তরুবীগীদা খন্দুনা উপায় লৈতনা নুমিৎ অদু মমা মচা চরা হেনখি। মতুংদা চাদবদি য়াদা খরা চা খরা চাদা ৱানা লেল্লকই। নোংমদি পোষ্টমেন্না পীরবা চিঠিঅদু মবুং অদুনা তরুবী মমা মচাদা পীননবা থাজীল্লকই। তরুবীনা মৌপ্পা অদুনা ময়াম্বুংদা লুপা লীশিং মঙাদং থারক্লবা চিঠি ওইরম্মী। মমা অমসুং মচেবুসু খুরুমজরকই হায়না ইরম্মী। তরুবীগী মিৎলুদগী পিরাং শীচ্লখি। মচা অহল অদুদা কয়ারক মমাদুনা হায়জখি অদুবু মনানা তাবিখিদ্রে। মরম অদুদগী তরুবীনা মাগী লৈজবা সনা-লুপা পুম্বা কায়থোক্লগা পৈশাদুদি থাগ্রে। অসুম্না মপাগী পেন্সন অদুনে অদুগা মানা কন্না শু-নোমজদুনা তাঞ্জবা পৈশা খরদুনে মদুদা খরা লেমজবদুনা লুপা লীশিং অনীদগী হেন্না লৈরক্লবদা অমুকী পৈশা থাননবা লৈরোইদৌরি। ঙসিদি পৈশা থারক্লবা চিঠি অমুক লাক্লবদা উপাই লৈত্রদুনা মহাক্না চরা হেল্লবা মতুংদা থিননবগীদমক্তা মাগা তিন্নজরম্বী লম্ফেলগী কাটরদা লৈরিবী মমান্নবী অমগী ময়ুমদা চংলুগে খন্না লাকখিবনি। ৱারী অদু খঙলবা মতুংদা জয়না তরুবীগী মবুং অদুগী মতৌদু হেনমল্লি খন্না ৱারৌখি।
- মমা-মপা মীরায়রক্লবা মচানা ঙান তাররুবা মতমদা মমা-মপাদা লাম্লে হায়দুনা

চঙজরকপা মশানা তাবনি। নঙগী নবুংদুসু নোংমদি লাল্লে হায়দুনা নখোয়দা শোয়দনা চঙজরকখিগনি।

নোংমদু ভাইবদা ইনাওদু মাঙবা তারব্রা? মমাও থাগীদি সনা-লুপা কায়থোক্লুনা পৈশা থাগ্রে লেমহৌরিবা থা কুনমাথোই্ অসিদি করম্না পৈশা থাগনি। ইনাওদুবু মাঙহন্নীংদে অদুনা মঙোন্দা ইম্নুংগী ফীভমসু খঙহনবা পামদে। মদু খঙলক্লবদি মহাক শোয়দনা মাঙবা তাবনি। মরম অদুনা ঐগী লশ্নী অমত্তা লৈত্রে, ঐগী ফিরেপ অসি নত্তনা উপায় লৈতে।

নত্তে নত্তে তরুবী, নঙনা লেপ্লিবা ফিরেপ অদুদি তাইওন্নরে। নঙবু ওক্তবী হায়বদুদি ওইহন্নিংদে।

ঐগী পুক্সি কন্নবগীদমক্তা তামোনা করি তৌবা ঙমগনি?

তরুবী, নঙগী পুক্সি কন্নবগীদমক্তা তঙাইফদ্রবদি অঙম্বা মতেঙ পাংলগনি।

তামো!

করিমত্তা চিংনরুগনু তরুবী, নঙগীদমক্তা ঐ লেপ্লি। তৌবতবু নঙ নহা ওইরি, লৈশাবী অমনি মরম অদুনা নশুং-নমান্নবা নঙবু খোয়দাজবা, পামজবা মতীক চাবা পাখঙ কয়া শোয়দনা লৈরমগনি। মখোয়দা ব্রারী অদু লীদুনা তেঙবাংহনবা ঙম্নবা হোৎনৌ, ঐগীদমক্তসু খল্লুনু তঙাইফদ্রবা মতমদা ঐ নঙগীদমক্তা অঙম্বা হোৎনগে। )

তামো, তামো নত্তনা ঐগী কনাসু লৈত্রে।

মদুমক্তসু খনগনু, ঐদি নঙগী পুক্সিবু মাঙহন্নিংদবদগী নঙবু কনগে নৌপ্পাবু কনগে খনবনি। মসিদা করিসু উপায় লৈজদ্রবী লৈশাবী অমবু অসুক য়াম্না মতেং পীশিল্লিবনো, নঙনা লৈশাবী অসে নমদুনা মাঙহনগে তৌরিব্রা হায়না হংবা য়াবা ব্রাফম্নি। ঐনা নঙোন্দা ইতেং পীরগা নঙবু খুদুম চনগে হায়বদি নত্তে, মরম অদুনা নঙগী ব্রাখলদো খজুখিগদবনি।

তামো নচলবু ব্রারৌগনু। হৌজিক্তি ঐগী ফিরেপ নকাদা য়েৎচবা নত্তবা ব্রাখল অমুক খলহনবিরগনু।

অসুম্না তরুবীনা পিরাং পিরোইনরক্লবদা জয়না থা অদুমগী থাফম থোকপা অব্রাৎপা লুপা পীবিখ্রে। অদুবু মখা তাবগীদি তঙাইফদবা মতমদা উননবা শীনখি।

জয় শৈজাংদগীনি। মহাক লম্ফেলদা লৈবা পি দব্লিউ দি গী ওফিস অমদা থবক তৌবনি। মহাকসু য়াম্না ব্রানা হৌজরকপা নুপানি। মহাক নুপী লৈরে অদুবু মীনুংশিদি য়াম্না খঙবা মীনি। মহাক্না হৌজিক্তি তরুবীগী মতেং খরদং পাংবা ঙমব্রা য়েংগে মখোয়না হৌনবী খঙবা ওইরগনা মতম অমদা মাগীসু মতেঙ পাংলকপা য়াই অসুম্না খনখ্রে।

মরক মরক্তা তরুবীদু জয়গী থবক মফম খঙলবনিনা জয়গী ওফিসতা লাকই। অনীগী ব্রারীদু অচম্বা ব্রারীদি ওইরগা মওং অমমমদি লৈনখি। তরুবীনা জয়বু মতা অমা ওইনা নুংশিখি অদুবু জয়নদি আশা অমা লৈজরগসু তরুবীবু থম্মোয়দগী লাপ্লপ থম্মী, অদুম্মক তরুবীগীদমক্তা অঙম্বা মতেঙ খরদংদি পাংগে নীংলি। তরুবীনা উপায় অমা লৈতদুনা তৌদবা যাদবা ওইবনা মরক মরক্তা থা থাগী মৌপ্বাগী শেল থাননবা মানা তুংশিঞ্জবা খবদুগী অব্রাৎপা খরা জয়দা নিরখি। তরুবীদু জয়গী ময়ুমদসু অহুম মরিরক লাকখ্রে। জয়গী নুপীগসু শকখঙ মায়খঙনরে। মতৌদুদা তঙাইফদ্রদুনা জয়না তরুবীগীদমক বেঙ্ক একাউন্ট হাংবিদুনা লুপা লীশিং কুন্থ্রা থমজিনবীরে অদুগা মনাক্তা তোয়না লাক্তনবা অমদি ময়ুমদা লাক্তনবা হোৎনখ্রে।

মতমনদি অসুম হৌখিবনা তরুবীগী মৌপ্বা দাক্তর তম্বা লোইরদুনা থোরক্লে। থোরকপগা ময়াম্বদা ব্রারী পূম্নমক তৌই। অদুবু ময়াম্বা অদুনা ব্রারী পূম্নমক লীরবা মতুংদা তরুবীনা করম্না পৈশা থারিবা মহাক ওক্তবীগী লম্বীদা শোয়দনা খোঙদারবনি হায়না মনাওবু চিংনহল্লে। মচীন-মনাও অনীদু খৎনবগা লোয়ননা খন্নবদগী খোয়শাওনরদুনা তরুবীনা করম্না অসুক য়ামখ্রবা পৈশা অসি অসুক শাংনা থারিবনো মহাক ওক্তবীগী লম্বীদা শোয়দনা চঙলম্লনি হায়দুনা তকশীল্লক্লে। মমৈদা তরুবীনা মাগী তামো জয়গা করম্না থেংনখিবা অমদি মতৌ করম্না মানা তরুবীগী মাঙলগদবা পুন্সি অদু কনবতা নত্তনা দাক্তর তন্নিবা মৌপ্বাগী পুন্সিবু কনখিবা ময়েক শেংনা তন্লে। মতৌ অদুদদি শাউরবা মৌপ্বা অদুনা ময়াম্বা অদুদা মাগী কা হেল্লবা নীতি অমসুং চমজরবী মচে অদুনা মাগীদমক্তা ব্রাবদা মপুন্সি মাঙলমগদবা অদুগীদমক চীন্দা পাউদানদুনা খৎনরক্লে। মমৈদা মবুংনা তরুবীদা লাল্লে হায়জবগা লোয়ননা, তরুবীগী পুন্সি কনবতা নত্তনা মৌপ্বাগী পুন্সি কনখিবা নুপা অদুদা মাগী চঙখিবা পৈশাশিং অমত্তা চীংথদনা শিংননবা মমা-মচা, মচীন-মনাও পূম্নমনা য়ানরে।

মতম খরা লৈরগদি জয়গী পৈশাশিং শিংবা লোইরে। তরুবীগী মৌপ্পাসু থবক ফংদুনা দাক্তর ওইরে। মতুংদা তরুবীবু মমানা পামজবা বর অমদা লুহোংনবা মবুং-মৌপ্পা অমদি মমানা তকশীল্লক্লে। মৌপ্পা অদুনা মচেগী লমন কাউণ্ডল্লোই মরম অদুনা মানা ওম্বমখৈ হোৎনদুনা চাউনা লুহোংগনি হায়দুনা হায়বিরে। ফীভম অসিনা অনাবা লোইরবী তরুবী ফমুংথক্তা য়াতাখ্রে। মতৌ অদুদা মবুং অমসুং মৌপ্পা অমদি মমাগী অৱাবা অমা ওইরক্লে। মতুংদা মবক-মরক্তা সেবা তৌরিবা তরুবীগী মমানা তরুবীগী মগুলানগী চোইরোলদা মাগী তামো জয়বু শোনবগুম তৌরক্লে। মমাগী পিরাং শীহুখি। মাগী পুন্সিদা নত্তনা মৌপ্পাগী পুন্সি ফাওবা কনখ্রবা মাগী তামো জয়গী লমন তোল্লি হায়বসি তরুবীনা খল্লি। ফীভম অসি ফরক্লরোই খন্দুনা ৱারী পূম্বা তরুবীগী মমানা মচানুপা অনীদুদা তমখ্রে।

পহুবা নাইদনা তরুবীগী মবুং মৌপ্পা অনীদু জয়গী যুমদা থুংলখি। অনীদুনা জয়দা তরুবীগী ৱারীশিং তল্লখি। জয়না মাগী নুপীদা ৱারীশিং অদু তল্লবদা মতৈ মনাওদু তরুবীগী মনাক তল্লকখি। য়াতাদুনা ফমুংথক্তা লৈরিবী তরুবীনা জয় উবদা পিরাং শীহুনা হরাওজখি। মতম অদুদা জয়না তরুবীদা তরুবীবু মচল অমগুম্না খন্দুনা লুহোংবদুগী দান ফাওবা মবুং অমগুম্না পীগে হায়রক্লে। তরুবীনা মহাক্তি ময়ুম পাল্লরোই হায়না ময়ামদা হায়জরক্লে। মতৌ অদুদা জয়না ফনা ফজনা হায়জরবদগী তরুবীনা জয়গী য়াথং ইল্লগে হায়দুনা হায়জখ্রে। জয় কা অদুদগী থোকখ্রে। য়াতাদুনা লৈরিবা তরুবীনা ফমুংদগী তপ্না হৌগৎচরগা জয়না চৎখিবগী খুয়া উফুলদু লৌজরগা তপ্না কোকথক্তা হাপকৎচখি। লোয়ননা মপুক্লিংদা খঞ্জখি 'নোংমতং ওইরবসু নওগী ওইথ্রবীনি শল্লগে'।

*)*(*

# অহিং অমগী নুংশি মিলন

- নঙগী থাবলগুম্লবী মাইথোঙনা ঐবু কয়াম কুইনা শুমহৎখিগদগে? নঙগী আশানা ককঙাওনরবা থম্মোয়সে পোথাফম খঙদ্রে।
- নশুংলাংগী ঐসু ব্রাজরিবসিদি, পম্বুং অদু য়ৌদ্রি ফাওবদি নঙ ঐ খরা খাঙমিন্নবা তারেদনা।
- পম্বুং অদু করম্বা মতমদা য়ৌরকখিগদগে, তম্বা ঙমদ্রবা মীওইপোক্নি। মরম অদুনা পম্বুং অদু ঙাইনা ঙাইনা নঙ ঐ......
- পুক্সি ঈপাক অসিদা হিনাও অমতদা তোংমিন্ননা, পুক্সি ঈপাক লানমিন্নবা মসিতনা ঐগী আশানি, আশা অসিমক্তা পম্বুং অদু য়ৌনবা অহানবা অমসুং অরোইবা লম্বীনি।
- আশাগী মরুমদা পোথাদুনা হিংজরীবা পুক্সিনি, পুক্সি অসে নঙতগী আশাদা পোথাজরিবনি। নঙগী অরোইবা আশা অদুমক ঐগীসু আশানি, অসিগুম্বা নঙ ঐগী আশানা পম্বুং অদু শেমগদবনি।
- পম্বুং অদু শেম্নবা শিনবনা ঐ অমসুং নঙগী অরোইবা থৌদাংনি। পম্বুং য়ৌদ্রি ফাওবদি......
- অমরাবতি লৈকোন্দা লৈগী শৈজাদা লৈগী নোং মরক্তা নঙ ঐ শোয়দনা নোংমদি শান্নরকখিগনি। মদু ঐ খঙদবা নত্তে অদুবু মতম অদুগীদমক্তা অচিকপদা নঙগা ঐগা ব্রিরী শানবা পান্নি।
- ওহ্রোক্লো ইথৌ লাংলবা হায়বদুনি, ফরে নিংথৌকাবা নুমিৎকী মেরাগী পুর্ণিমা অহিং অদুদা নঙ ঐ উন্ননবা ঐ থৌরাংলগে, অহিং অদুদা নঙ শোয়দনা লাক্লো।
- মদুমক্তি ঐনসু পান্নিবা, অহিং অদুমক্তি ঐনা ঙাইজরিবা।

অসুম্না রেষ্টোরেন্টকী কেবিন মনুং অদুদা কোফি অমমম্ থক্লা থক্লা সুনিল অমদি রোসনি ব্রারী শান্নরম্লবা মতুংদা ময়ুমগীদমক্তা কায়নখ্রে।

ঙসিদি মেরাগী পুর্ণিমানি, থাবলনা পুমঙাল ঙাল্লগদবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাই অদুনি। নুমিৎ অসিমক্তি মহৌশানা শাবি শানৌ ওইবা কয়াগী পুক্লিং হুনিংঙাই ওইবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিতবু ঙাইজবদা ককঙাওনরম্বা সুনিলনা ঙাইঙমদনা তাদা কুমারনা মাগী উরিপোক্কী ভারাগী কা অদুদা চাক চরা অমতং চাননবা প্রোগ্রাম শেম্লদু সুনিলদদি ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা হায়বদু ওইখ্রে। মরমদি তাদা কুমারগী ভারাগী য়ুম অদু মাগী চান্নরবী রোসনিখোয়গী লৈকাই অদদুনি। মরম অদুনা নুমিদাং অদুদা তাদা কুমারগী কা অদুদা চাক চান্নরগা মাগী থম্মোয়গী খৌরাংবা অদু ঙাইদুনা মতম খরা লেল্লগা অহিং ওইরকপদা রোসনিগী থাবলগুল্লবী মাইথোং অদু পুর্ণিমাগী থাজগা চাংদম্নজগে হায়বদু মহাক্কী আশানি। য়াইস্কুলগী তাদা ওমোর অমসুং ওক্টো ড্রাইভর সুবোলসু ওক্টো পুরক্তুনা তাদা কুমারগী য়ুমগী মনিংদা য়েন শেমদুনা মখোয় মরি চাক চানবা অদু পাংথোক্লবা শেম শারি। অহ্মদুদি অহন ঙাক্লি নহাদি সুনিলতনি, অদুম্নমক এম এ তম্লিবা ছাত্র অমা ওইবনিনা মখোয়না সুনিলবু ইকায় খুম্নৈ অমসুং মঙোন্দা অমোৎপা থবক শিন্নবিদে। পুং অমগী মনুংদা কুমারনা সুনিলবু কা খরা লৈহৌরুসি হায়দুনা থোঙ্গালদা নহা ওইরিবা সুনিলগা লাকমিন্নরে। থাবলগী ফজরবা মঙাল অদুদা লৈশাবী অনী চৎপদু মখোয়না উরুই। মতম অদু পুং ৭.৩০ রোম তারকপা মতম ওইগনি। তাদা কুমারনা লৈশাবী অনীদুদা 'নখোয়বু কদাইদনো' হায়দুনা চম্না লক্লরুই। লৈশাবীশিং অদুনা 'কোইরিবনি' হায়রম্লগা খোঞ্জেল থোক্লা নোকখি। মতম অদুদা খঙহৌদনা নুংনা পুপ পুপ কদোমদগীনো খঙদনা থারকখি। তাদা কুমারদো করি খল্লুরবনো খঙদে মনীংলোমদা হন্দুনা হৌদুনা চেনখি। ক্লবকী শঙ অদুদগী নহারোল খরনা 'ঙাইখো ঙাইখো' হায়দুনা লাওনরকখি। অদুদগীদি সুনিলসু মফম ইখঙ খঙদনা তাদা কুমারগী মতুং ইন্দুনা চেনবদা তাখি। মতুংদদি মীয়াম অমনা মফম ইখঙ খঙদনা লাও খোংদুনা মখোয় তম্না তান্নরকখি। 'ঈ' শেবকী বিল্ডিংগী শঙ্গাই অমদা তাদা কুমারদু চেনশিনখি অমসুং থোঙ অদু লোনশিনখি। মঙগুম মফম খঙদ্রবা সুনিলদু য়ুম অদুগী ঙাল্লবা মঙাল মরক অদুদা মীয়াম্না কোইশিনখ্রে। লৈতুম নুংদুম্না মঙোন্দা লংশিল্লক্রে। মদুদা নঙনা নহারোল খরনা মাঙ্গোলদা কাখৎলক্তুনা খোঙনবু কাওবনে,

খুতুম্নবু শুবনে য়াওরক্লে। অদুবু য়ুমথংনবদা লৈবা নহারোল খরনা মাবু ঙাক শেনবীদুনা শোক্তনবা হোৎনবদগী কনবদি ঙমখি।

হৌজিক্তি সুনিলবু ক্লবকী নহারোল অদুনা ফারগা ক্লবতা পুরক্লে। মহাক অমদি মাগী খোঙবুনা অচিকপদা লৈশাবীশিং লক্লদুনা কাতু-কারন তৌগে থৌরাংলম্লে হায়বা মরালদা ফাবনি। পুলিস পেট্রোলিং অমা লাকপদা ক্লবকী মীওই কয়ানা ব্বারী লীদুনা সুনিলবু ফাদুনা পুবিখিনবা ব্রাকৎখ্রে। পুলিসশিং অদুনা সুনিলগী মফমদা ব্রাহং পাউহংনরবা মতুংদদি সুনিলদু লান্দে খঙবদগী মহাকপু ফাবা ঙমদ্রে। 'মরাল লৈগদবা মান্দে য়ারবদি নখোয়না মহাকপু থাদোকপিখ্রো' হায়রম্লগা পুলিস চৎখ্রে।

অদুবু সুনিলদি ক্লবনা ফাদুনা কা মনুংদা অদুমক ফমহল্লি। জ্ঞান চমম্নরবা সুনিল মফম খঙদে কা অদুদা মীওই খরগা ফমদুনা লৈরি। মতম অদুদা লম খরা হেনবা নহা অনিখক লাক্তুনা সুনিলবু কা অদুগী মপান্দা পুথোক্লবা হোৎনরকই। খরনদি মাবু পুথোকপিদনবা হায়জে অদুবু নমদুনা মখুৎ চিংদুনা ভেরেন্দাদা পুথোকখ্রে। খঙহৌদনা নাতোন নাকচিদা নহা অমনা খুৎতুম্না থিঞ্জিনবীবে। সুনিল চৈনা অদু খাঙবগা লোয়ননা ঈ মতৎ-মতৎ তারকপদু থেংনখি। মহাক য়াম্না নুংঙাইহৈরমদে অদুম্নমক খাঙবা তাখি। মমৈদা অনী অদুনা ঙসি মখোয়না মঙোন্দা তৌরিবশিং অদুগী লমন খুল্লকলোই হায়না ব্রাশকউ হায়রে। মতৌ অদুদা সুনিলনা খঙলে মহাক মরাল লৈতনা মরাল শীজিন্দুনা ফুবনি। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা য়ু থকপা মীসু য়াওরে। মরম অদুনা মহাক্লা মদুদা ব্রাশক্তবদি মহাকপু অমুক হন্না ফু- চৈবা তৌরকপসু য়ারি। হৌজিক্তি মহাক্লা য়াম্না তপ্না মনাতোন ময়াগী তপ্নাতপ্না তারক্লিবা অঙাংবা ঈ অদু মখুৎ য়েৎনা তপ্না তৈথোক্লগা 'ঈ অদুনা শাখিনি মহাক থৌদোক অদুগীদমক্তা লমন খুল্লক্লোই' হায়না ব্রাশক্লে। তাঞ্জা অদুমক্তদা পুলিসকী গাড়ি অচৌবা অমা মফম অদুদা থৌজিল্লকপদদি ময়ামদু কায়দুনা চেন্নখ্রে। পুলিসনা মীওই অহুম ফারে। তাদা কুমারনা চেনশিল্লক্তুনা সুনিলবু কোল্লরে। অদুগা গাড়ি মথক্তা পুখৎখরে। সুনিলদু খরদি শোক্লে অদুবু কা হেন্না কায়বা খোৎপগী মতৌদি ওইদে, অদুম্নমক সুনিলনা মরাল শুকলৈ লৈতনা শা-ষণগুম্না ফু-চৈবা মতৌ অদুগীদমক্তা থোইদোক্লা পেনখিদে। তাদা কুমারনা মহাক শিবা তারে হায়দুনা পুলিস ষ্টেসন্দা চেন্দুনা পুলিসশিং অদু পুদুনা মাবু কনবা লাক্লিবনি হায়দুনা থেমজনবীরে। মতুংদা পুলিসশিং অদুনা মরি মখোঙ পুন্সা খঙলবা মতুংদা মখা তাবা তদন্ত চখনবা

অফাবা খরদুগা লোয়ননা ষ্টেসনগীদমক্তা গাড়ি থৌরক্লে।

পুলিস ষ্টেসন য়ৌরে। এস.আই. অদুনা সুনিলদা করি মখা চখসিগে হায়রক্লে। সুনিলনা মহাক কেস তৌনবা পামদে মরম অদুনা ফাবিরিবা মীওইশিং অদুসু থাদোকক্লো হায়জরবদা এস.আই. অদুনা ফারিবা নহা অহুম অদুবু থাদোকখ্রে। তাদা কুমারনা সুনিলবু কয়া চৈখি। অদুবু সুনিলনা মপুকচেল ফাথনা তাদা কুমারবু শাওদনবা থেমদুনা পুলিস ষ্টেসন অদুদগী থোকমিন্নরক্লে। মতুংদা সুবোল অমদি ওমোরনা থোংলি থাক্লিবা পূন্নদু শগোলবন্দদা পুরক্তুনা তাদা শেখোরজিৎকী ময়ুমদা থনম্লবা মতুংদা পুলিস ষ্টেসন তম্মা সুনিল অমসুং কুমারবু লৌবা লাক্লে। পূম্নমক থেংনরবা মতুংদা মখোইনা সুনিলবু রিমসতা পুরদুনা ট্রিটমেন্ট খরা পীরবা মতুংদা শগোলবন্দ তম্মা লাক্লে। কুমার শুবোল অমদি ওমোরনা শেখরজিৎ অমদি মহাক্কী মচা-মনাও কয়াদা ব্রারী অদু লীরুবদা পূম্নমক্না থোইদোক্না পেন্নখিদ্রে। শেখরজিৎনা কন্না শিল লাংদুনা থেম নৌদুনা পূম্নমক্না চানা থক্লবা অদু চখনবা থৌরাংলক্লে। অদুগা লু লুক্লনা লৈরিবা সুনিলদা মখা তাবা থবক লৌখৎখিনি, করিমতা নুংশা থীরুগনু হায়না থেমদুনা চাক অদু চাননবা হায়বিরে। ময়াম ব্রারী শানা শানা চাবা থকপদু হৌনরে, তৌইগুম্বসুং সুনিলদি হাওববা চাক অদু নীংথি নুংঙাইনা চাবা য়াখিদ্রে। নোক্লা খেনা নুংঙাইনা চাগদবা চাক অদু সুনিলগী মতৌ অদুদা নুংশুক নুংজাননা চাবগুম তৌনখি। মাগী তাদা শেখরজিৎকী য়ুম কা অমগী ফমুংদা খুৎথিন অমদি খুৎকাও লোয়ননা নুংদুম লৈতুম্না থাখিবদা শোক্লবা হকচাং অদুনা হিপথরকপদা অহিংগী পুং ১২ গী ব্রাল ক্লোক্কী কাংশি য়েরক্লে। কা হেনবা চৈনা নত্রবসু খরদি মপুম থিৎলবা সুনিলনা ফমুং থক্তা রোসনিগী মায়থোং থাজদু উরক্লে, অদুম্নমক পুংফম অদুদা মহাক্লা রোসনি উন্ননবগীদমক্তা চৎপা হায়বদুমদি ওইথোকত্রে। মীৎলু পিবাং শিহ্নদেতা থাক্লিবা সুনিলদু থাবল ফরবা মেরাগী পুর্ণিমা অহিং অদু মহাক্কী খুদোংথীবা অহিং অমা ওইখ্রে। ব্রাখল অসিনা থম্মোয়দা রোসনিদা মঙলান্দা পাওদমজে। মতম কয়াদগী ঙাইরক্লিবা অহিং অদু শাবি শানৌ অনিমক্লা মিৎলু ইরা ইহৌননা লেন্নখি।

*)*(*

# ঐ ইচলগী খোঙ্গুল লীকখিনি

**নবকান্তদু** যুমদা মাগী নুপী মীরোল্লবী থা শুরবী শুশিলাগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী তৌরি।

- ঙসিদগীদি হোস্পিটালদা লৈবা তাবনি, ভিমোদু অমুক্তা লাক্লবদি ৱা অমতা তান্নগে হায়ববু লাক্লিনেসে।
- ভিমোসে ঐখোয়দা তোইনা তোইনা লাক্লিবসে ঐদি ঐখোয়গী চান্দনিদা আশা অমা তৌবা মাল্লেকো।
- তৌবু তৌরবদি ফরবনি, লুখ্রাবী মচা ওইজরবসু মশা এম এ নি প্রাইভেট স্কুল ওইজরবসু লীংলবা স্কুল অমদা ঐগা ওজা ওইমিন্নরিবনি, লাইরিকসু য়াম্না ফগ্রবা মীনি।
- পাখং অরিবা হায়বসিদি মরৌ লৈবনিদা।
- পংলি লিবা নংতে কৈনো, চহী কুন্থ্রামুক্তা ঙাইরি মচল নুপী অদুগা মমা অদুগা মখোয় অহুমখক্তনি, মমানা কৈথেল লুকমাই পান্দুনা মচাদু এম এ তমহল্লক্লিবনি, ফজনা শিংলি হায়নৈ মাগী পোৎফমদু, লৈমীন্নবদা নুংঙাইগদবা ঙাক্লি।

  মতম অদুদা ভিমোদু মোং হাদনা ঈংনা চঙলকই।
- নঙগী ৱারী শারিঙৈসিদা নঙ লাক্লবা, ঐদি নঙ শোয়দনা লাকখিনি ৱা অমতসু তান্নগে খল্লিবনি।
- ঐনা নঙ নোংমতা উন্নহৌদবা য়াওব্রাও স্কুলদরা নংত্রগা নয়ুমদরা, করি তান্নসি হায়বা ঙসি শুশিলাবু ডাক্তরদা পুগদৌরিবরো?
- ঙসি পুগে খল্লি, ঙাইহাক্তং চৎমিন্নরুসি নুমিৎ নীনি হুমনিদি লৈগনি নঙসু খরা মতেং পাংউ নঙগীদা অমুক ঐনা পাঙগদৌরিবনি।

- হেরা অদুগী ৱাবু।
- হায় চান্দনি নঙ তামো ভিমো লাক্লিহে চাদো অহুমদং শেল্লকউ।

ইকুই কুইদনা চান্দনিনা চা অহুম পুরকই অদুগা মাগী তামোদা, ভিমোদা অমসুং শুশিলাদা পিখি।

- য়াম্না থুনা লোল্লকইনা?
- ঐদি হান্না রেডীদা থল্লবনিনে, তামো ভিমো লাকপা মতম য়ৌরে, হোরেন তামোনা চা পুরকউ হায়রক্লনি খঙলদুনা, হাওব্রা হাওতব্রা থকউ।

অসুম্না মখোয় মরিদু ঙসি শুশিলাবু হোস্পিটালদা পুননবা ৱা খন্নরকই। চান্দনিনা ফিরোল অমদি পুগদবা পোৎ-চৈশিং মাগী তামো নবকান্তগা লোয়ননা শিল লাগুই। মতুংদা ভিমো থাদুনা ভান অমা ৱাইরুরগা শুশিলাবু হোস্পিটালদা পুননবগীদমক নবকান্ত, ভিমো, শুশিলা অমদি চান্দনি মমা ইবেম্মা সুমিত্রগা লোয়ননা জে.এন. হোস্পিটাল য়ৌখি। লম্বীদা ভিমোগা চান্দনিগা লাকমিন্নে।

- নখোয়দা ঐনা তোয়না তোয়না লাকপসিদা নঙ হৈনদব্রা?
- লাকউ কৈনো চাসু থকসি করিগী হৈনদনেগে।
- ঐদি নোংমতা নঙ উহৌদবদা তূম্বা চাবা খঙদে।
- করিগীনো অদুবু?
- নুংশিরব্বনিদনা......
- অদুগী ৱাদি ঐ লাইরিক তম্বা লোয়দ্রিফাওবা, ভাব তারেদনা।
- অদুদি ঐদি পাখং শরি শেংদৌরিদনা। (অনিদু নোকমিন্নে হা... হা... হা...)

ঙসিদি শুশিলাদো খাঙবা ৱানা ডাক্তরদা লৈরি। ঙসি নুমিদাং অসিদা তঙাইফদ্রবদি ওপরেসন তৌবগী ফিভম ফাওবা লৈরে। মরম অসিনা নবকান্তগী মমা-মপা য়ুম অদু থাদোক্তুনা অহিং অদুগীদমক্তা ডাক্তরদা লাক্লে। মবোক হনুবী মমিৎসু উদ্রবী মনাসু তাথিরবী অহল অদুগা চান্দনিগদা য়ুম অদুদা লৈহৌরে। নবকান্তনা হায়রকপগী মতুং ইন্না মচল অমসুং মবোক অদুবু খরা য়েংশিনবীরম্মু হায়দুনা ভিমোদু চান্দনিগী য়ুম অদুদা মবোক অদুগা চান্দনিগা ৱারী শাদুনা লৈ। চাক ঙন্না থোংলগা চানখ্রবনিনা থবক লৈতবদগী মখোয় ৱারী নুংঙাইনদুনা লৈবনা ভিমোদু নুমিদাং অথেংবগী পুং ১১ রোম তারবা মতুংদা ময়ুমগীদমক খোঙশানখি।

নুমিৎনা নোংপোক অতিয়াদগী হায়রপ হাইগৎলক্কবা মতমদা নবকান্তগী মপা ইবুংঙো চন্দ্রদু য়ুমদা লাকখি। অয়ুক ঙন্তা অদুদা য়ুমগী থোঙজাও অদুগী পুনাদু মপাললোমদা লোনশিল্লম্বা অদুদা চিংনরবা চন্দ্রনা তন্না হাংদোক্কুনা ইমুং চঙলুবদদি নুংশিজরবী মচা ইবেম্মা চান্দনি ইমুংদা খাঙেলদা খুদৈনা থৌরি য়ান্দুনা লৈরম্মী, চন্দ্রনা খঙহৌদনা লাও খোঙখি, মমা ইবেম্মা হনুবী অদুসু ফমুংদা শিদুনা তাদুনা লৈরম্মী। মাগী খোল্লাও অদু তাবদা য়ুমলোন্নবদা লৈবা নুপী অঙাংশিং অমদি নুপা কয়াসু 'করিনো, করিনো' হায়দুনা চঙশিন্নরকপদা শিরিবা খুৎশি অদু উখি। য়ুমলোন্নবা অমনা খুদক্তা পুলিসতা ফোন তৌখি। মনে মন্দোল কয়া কপ্পা লাওনখি। চন্দ্রা জ্ঞান মাঙনা অঙাওবগুম তৌখি। লৈকায়গী মী মরি মরি চঙনরকপগা লোয়ননা পুলিস লাকখি। পুলিসনা মরি মখোং পূম্নমক অদু হংলবদা নুমিদাং অথেঙবা ফাওবদা ভিমোনা য়ুম অদুদা লেল্লম্বা অদু খঙনরে। মদুদগী পুলিসনা চিংনরদুনা ভিমোবু ফাদুনা পুখ্রে। অশিবশিং অদু পোষ্ট মোর্টেম তৌনবা রিমস্তা পুলিসনা পুখৎখ্রে। মী অমতা নত্তনা অনি হাৎপগী পাউ অদু তাবদা লৈকায় অদুগী মীয়াম্না ভিমোবু তমথীনা খন্নখি। অদুগা শোন্নখি, হৌদোং তুমিন লৈবনা চফু ভমই। নুংথিলদদি পোষ্ট মোর্টেমগী রিপোর্ট ফংলে। চান্দনিবু রেপ তৌরবা মতুংদা হাৎতোক্লগা থৌরি য়ানশন্দুনা থনম্বনি। অদুগা হনুবী অদুসু মখৌরি মেৎখাইরগা হাৎতোক্লগা থনম্বনি। পাউ অদু তাবদা মমা ইবেম্মা রনধোনি মচা ইবেম্মা রোমাগা পাখৎপা অমদি মীপাইবগা লোয়ননা কোক্তা ঈশিং থানখি। খঙহৌদনা লৈকায় মীয়াম হৌরক্কুনা চঙলক্কুনা থাঙ-তা লোঙনচিংবা পায়দুনা খোইশাওননা মমা মচাবু য়ুমদগী মপান থোকখ্রো হায়দুনা থোকহল্লগা কেরোসিন হৈজিন্দুনা য়ুম অদু মৈ থাখি। মমা ইবেম্মা অমসুং মচল ইবেম্মা অদুনা ওন্ন থোইনা 'মাঙলে মাঙলে' হায়দুনা চোং ফন্দুনা কপখি। অদুবু খোইশাওনরবা মীয়াম অদুনা অনীদুবুদি মফম অমদা লেঙহন্দনা থমদুনা কনখি।

মরাল লৈজদ্রবা ভিমো জেলদা লৈরে। মহাক ব্রাবগী পনখৈ লৈখিদ্রে। মহাক মরাল শুকলৈ লৈতনা মীহাৎপগী দণ্ড অদু ফংলগনি খনজবদা ওস্থোক্লা পেন্দনা ঈশ্বরবু নিঙ্গা তৌদুনা লেনখি। মতম অদুদা পিরাংনা চোল্লবা মমা ইবেম্মা রনধোনি অমশুং নুংশিজরবী চহী ১৮ অ ডায়রিবী রোমানা মখোয়গী য়ুম অদু উং ওইনা লৈকায়গী মীয়াম্না মৈ থাদোকখিবগী পাউ তমদুনা জেলদা তেংথাররে। ভিমোনা মমা

অমসুং মচলদা মহাক্না মী হাৎলুদে হায়না তমজখি অদুবু কৈদৌনি ফিভমনা মহাক মীহাৎপদা তাখ্রে। মমা অমসুং মচলদু শৈজাংদা লৌতাদুনা লৈবা ময়াম্বুংগী যুমদা লেল্লুরগে হায়রল্লগা কপ্লা কপ্লা বিদায় পীরল্লে।

মমা অমসুং মচল অদুনা মাগী মামহন অদুগা লোয়ননা উকিল তান্নরে। অদুবু কেস অদুদা ভিমোদু লৈথোক্লিংঙাই মরম লৈত্রে। মহাক সারকমসটেনসেস ইভিডেন্সতা মীহাৎপা অদু শোয়দনা ওইগনি হায়খ্রে। মরমদি মহাক্কী খোঞ্জেল অদু অহিং পুং বারো তারকপদা চান্দনিবু হৌদোকপা যুমথংনবদা লৈবা মীওইশিংনা তাহৌখি হায়বিরে। উপাই লৈত্রবা মমা ইবেম্মা অমসুং মচল লাইবক থীবী অদু নিঙমদনা শৈজাংদা হনখ্রে। হৌজিক্তি সেসন কোর্টকী বিচারগী মতুং ইন্না ভিমোবু নুপী অনী নুমিৎ অমখক্তদা অহিং অমতদা অমবুনা রেপ তৌরগা হাৎলে অদুগা অমনা মখৌরি মেৎখাইদুনা হাৎলে হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা জেলদা লৈননবা হুকুম থোকখ্রে।

নবকান্তনা মাগী মচা ওপরেসন তৌদুনা পোক্লবা মতুংদা মচলগী ওইখ্রিবা মতৌ অদুদা ভিমোবু মখুৎমক্লা হাৎনিংখি। মরুপ্পা মরুপ হাৎলি হায়বদু তাখ্রে। মহাক্লা মপা চন্দ্র অমদি মমা ইবেম্মা সুমিত্রগা লোয়ননা চান্দনি অমদি মবোক ইবেম্মা অদুগী অশিবা হকচাংশিং অদু পোলোইদুনা অমদি তৌফম থোকপা কর্ম্মনচিংবা কয়া লোইশিনখ্রে।

শোমদনা মরাল লৈজদ্রবা ভিমোদু জেলদা থবক কয়া শুদুনা পুন্সিবু নিঙ্গা তৌরদুনা অমসুং মমা ইবেম্মা লায়রবি অমদি মরাইবক থিরবী মচল অদুবু কমদৌরিগবা হায়দুনা নিংনা নিংনা জেলগী চেকপল মনুং অদুদা অসুম অসুম লেল্লকই। ভিমোদু নোংমা নোংমা হৌখিবনা চহী ৩১ মুক শুরক্লে। জেলগী চেকপন মনুংদা লৈরকপদুদদি মশাগী চহী ৬১ রোম শুজনখ্রে। অহল হায়বদু ওইরক্লে। মীঙোন্দা দুৎ-ধাৎ হায়বা লৈখিদ্রবা চল্লবা পুন্সিনা মাগী ওইরিবা লাইরিক লাইশু ফজনা হৈরবা ভিমোদু মকোই মরাং চোমদুনা মকোক্তুনা অঙৌবা মচু কারক্লে মরক মরক্তা পুন্সি অদুবু নিঙ্গা তৌজদুনা হিক্লা-হিক্লা কপচৈ, মাগী করিসু উপায় লৈতে। মহাক চান্দনিবু তশেংনা নুংশিখি। চান্দনিনসু মহাকপু নুংশিখি অদুবু করম্বা নোংদমনো খঙদে, মরাল লৈজদ্রবা চান্দনিদা নত্তনা মবোক হনুবী অদুসু লৈখিদ্রে, মীনা হাৎলল্লে। মহাক হৌজিক্তি জেল মনুং অদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা ইকায় খুম্নরিবা মীশক অমা ওইনা লৈরি। ঙসিগী নুমিদাংৱাই অদুদা মীয়াই চল্লবা চহী ৫০ মুক্কী লোন ওইগদবা নুপা অনি জেলদা

থাজিল্লকই। ইহা হাদনা ভিমোনা উন্নরুবদা মখোয়না থৌব্রা ইশা শাখিদে।

- করিগী কেসকিনো ইবুংঙো অনীনা জেলদা চঙলক্লিবদি?

- তাদা ভিমো নৎত্রাও?

- ঐবু খঙব্রাও?

- করিগী খঙদনি, তাদনা লৈশাবী অমগা হনুবী অমগা হাৎলুবগী জেলদা লৈখিবদো অদুম্না ঐখোয়সু লৈশাবী অমা হাৎলুবগী জেলদা চঙলকপনি।

ভিমোদু তুমিন লৈখি। হকচাং পূম্নমক হুমাং কাংখি। তপ্না তপ্না মাগী তোঙান্না থল্লিবা কা অদুদা চঙলক্নুনা ফমুং অদুদা তপ্না ফমথজে। মিৎলুদগী প্রেমগী ইরা তপ্না তারক্নুনা মফৈগন অদুদা তপ-তপ তারি। চাক চাননবা কৌনখ্রে অদুবু মহাক চাক চাবা চঙখিদ্রে। তপ্না-তপ্না ফমুং অদুদা হিপথরকই। নুমিদাংগী পুং ৮ য়ৈখিবগা খঙহৌদনা মাগী থোঙ অদুদা ধক-ধক থীল্লকই। 'কনানো' হায়দুনা হংলুই। 'জেল্লর সাহেপনী' হায়দুনা খুল্লকপদগী থোঙদু তপ্না হাংলুই। হায়রকই নহাক নরাল লৈরমদ্রে, ঐখোয়না নঙোন্দা কায়খিবা য়াওরবসু ব্রারৌনগুমসি নহাক হয়েংদগী জেলদগী থাদোক্লগনি। ঐনা নঙবু হাওরবা চাক চরা অমা হয়েং পিজগনি। করিমতা চিংনরুবগনু ব্রারী পূম্নমক অদু হয়েং খঙলগনি। ঙসি চঙলক্লিবা মী হাৎপা অনীদুনা নঙনা মী হাৎলুবা নত্তে মখোয়না হাৎলুবনি, অদুবু ফিভম্না নঙোন্দা মীহাৎপা তাহনখিবনি হায়দুনা সরেঙুর তৌরে নহাকপু থাদোকপিখো হায়জররে। নঙ করিমতা নুংঙাইতবা তৌরগনু, ঐ চৎলে অসুম্না জেল্লর সাহেপ চৎখি। নোংঙানবগা মণিপুরগী খবর কয়াদা ভিমোগী লান্দবগী ব্রারী অমসুং মহাকপু থাদোকপগী পাউ মায়কৈ শিনবা থুংনখ্রে। পাউ অদুনা শগোলবন্দদা লৈরিবা লৈকায় অদুগী মীয়াম অদুনা মখোয়না ভিমোগী য়ুম মৈ থাখিবশিং অদুদা থোইদোক্লা থম্মোয় শোক্লা পেন্নখিদ্রে। হৌজিক্তি অশাউবনা পেন্দবা লৈরম্লবা নবকান্ত অমদি শুশিলাসু পিরাং শিন্থদুনা কপখ্রে। মখোয়না মঙোন্দা লংজরুবা অদুদা পেন্দদুনা থোইদোক্লা অব্রাবা ফোঙদোকখ্রে। নবকান্তনা পন্থদনা জেলগী থোঙজিন্দা ভিমোবু থিরখি অদুবু ভিমো থিবা খঙখিদ্রে।

ঙসিদি নুংথিন নুমিদাংব্রাই অদুদা অঙাওবগা পাম্মক ওইরবা ভিমোনা মাগী য়ুম লৈরম্বা পিক্লবা হৌজিক্লা উ-ব্রা হাবুং মোংশোংতনা লৈতেংলবা ইম্মোল অদুদা চঙদুনা সুৎ-সুৎ কপ্পি। কনাগুম্বা লন্বী ময়া অদুদা চৎপা মীওই কয়ানা উন্নবদগী মতম অমদা

লৈকায় অদুগী মৈ থাম্রিবা মীয়াম অমদি ভিমো অমদি মাগী মমা অমসুং মচনবু নুংশিবা মীওই মণ্ডাদগী তরা,তরাদগী কুন অসুম্না নুপী অণ্ডাং খাক্তনা মীয়াম অমা তিনখ্রে। নবকান্ত অমসুং শুশিলাসু লাক্রে। নবকান্তনা মরাল লৈজদ্রবা মরুপ অদুবু কৌরদুনা হিক-হিক কপলকই। শুশিলাসু কপখি। তিল্লিবা মীয়াম অদুসু মিৎলু পিরাং থিংভমখিদে। ময়াম অদুনা মখুৎ লোন্নবা কয়া য়াওনা ভিমোবু ইখোল অদুদা লৈকায় মীয়াম্না খায়নরগা য়ুম অমা শারগা মফম অদুদা অদুমক লৈবিয়ু হায়দনা হায়জরে।

- 'হায়বিয়ু লৈকায় মীয়াম ঐগী চমজববী ইমা অদুগা ইচল অদুগা কদায়দা লৈরিবগে?'
- নহাক্কী নমাদি লৈখিদ্রে হায়না তাই অদুগা নচল অদুদি নমানা লৈখিদ্রবগী মতুংদা শৈজাং খুনদগী মাণ্ডখ্রে হায়না তাখি।
- ঐগী ইমা হিংলম্লরোই হায়বসে ঐ খংঙী অদুবু ইচল অদুদি শোয়দনা হিংলমখিগনি। ঐ চৎলগে ঐ কনাবুসু ব্রাবৌবা লৈতে, ঈশ্বরগী নোংদমনি, ঐ ঐগী ইচলগী খোঙ্গুল লিরুখিনি, ঐ ইচলগী খোঙ্গুল লীরুখিনি।

অসুম্না য়াম্লবা মাবু ওমশন্দুনা লৈরিবা মীয়াম অদুগী মরক্তা খায়দুনা পিরাংনা চোল্লবা মায়থোং অদুনা সুৎ-সুৎ কপ্না কপ্না চৎখ্রি।

*)*(*

# ঐখোয় ছিংলি, ছিংখিনি

- মারুটি কার তোংদুনা নঙনা ঙরাংদগী চৎখ্রগা ঙসি নুমিদাংৱাই অসিদা কারসু য়াওরক্তে নকোক নরু ইফা ফানা নমীৎ ভাংশং হেক ঙাঙনা লাক্লিবসিবু কমদৌবনো হায়মী? হায়ু নঙবু কার অদু ফাওবা স্বারদা থাদোক্লম্ব্রা হায়বা?

মপাবুং অনন্দনা শাউরংননা ঙাঙলক্লিবা ৱাহৈশিং অদু য়ায়া মুন্না তাশিল্লুদনা সুন্দরনা মাগী কাদা চঙশিনখিদুনা ফমুংদা লোংনা হাইথখি।

- ও! নঙবু স্বার অসিদা শান্নরগনু হায়বসি য়াদ্রবনিনে। কনাগী লৌ ফাওবা থাদোকপা ঙম্লবনিনে। লৌ লৈবগী চেঙ চারিবনি মসিদা লৌ ফাওবা থাদোক্লে অদুগী মথক্তা দুকান ভারাদগী হেন্না অরৈবা পৈশা ঙম্লা থাখ্রে। অদুগা ঙসিনা মারুটি কার, নশাগী ফম্ফম ওইরিবা খোঙনেৎনরিবা কার অদু থাদোক্লিবদুবু মীগী মমাঙদা ইকায়দ্রা হায়মী, নমা ইবেম্মা অদুনা নৌনা লৈখিদ্রবা অদুদগী ঐনা নঙবু নুংশিদুনা নঙনা হায়বদা য়াবা অসিদা নঙনা নোংমা-নোংমগী হেঞ্জিল্লক্লবনিনে ননাও নুপাঅসিনা ইপঙ পঙনা নঙনা তৌরিবসিদা করিসু হায়জদ্রে অদুগা নঙনা ননিং পংতৌ তৌবসিদি হেনমনখ্রে। ঐনা করিগুম্বা লৈখিদবা থোক্লবদি লৈহৌরিবা লৌ-ইখোল অসিদা নত্তনা দুকান অহুম অসিগা য়ুম অসিগা ফাওবা থাদোক্লুনা লৈফম লৈতদুনা নঙতা নত্তনা পঙলবা ননাও অসিসু ভাওরনি। নঙসিবু শারা-মীরা, নশাগী তুংগী পুক্সিগীদমক চাওখৎ-খোঙথাংগী ৱাখলদি খনদ্রগা ঙসিগী হৌজিক্কী য়ু খরা থক্লগা স্বার শান্নবা.....

অসুম্মা ৱা ভাঙবা লোইফাৎত্রিঙৈদো অশাওবা অমসুং পেন্দবনা ঈ কারবা মপা ইবুংঙো অনন্দ জ্ঞান মাঙদুনা লৈমায়দা হাইথখি। সুন্দরনা চেনশিন্দুনা মপাবু কোনখৎখি। পাখৎনা মনাও অমদি মীনাই রামুবু কৌখি। পূম্নমক্লা চেনশিন্দুনা ঈশিং

46456

চাইদুনা হোৎনরবা মতুংদা কার অমা ব্রাইক্দুনা অনন্দবু ডাক্তরদা পুরকখি, অদুবু মতম অমদা ইনাক কৈরাক খুনবদা মমিং লৈরম্লবা মীনা ইজ্জৎ সন্মান থম্লরবা অনন্দদি মতম পূম্বগী ওইনা মীৎ উইশিল্লম্লে।

ঙসিদি কপ-লাউবগী মরক্তা শোরাৎ লোইশিনখ্রে। মপুক্লীংদা খল্লি, মহাক্কী হৈনবী ঙ্খার শান্নবা য়ু থকপাঅসিদা পেন্দ্রদুনা মপা ইবুংঙো অদু লৈখিদ্রবনি। মরম অদুনা মহাক মতুংদদি ঙ্খার অমসুং য়ু থাদোক্লগে ব্রাখল অসিগা লোয়ননা মাগী কায়নখ্রবী লোয়নবী প্রেমীবু কৌশিন্দুনা চমজরবা লাঞ্জদ্রবা মনাওনুপা অসিগা লোয়ননা নে তাবা পুন্সি অমদা লেল্লগে নীংলক্লে।

- প্রেমী, নঙবু লৌবা ঐ লাক্লবনি। ঐগী ইরাল পূম্নমক ভাকপীদুনা নঙ ঐ অনৌবা পুন্সি অমদা পঙলবা ইনাওবু কোন্দুনা হিংলুরসি।
- মফম অসিদা নঙ অমুক চঙলক্লগনু। ঐ নঙ কনানো হায়বা মশক খঙদে, চৎপীখ্রো চৎলো।
- নঙ ঐবু অমুক্তদি ভাকপীয়ু কৈদৌবগে প্রেমী।
- শরাবী, ঙ্খারি নঙগুম্বা ওক্তবা শা ভাগী লীচৎ চৎপা নীপাগা ওনশিন্দুনা ব্রাবী শাননিংদে। পাজি অমসুং ইবুং ইপ্পাশিংনা তাখ্রবদি নঙবু শোয়দনা শা-ষণগুম্না ফৃদুনা তাল্লগনি, চৎহৌরো।
- প্রেমী, নঙ অমুক্তদি খছুখো ফরবসু ফৎত্রবসু ঐসে নঙগী নপুরোইবনি।
- খছুবা য়াবা খছুরে, ঐ হৌজিক নঙ কনানো খঙদে। সনা লুপা পূম্বা লোইনা লৌ-লৌদুনা ঙ্খারদা থাদোকখ্রে। হৌজিক ঐ ফাওবা ঙ্খারদা থাবা ভমগদবা নঙনি। নঙ চৎখ্রো।

অনীগী লাউনবা অদু তাবদা প্রেমীগী মপা ইবুংঙো অদুনা ইমুংদগী লাউরকই।

- কনা-কনা লৈ, ফৎত্রবা শা অসি অমুক লাক্লে ফুদনা তাছোকখো।

মদু তাবদগীদি প্রেমীগী মবুং অমদি মৌপ্পা অনীনা চেছোরক্তুনা সুন্দরবু ফুগদবগী হোৎনরক্লবদা সুন্দর চেনবদা তাখি।

লম্মাংগী খোংনাং মখোঙ অদুদা খুৎউ য়ুম শানা ফন্লগা ভাইহাক ব্রাখল তৌরি উপায় লৈত্রবদো। খল্লকখি ইরমচৎকীনি। নুংশিরবা মমা কাইনখ্রবগী মতুংদা মাগী লোয়নবীসু কায়নখ্রে অদুগা নুংশিজরবা মাগীতা খনবদা ব্রাজরবা মপ্পা ইবুংঙো অদুসু

কায়নখ্রে। ময়ুমদা পঙথ্রবা লাঞ্জদ্রবা ব্রা-লান কয়া ঙাঙগন্দবা পংতক শুতক তৌবা মনাও নুপা অদুনা হেকোল লৈকোল শেমদুনা লৈহৌরি। মদুতা নত্তনা মপা হাক্তক্তগী য়ুমদুগী মীনাই ওইদুনা সেবা তৌদুনা লৈজরিবা অহল ওইরবা রামু অহলবু নীংশিংনা মিৎলু ঈরা হৌনা হৌথ্রবা পুক্সিবু নিন্দা তৌদুনা অনুতাপনা চাকথেক্লবা সুন্দরনা বুদ্ধি চম্মননা লৈরিঙৈ তাল্লক অদুদা মহৌশাগী য়ুগী মরুপ মোমোন্না ফিংনা কৌরকই।

- হায় অদুদা উংদুনা লৈরিদি কৈদৌরে, পেগ মচাঅমা অনীদং থকচিল্লগা ফগদবদুদা অদুক ব্রারিদুবো?
- ঐ তৌররোই ভায়! পাজিগী শোরাংকী মতুংদগীদি পূম্নমক তোক্লে।
- ব্রাখল নুংঙাইত্রিবা, ককঙাওনরিবা ব্রাখল অদুদা থৌনা হাপ্লবা মী অমা ওইবগী নুপা থোক্লা হেরা হায়বদু উৎপা ঙম্লনবা পেগ মচা অমা অনীদং গৎ গৎ থকচিল্লু হায়বনি সে সে....

অসুম্না ফুরিৎখাওদা য়েপ্লিবা প্লাষ্টিকী লিক্লি তঙ্খায়গী দাগ অদুগা প্লাষ্টিকী গ্লাস অদুগদা য়ুদু হৈজিন্দুনা ইনগদবা মতাদা তৌরবদা সুন্দরদু উক-অক তৌদুনা থকচিনখি। অদুদগী ফনা য়াম্না থকচিনখি। মতুংদা শ্বরদু চনীং তানা হোনখি। মোমোনদু মুরুম মুরুম শোন্না হাইরং-হাইরং অদুম্মক চংখ্রে। সুন্দরদু ঈচেল হেনগংলকপগুমমী, ব্রাখলদু নুংঙাইখৎলকখি, মোমোন্নরকখি মচিন্দা খঙহৌদনা শোনখি 'হেরা' অসুম্না ফল্লম্বদগী হৌগৎতুনা ময়ুমলোমদা চংখি।

লৌ য়োনগে থিখি য়োনখি, পৈশা চবুল চবুল পায়দুনা য়ু থকখি, জার শান্নখি নুপী কোয়খি, য়ুমদা নিনি হঞ্জিল্লক্তে, হুম্নি হঞ্জিল্লক্তে। সাহেব ট্রেন তাখি পূম্নমক থাখি একা ট্রেননা চাখি। য়ু পংনা থকচিল্লগা অমুক লাকখি। ঙাঙগন্দবা মনাও নুপানা ঙাঙলকখি, থেমজিন্দুনা থম্মী, মীনাই মপাগুম্বা অহল রামুনা ঙাঙলকখি চৈথৎতুনা থল্লমখি। মনীং তৌই মথং-মথং দুকান য়োল্লকখি। জারদা থাখি নুপীদা ঙাওখি য়ু থকখি।

- হৈরকউ হৈরকউ চান্নবী, সনাতনা পূময়োম য়োমহনগে।
- ঐদি নেকলেস অমত্তং পাম্মীবু পুকফবাও।
- শোয়দে, থা মথায় অমগী মনুংদা শাগে কৈদৌগে।
- মদুবু শারবদি নঙনা হায়বদা য়ারিবা অসিদগী নখোঙ ফাওবা হান্নগনি।

- ফরে, শারে হায়না খল্লো।

অসুম্না যুগী নীংথিজরবা গ্লাস অদু পায়দুনা গৎ গৎ থকচিনখি। ময়ুমদা হল্লকই। ফমুংদা ঙাওফিং-ঙাওফিং হীপ্লগা য়ু য়োনবী মৌ হল্লকপী সুনিতাগী নেকলেস করম্না শাশিগে রাখল তৌই। লৌ-শিং লোইনা তুমখ্রে, ইঙ্খোল চাউরবা অদুসু মচেৎ মচেৎ লোইনা য়োনখ্রে, দুকানসু লোইখ্রে পৈশাসু লৈত্রে। ঙাইহাক ককঙাওনরুই, চুরুট মচৈ অদ চিংলগা ফূক হৌগৎখি। য়ুম ইঙ্খোলগী পাট্টাদু উপু তন্না হাংদোক্তুনা লৌথোক্লগা গপ গপ দলান মথক্কী মাগী কাদুদগী কূমথরকই। খৈনি নোয়রা- নোয়রদুনা মনাও শেখরনা মোমোন্ননা নোক্লগা হায়খি, 'অরোইবা খোঙথাংলা'? সুন্দরদু কোকচাওবী কাখি হূমাং কাংখি। 'অঙাওবসিদি' হায়রল্লগা মনাওবু থাগৎতুনা থেল্লল্লগা ককঙাওনবগুম তৌনা থোকখি। মতৌদু উবদা মীনাই অহল রামুনা সুৎ সুৎ কপ্তুনা লৈহৌখি।

ঙসিদি দস্যুর খনবা থিকাদারগী লম্মাংগী খোলা অদুদা তু চুংনা হৌখ্রবা থৌদোক রাথোক কয়াদু নীংশিং নীংশিংনা ফীভম শোক্লবা সুন্দরদু রাগী ফম্পাক্কী ফমুং অদুদা মো দ্রং অমদা তাউথরি। মনাও নুপা নানবদা পামজরবা শেখরনা চমোৎননা মখূবাক্তা খৈনি অদু পোপ-পোপ অমুক ফূ অদুগা মখুৎবাক্তা অমুক নৈ ফমাঙ অদুদা বোরা শেগায়বা অমদা ফমদুনা লৈরি। মনাও নুপাদুনা ইহা হাদনা খৈনি অদু ময়াদা উমশিল্লগা মরায়বক্তা মখুবাক্স শারিব্রা ঈংলিব্রা য়েংলল্লগা ইচিং চিংননা মথবাক্কী মিহুন অদু অমুক য়েংলি।

- তামো, থবাক্কী মিহুনসি হুদ্রে, ঐ অসিবু শিগদৌরিব্রাও?

সুন্দরদু মনাও নুপাদা য়েংলকই অদুগা মখুৎ য়েৎ অদুনা তপ্না তিংথোক্লগা নুংশিজরবা লাঞ্জদ্রবা নিংথৌ মচামকুম লৈজরল্লবা মাগী হাক্তক্তগী থিকাগী লেবর ওইরবা মনাও অদুগী মথবাক অদুদা মখুৎ অদুনা তপ্না পায়দুনা য়েংলকখি। সুন্দরগী মতম অদুগী রাখলদি তমথীরবা দাকু রত্নাকর ফাওবনা জ্ঞান তারক্লবদা অফাওবা সাধু অমা ওইনা মমিং চৎখি অদু ওইবা তারবদি হৌখিবনা হৌখ্রে হৌজিক জ্ঞান তানা নুংঙাইরবা পুন্সি অমগীদমক্তা হিংখিবা তারি। অসুম্না অনৌবা আশা অদুগা লোয়ননা মনাওবু চিংনা য়েংলগা মকোক্তুদা মীৎলু ঈরাগা লোয়ননা তপ্না নাহ্বীরগা হায়রকই-

"করিগী শিজরুগদৌরিবনো, ঐখোয় হিংলি হিংখিগনি।"

*)*(*

# মহাক্কো হায়বা ঐ ইল্লগে

**মী কুংনা তিল্লবা** নুমিদাংবাইগী ইম্ফাল সহরগী সড়ক পূম্বা মী পূমতাক তাকখ্রে। নুমিদাংগী মতম অসুম হৌজিনখিবনা পুং ১০ রোম হেঞ্জিনখ্রে। রবিদু য়ু পঙনা ঙাওরগা শগোলবন্দ লম্বী অসোমদা হাইরা হাইরদুনা লাক্লি। ইলেক্ট্রিক খুতিশিংদগী ঙাল্লক্লিবা মৈঙালনা লম্বী সড়ক্তু থেঙলবসু মৈনা পূমঙাল ঙাল্লি। মতোমতা থাংলিবা খোঙথাংদুগী মখোলনা অচীকপদুদা নিল্লি। তাঞ্জা অদুদা রবিগী তুংলোমদা কনাগুম্বা অমা ইন্নরকপগুম রবিনা খনখি। চোইজাইনরবা ৱাখলদুনা তুং হন্না য়েংলকপদা শকহেনবী নৈশাবী অমনা মঙোন্দা ইন্নরক্লিবদু উবদা মখোঙদগী মকোক ফাওবা তু খ্যাও চুংখি। চঙক্লনা রবিদু চপ লেপ্পী।

- নহাক হেল্লোইরা নংত্রগা লাইরেম্বীরা?
- ঐ হেল্লোইসু নত্তে লাইরেম্বীসু নত্তে।
- অদুদি থেঙলবা মীচীক মীরাওখোল তাদ্রবা অহীংসিদা ঐগী ইতুংদি করিগী ইল্লক্লিবা?
- ৱারী অদু কোন্না লীরগে, ঙসি অহীংসিদংদি নচলনি খন্না নয়ুমদা লেঞ্জনবা থৌজানবিয়ু।
- ঐগী ইয়ুমদা নঙবু কনানি হায়দুনা পুশিনগদৌরিবা?
- উপায় লৈজদ্রবী নৈশাবী অমগী ইজ্জৎ কনবীনবগীদমক্তা পুরকপনি খুম্বীয়ু।
- ঐগীসিবু মঙলা নংত্রগা তাইবংলা?
- মঙ নত্তে তাইবংনি। পুল্লি অমগী ইজ্জৎ কনবীবগীদমক্তা ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবীগনি।
- ঈশ্বরনা থৌজানবীরক্কদবা! ফরে, ঐগী য়ুমদি য়াম্না লায়রৈ, নঙ ঐগী ইতুং ইল্লক্কো।

- লায়রবা ইনাক খুনবগী ব্রাদি তোঙ্গানবনি, মীনুংশি অদুত্তনি ঐনা পামজবা।

অসুম্না য়ু ঙাওরবা রবিদু জ্ঞান খঙতা তানা শকহেনবী মরায়বক থীরবি নুপীমচা অদু মাগী শগোলবন্দ থাংজম লৈরক্কী লম্বী অদোমদা লাকমিন্নরক্লুনা মমা লুপ্রাবী অদুগী মল্লবা খাঙপোকশঙ অদুদা থুংলখি।

রবিদু মমা লুপ্রাবী শখিগী নাইতোম পোকপা মচানি। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমা শখিনা মচাদুগী পুন্সিগীদমক খন্দুনা ময়ুম অমুক পান্দনা মচাবু শেন্নদুনা হিংলি। মমা অদুনা খ্বাইরম্বন্দ বজারদা লুকমাই পান্দুনা মচাবু বি এ ফাওবা পাস তৌহল্লবা মতুংদা মচাদু ঙাওচংননা য়ু খরা থক বজারদা মতম লেন্দুনা লৈবনি। মহাক বজারগী টিকেন্দ্রজিৎ রোদতা বং খাওফমদা মাগী তাদা কুবেরগী বং খুৎফা ওইনা লেনবদগী য়ু থক্লবা খরচ অমদি মাগী অহেনবা খরচ খরা ফংবদগী নোংঙানবগা বজারদা লেনবা মীওইনি। মহাক মমাবু য়াম্না লুনা তৌজবনি। মরম অদুদগী মাগী বংদা ফংলকপা য়ু থকপগী অহেনবা শেনফম মমাদা শোয়দনা পীশিনবা মীওইনি। মহাক পাখঙনি, অদুম্নমক নুপী অঙাং কোয় লঙবগী ব্রাখলদি লৈত্রবনি। ঙসি মহাক্না থেংনরুরিবা শকহেনবী লৈশাবী অদুনা শুগুদগীনি। মহাকসু মমা-মপা লৈত্রে। মমিংনা মেমতোম্বী কৌই। মখুরা অমনা য়োক্লকপীনি, অদুবু মখুরা য়ু থকপা অদুনা শেল নারোন্দা লৌদুনা নুপীমচা মেমতোম্বীবু নমদুনা অহীং অমদা নমজা নমথেক্লদুনা মিখু কৌবা লমহেনবা ইনাক খুনবা পাখঙ অমদা শরাক তমহনগে তৌবদগী উপায় লৈত্রবী মেমতোম্বীনা ঈশ্বরগী থৌজালদগী খুজিন খুনাহোক্তা চেহোরক্লুনা মাল গাড়ী অমদা খ্বাইরম্বন্দ বজার তম্লকখিবিনি। মহাক মহাক্কী পোকপীবা মমা অদুগী মনাও মাম্মা অমা চাইরেলদগী ইম্ফালগী উরিপোক্তা ভারাদা লৈদুনা থবক শুদুনা লৈবনি খঙবদগী মাম্মা অদুগী ভারাগী ময়ুম তম্লকপনি অদুবু হংগদবা খোৎকদবদু নুমিদাংদুদা উপায় লৈতবদগী য়ু ঙাওরবা মীওইনি খঙলবা রবিগী মতুংদা হংবা য়ারগা হংলগে খন্না তুং ইন্নরকখিবনি। হৌজিক্তি রবি অমদি মমা ইবেম্মা শখিনা পূম্নমক্তু খঙলবদা মতম খরদং মেমতোম্বীগী খোঙগুল লীরক্ত্রিফাওবদি হায়দুনা শখিনা মেমতোম্বীবু মখোয়গী য়ুম অদুদা খুঙ্গংগী মনে অমগী মচানি হায়জিন্দুনা ইমুং মনুংগী তেংবাংবা ওইনা থম্লগে আশাদা থম্লকখি।

রবিদু মহৌশাগুম বজারদা অদুম চৎলি অদুগা নুমিদাং অথেংবদা ঙাওরগা অদুমক হল্লকই। নোংমগী মেমতোম্বীগী অচাপোৎ য়াওরক্কই অদুবু ঙসিদি মেমতোম্বীনা

রবিগী অচাপোৎ অদু লৌ হায়বা য়াখিদ্রে।

- তামো, নঙ য়ু থকপা তোক্তবদি ঐ নঙগী অচাপোৎ অমত্তা চাররোই, অদুগা ঐসু মাম্মগী খোঙগুন লীদুনা য়ুম অসিদগী চৎখ্রগনি।
- হাই, ঐবু ইমানা ফাওবা য়ু থকপা তোক্লো হায়দুনা কপতেতা খাক্লা হায়জবদু য়াদ্রগা নঙগুম্বী নুপীমচা অমনা হায়বদা তৌরুদৌরিবা, হুম।
- বংসু শান্নবা য়াওই হায়, ইকায়জদ্রা বি এ পাস তৌরবা নঙনা জ্বারদা শেল তানগদবগী শরূক খোঙউপ শাবা, ফকচেৎ লোনবা নৎত্রগা সমিয়ানা, কর্নাট শাবা য়াওব্রা কৈনো তৌরগা শেল তাল্লগা ইমাগী মতেং পাংবনা ঙাওশিন্নবদগী হেন্না ফংত্রা?
- পংঙাঙ ঙাঙশিল্লকনু চৎনিংলগা চৎখ্রো, ঐবু ব্লারকপা লাকপ্রা নঙবো? নঙনা ব্লারকপদা চৎকদবা মী নত্তে।

রবিগী হাইরপ কল্লবা ব্লাঙাঙ অদুদা মেমতোম্বীদু ফমুংদা মমায় উপশিন্দুনা শূৎ-শূৎ কপ্লি। রবিদু অহানবদা থৌশারুদবনি মতুংদা করি খল্লকপনো খঙদে, মেমতোম্বীবু থেল্লকই।

- কপ্লনু তোক্লোসে অঙাওবী, হয়েংদগী ঐ য়ু শুকথক থক্লরোই, বংসু য়াওররোই। ঐ হান্না সমিয়ানা শাবা য়াওরম্মী, হয়েংদগী অমুক য়াওরুরগে নঙদি চৎপা য়াদে হৌগৎলুসে।
- অদুদি ব্লাশকউ।
- সৈত্য বিদ্যাশখি ঐ হয়েংদগী অচুম্বা থবক তৌরগনি।

অসুম্মা মিৎলু পিরাংশিং অদু তৈথোক্লা মোমোন্ননা অচাপোৎ অদু রবিগা ব্লারী শান-শান্নদুনা চামিন্নরে। অসুম্মা অনী অদুনা তরাম-তরাম্না নোক্লাখেনা লেনবা মতৌ অদুনা মমা ইবেম্মা শখিসু কয়ামুক হরাওজখি। হৌজিক্তি শখিসুঁ কৈথেলদগী ব্লানা হল্লকপদা নোম্লম্মা থবকশিং অদু মেমতোম্বীনা পুরা শিনখ্রবনিনা ব্লাই শংনা পোত্থাবসু ফংজরে।

অসুম্মা নোংঙানবগা রবিদু মহাক্লা মহৌশা য়াওরম্মা সমিয়ানা, কর্নাট শাফমদা চৎতুনা থবক য়াওনবা হায়জরব্বদগী য়াবীরক্তুনা অয়ুক চাকচা তোক্লগা থবক হৌননবা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্লা মেমতোম্বীদা মহাক ঙসিদগী সমিয়ানা শাবা য়াওরগনি, য়ুসু

থক্করোই হায়জরক্কবদা মেমতোম্বীনা হরাওবনা থুমহৎশ্রে।

- নঙনবু অদুম্না ঙাান তারক্কবদি ঐসু নঙনা হায়বদা ইনগনি, অদুবু মতম খরদংদি য়েংবা তারি। মরমদি হৌদোংনা শঙ্গোম চাদে হায়বা য়াদে, ফাগ্রবা ঈশৈ নোংমতসু ঙঙলকই হায়বা লৈ।
- থাজদবা তৌনুদা মেমতোম্বী, ঐ নঙনা হায়বদা য়ারগে খল্লে। নঙনা ঐবু ঈশ্বরনা থৌজানবীরক্কনি হায়বদু ঐবু ঈশ্বরনা থৌজানবীরক্কবনি।

অসুম্না অনীদু নোক খেনা চাক চামিন্নরবা মতুংদা রবিদু মহাক্কী অনৌবা থবক মফম অদুদা চৎখ্রে।

হন্দক মচা ইবুংঙো রবিনা হোংলক্লিবা লমচৎ অসিদা মমা ইবেম্মা শখিদু ককঙাওনবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা নুংঙাইজে। রবি য়ু থকখিদ্রে, বং শান্নদুনা বজারদা অয়ুক্তগী থোকখ্রগা অহীংদা য়ু ঙাওরগা হল্লকপা তৌখিদ্রে। অয়ুক পুং ৮ দা চাক চাবগা পুং ৯ দগী মশাগী অচুম্বা মথৌগীদমক্তা ঙাান তানা চঙলকপা অসিনা শখিগী অনৌবা মঙাল অমা লাকপগুম তৌখি। মপূক্লিংদা মেমতোম্বীগী মরী মখোঙ ফজনা থিরগা মেমতোম্বীবু মমৌ ওইরগে হায়বসে মাগী ব্রাখলনি

সোমদনা বজারদা বং শান্নবা অমদি য়ু থক্কবতগী ব্রারীদা তাদা খোংনেম অমসুং মাগী খোঙবুনা রবিবু থিবা হৌরকই। মমৈদা রবিনা সমিয়ানা, কর্নাট শাবা য়াওবগী পাউ ফংবদগী নমদুনা মাবু য়ু পীথক্কবা উনরকবদগী খৎনরকই। ফৎত্রবশিং অদুগা শাউনরকপদগী ফুনরকপদগী রবিগী মমায়দা খরা শোক্তুনা ঈ তানা ময়ুমদা হল্লকখি। মতৌদুদা মেমতোম্বীদু য়াম্না নুংঙাইরমদে অমসুং হীদাক লাংথক তৌদুনা রবিগী সেবা তৌখি। মেমতোম্বীনা রবিগী মচীন্দগী তারে মরমদি য়ু থকসি বং শান্নসি য়াদবদগী ফুনরকপনি অদুবু রবিনা শোক্কবসু শোক্লা মানা ঙমদুনা ফৎত্রবা মীওই কয়াগী সঙ্গদগী লাপথোরক্তুনা অচুম্বা লম্বীদা খোঙদারকপদুনি। মদুনা মেমতোম্বীদু অনৌবা আশা অমদা তাউথরকবনি। অদুবু মীওইবনা নীংবনা অমা, ঈশ্বরনা তম্বনা অমা হায়বদুদি কাউবা য়াদে। তাদা খোঙনেম অমসুং মাগী খোঙবুনা মেমতোম্বী কনানো করম্না করিগী ইমুং অদুদা লৈরিবনো হায়বদু থিজিল্লকখি। মমৈদা তাদা খোঙনেম অমসুং মাগী খোঙবুনা থিজিল্লকপদগী পূম্নমক্তু খঙলবদা চাইরেলদগী উরিপোক্তা ভারাদা লৈরিবা মেমতোম্বীগী মাম্মা অদুনা পাউ তাদুনা মেমতোম্বীগী খোঙ্গুল লীরকখি।

উরিপোক্তা লৈরিবা চাইরেলগী মাম্মা অদুনা শুগনুগী মখুরা অদুনা মেমতোম্বীদা চৎখিবা অত্যাচার পূন্নমক অদু খঙনরবদা অনীদু খৎনদুনা মেমতোম্বীবু অমুক হন্না ফংলবদি মাম্মা অদুনা মনীং তম্না য়োক্নে খনখিবনি। হৌজিক্তি তাদা খোঙনেমগী পাউদগী রবিগী য়ুমদা লৈরে তাবদা মাম্মা অদুনা রবিগী য়ুম তন্নকই।

- মেমতোম্বী হৌজিক্তি ইচাগী ৱাবরবা পাউ পূন্নমক তারে অদুনা নঙবু মাম্মনা ইচা শক্না য়োক্লগে হায়দুনা লৌবা লাক্লবনি।

- মাম্মা ঐ চৎচররোই, ঐগী তাইবংদা কনাসু লৈতে।

- নত্তে নত্তে, নঙগী শুগনুগী নখুরা অদুগসু ঐগা খৎন- চৈনদুনা নঙগী দায়ত্ব পূন্না ঐনা লৌরেকো হায়দুনা য়ানরবনি, নঙবু ঐগী ইচাগুম্না য়োকপা হায়বসি ঐগী আশানি। নঙগীদমক্তা ঐ লৈরিবসিদি। ঐসু ইম্ফালদা লৈররোই ঐখোয় অমুক হান্নগী চাইরেলদা লৈরগদবনি।

- মাম্মা!

অসুম্না মেমতোম্বী শূৎ-শূৎ কপখি। মমা ইবেম্মা শখি অমদি রবিদি চঙক্লনা লৈখি।

মেমতোম্বীগী মাম্মা অদুনা শখি অমসুং রবিনা মেমতোম্বীবু তেক্তা কায়দনা থম্বীরম্বগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎখি অমসুং মেমতোম্বীবু পুনবা হায়জখি। মতৌ অদুদা নীংবা কায়রবা উপায় লৈত্রবা শখি অমদি রবিনা মেমতোম্বীদা বিদায় পীবা তাখি। মেমতোম্বীনা নুংশুক নুংজানরবা রবিগী মায়থোঙবু য়েংলগা রবিদা বিদায় পীখি।

- তামো রবি, নঙনা হোংলক্লিবা লমচৎ অসিদগী তাইওন্ননা চৎখ্রগনু, নঙ অমুক হন্না য়ু থক্লগনু বংসু শান্নরগনু। নঙগী অনৌবা নথৌ অদুনা নঙগী পুন্সি শেন্নসনু। নঙনা পাখঙ অমদা লৈশাবী অমনা হায়জবা ৱাহৈ অমনি খন্দুনা ঐগী চন্নবা ৱাহৈশিং অসি ভাকপীয়ু। মদুনা ঐনা নঙবু নুংশিজবগী পম্বুংদুনি খঞ্জরগেকো।

অসুম্না মিৎলু পিরাং ইহৌনা মেমতোম্বীনা রবিবু খুরমজখি, মতুংদা তপ্না তপ্না মেমতোম্বীদু মাগী মাম্মগী মতুং ইনখি। রবিদু লেঙ লাক্তনা লেপ্নম্বদগী মিৎলুদগী শীভুরকপা পিরাং তৈথোক্লনা হৌজিক্তি মেমতোম্বীনা হায়জরম্বা অদু ভাক্লগে হায়দুনা মখা চীক্লা মাঙ্গোলদা লেপহৌখি।

*)*(*

# মুম্বাইদগী শিকি পত্তনা মণিপুর যৌরকপা

ভারতকী মেট্রোপোলিটান সিটিশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা সিটি অমনি মুম্বাই। ভারতকী মফম কয়াদগী লাকপা মীওইশিংদা নত্তনা নোংচুলোমদগী হায়বদি য়ুরোপিয়ন কন্ট্রিদগী নংত্রগা অমেরিকাদগী লাকপা খুদিংমক্না অহানবত্তদা মুম্বাই সিটিদা খোঙদাবা পাম্মী, অদুগা সহর অসি চাওবতা নত্তনা ফজবা নীংথিবগী মরক্তা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক তৌবা মীওইসু অসুক্কী মতীক য়াম্মী। মুম্বাই সহরদা য়েংবা য়াবা মফম কয়াগী মরক্তা মালব্বার হিল মথংদা মেরিন ড্রাইব অদুগা লোয়ন লোয়ননা হেঙ্গিং গার্ডেন অমসুং সমুদ্র মপানগী ফজবা অমদি পাক চাওরবা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রবু উকব্বদা নুংঙাইবগী মতৌ অমা ওইহল্লি। ঐদি নাবদগী টাটা মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা লায়েংলুবনি। মদুসু মণিপুরগী ডাক্তরশিংনা পেনকিরিএজদা কেন্সর নারে হায়দুনা চংলুবনি অদুবু পৈশা য়াম্না চঙনা য়েংলুবদদি নুং ওইরগ্লে। পৈশা লোইশিন্নকপদগী কিং এব্বার্দ মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা ওপরেসন তৌরম্ববগী মতুংদা মুম্বাইদা থা অমা হেঞ্জিন্না লৈশল্লক্লবদা খরচতা অব্বাংপা ওইরকপদগী ওপরেসনগী জগা মচেং খরদা মচুম খোরক্লবসু লম্বীদা বেতাডিন তৈরা তৈরগা ড্রেসিং তৌদুনা ফজরক্লগনি হায়বদগী হোস্পিটাল থাদোক্তুনা লাক্লবা থৌরাং তৌরকপনি। ঐসু মুম্বাই সহরগী ফজবা কয়াদু য়েংলুরবনি। মথৈদদি মণিপুর চংননবগীদমক্তা ইশেল নুপাগা ঐগী নুপীগা পিরুবী অঙাং পিঙ্কীগা লোয়ননা শিংজমৈদগী মৈতৈ মচা মরিগা লোয়ননা দাদর রেলবে ষ্টেসনদা ব্বানা থুংলরে। মরমদি ঐগী হকচাং মপুং ফানা ফত্তবনা চংপা ব্বাবননি। মতম অদুমক্তদা সাইদ বেগ য়ানবা মৈতৈ মচা মরিথক ঐখোয়গী ইনাক অদুদা থৌগংননা থুংলখি। মখোয়না মখোয় ভরাং অয়ুক্তগী চাক চরক্তি মখোয়বু নুপা অমনা কম্পনিগী গার্ড ওইহনগনি হায়দুনা লুপা লিশিং অহুম অহুম লৌথোকখ্রগা নুমিৎ নিনি গুজরাত

ময়াগী সমুদ্রা মপান্দা গার্ড ওইহল্লি অদুবু কাও য়াম্না চীকপা মফম ওইবদগী মফমদুদগী মখোয়বু পুবিবা নুপা অদুগা থোকমিন্নরকপনি অদুবু নুপা অদুদি মাগুথোকখ্রে। মখোয়দদি শিকি অমা ফাওবা পকত্রে। মখোয়বু মণিপুর য়ৌনবা মতেং পাংবিয়ু হায়ররে। ঐখোয় জ্ঞান তাদে রেল গাড়ি মনুংদা চানা থক্লবনি হায়দুনা লৈরকপা অচাপোৎ ময়ামদো ঐখোয়গী নুপীনা পিবদুসু মখোয় মরি অদুনা য়োংনা অচাপোৎ চাবগুম চপ চপ চাদুনা থকুনা মখোয়গী অরাম্বা খৌরাংবা অদুদি কোকহল্লে। অদুম্নমক ইশেল নুপা অদুনা ঐখোয়সু পৈশা কোন্নরোইদৌরি য়াম্না ৱানা য়ৌগনি, ঐখোয়সু মহেশ্বর হোস্পিটালগী ভারাগী কাদা লৈবা মণিপুর মচাশিংদগী পৈশা পুরকপনি নখোয়সু মফম অদুদা চংলবদি পৈশা খরদা ওইরবসু পুবা ফংগনি মরম অদুনা মফম অদুদা চংলো হায়দুনা এড্রেস ফাওবা পিরে। মবুক লাল্লল্লবা মখোয় মরি অদুনা মবুক খরা থনগ্রবা অদুদদি উপায় অদুগীদমক্তা খোঙশানখ্রে। লাণ্ডবনে নিনবনে মরক্তা রেল গাড়ি থাগদবগী লাণ্ডনরক্লে। ঐখোয় রেলদা কাখৎলে, ঐখোয়গী কমপাটমেন্ট অদু তান চাবদগী মৈতৈ মচা ভাক্তনা তিল্লে। মরমদি লাইরিক তম্লুবা ছাত্র অমসু ঐখোয়গী খোঙবু ওইরে। রেল ষ্টার্ট তৌরকপা মতমদদি ভসাই চংখ্রিবা মরিদুগী মরক্তগী অনি অমনা মখোয়গী বেগশিং অদু ঐখোয়দা পিশল্লক্লে অদুগা মখোয় কোঁই শুৎ তৌদুনা রেল গাড়ি অদুদা তোংলক্লগে হায়রম্লগা মাঙখ্রে।

রেলগাড়ি অদুনা দক দক অসুম্না খোঙজেল য়াংনা য়ৌরকপনা মথং মথং ষ্টেসন কয়া লাল্লক্লে। করিগুম্বা মখোয়শিং অদু মপান্দা উখি অমুক্সু মাঙখি অসুম্না অসুম লাকপদগী ষ্টেসন অমদা ঐখোয়গী মরক্তগী অমনা মপান খোক্লবদা লুপা তরাখক পিরম্মু হায়দুনা পিরম্মী হায়। অঙকপনি শিকি পকত্রবা অনি অদুনা করম্না রেল গাড়ি অদুদা তোংলক্লিবা, মমৈদা ঐখোয়না চাওরাকপা খঙখি মদুদি মখোয় অনি অদুনা লেত্রিন্দা খরা লৈ অমদা খরা লোৎ অসুম্না অসুম লাকপনা বিহার য়ৌশল্লক্লে। মমৈদা মখোয় টিটিনা ফারে মখোয়বু ফাদুনা পুখিবদু ঐখোয়না শঙ শঙনা উহৌই অদুবু ঐখোয় করিদি তৌগনি। শোমদনা ঐখোয়সু পৈশা য়াম্না য়াওনদবদগী চাবা থকপদা অৱাবা লৈরিঙৈ অসিদা অনি অদুনা চয়েৎনবা অদুদা খাঙ্ফম খঙদবা অৱাবা অমা থেংনৈ।

মমৈদা রেল থারে। নিংজিং মাঙজিংননা ঐখোয়না ৱারী শান্নে মখোয়দুবু ফাজিন্দুনা থমগ্রবা জাংলা মখোয়গী বেগ অনীদুনা অসিদা লৈরি। তাঙ্গা অদুদা বিহারগী

নুপা নুপী ময়াম অমা রেল গাড়ি অদুদা ক্রি-ক্রিক ইন্ননা কাখৎতুনা ঈশৈবু শকপনে মহানি ফমফম খজিক্তং ফঙবদা ফমজিনগদৌগী অঙকপনি, ঐদি হীগুনা লৈ অনাবনি হায়জে অদুবু লাওনবগা শুগাৎপগা ফমদৌগী মহানি। ঐনা ঙমদুনা ফমদি ফমহন্দ্রে। ঐ হিপ্লগা অদুম লৈরে। ইশেন নুপানা মরক মরক্তা হিদাক তৈদুনা দ্রেসিং তৌবনি। মমৈদা য়াম্না শাংনা চৎলবা মতুংদা বিহারিশিংদু লোয়না কুমথহৌবে। মতমদুদনি মৈতৈ মচা অনিদু থোংনাও ময়া অদুদা চঙলক্লগা বেগশিং অদু পিরো হায়রক্লিবা। মখোয়না মফম অসি ফাওবা করম্না য়ৌরকপগে হংলুবদা লেত্রিন্দা খরা লোৎ ষ্টেসন অমদগী অমুক কাখৎলকপা শা ষ্টেসন অমা য়ৌরগা ফৎ কুমথা অমুক ইনৌ নৌনা কাখৎলকপা শা কমপার্টমেন্ট অমদগী অমদা পুলিস চোক লাকপদা লৈথোক লৈশিন খরা তৌদুনা লাকপদগী মমৈদা রেলবে টিটিনা ফাবদগী মখোযগী অৱাবা ৱারীশিং অদু তাবদা মখোয়বু চাক পীজরবা মতুংদা মখোয়গী স্পিসিযেল কাদা পুবিরক্লে হায়না পাওদমখি।

হৌজিক্তি গৌৱাহাতি য়ৌরে। ময়াম চাবগী থকপগী মরাং মরাং ঐদি কয়াসু কন্না চৎপা ঙমদবনা ফনা ৱাজে। ঐখোয় মবি মরি শিলোং হোটেলদা চাক চারে। ঐগী নুপীদু নুপামচা অনিগা পিক্কীগদি চাদ্রি। ঐখোয় গৌৱাহাটি ষ্টেসনগী ৱেটিং সেদতা ফমদুনা লৈ। মমৈদা কোইকবা নুপামচা অনিগা ঐগী নুপীগা অঙাংগা চাক চাবা চৎখ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয় নুমিদাংগী পুং ৭ / ৮ ফাওবা বস থাবা ঙাইগদৌরিবনি। মমৈদা ঙসাইগী নুপা অনিদু খঙহৌদনা ঙসাই মুম্বাইদা মাঙহৌবা নুপা অনিদুগসু পুল্লরে। মখোয় মরি নোক্লা নোক্লা মখোয় মখোয়না করম্না গৌৱাহাটি য়ৌরকপা হায়দুনা তম্লৈ। অদুদগীদি ঐখোয়না করম্না মণিপুর অমুক য়ৌগদৌরিবনো হংঙি। মখোয়না ড্রাইভরগা হেক্তা হায়নরগা লোয়রে হায়দুনা মখোয় মরিদু বজার মচি অমরোমদা চৎখ্রে।

মমৈদা পুং ৭ রোম তাফাৎত্রিঙৈদা বসতা কাখৎলে, লাংবনে নিনবনে নুমিদাং অদুদা গৌৱাহাটিগী দুকান কয়াগী ইলেক্ট্রিকী মৈঙাল অদুদা ইঙাও ঙাওনা ফজবা কয়া য়েংজে। মমৈদা ঐগী অঙাং পিক্কী অদু গাড়ি বস মনুংদা ফেন মচা অমা উংবদুদা পংকপ্তা কপই অদুবু গাড়ি অদুনা থৌরবা মতুংদগীদি কপ্পা লেপখ্রে। অসুম্না গাড়িদু য়াম্না য়াঙনা অসুম অসুম থৌবকই। অসামসু লালহৌবগী ইরাং লৈ হায় অদুবু অহিং অদু লক্ষীদা মী অদুম চৎলি অদুগা দুকান কৈথেলনচিংবা অদুমক থোঙ হাঙই। মমৈদা য়াম্না লাপ্লবা মতুংদা বজার অমদা থুংই। বজার অদু বস লাকপশিংগী চাক চাফম অমসুং

পোৎ-চৈ লৈফম্লি। মৈনা পুমজাল ভাল্লি। বজার অদুগী দুকানশিং অয়াঙ্কনা খোঙ হাঙই। মফম অদুগী হোটেল অমদা ঐখোয় চাক চান্নবা চঙলে। মতম অদুদা ওসাইগী মুস্লাইদগী লাক্লিবা নুপা মরি অদুগা লোয়ননা মশা নানবা নুপা অমসু মখোয়গা খেংনদুনা উংখৎনরগা হোটেল মনুংদা চঙমিন্নখ্রে। ঐখোয়না চাওরাক্লা খঙবদি মুস্লাইদগী শৈশা পায়রগা চংশ্রবা নুপা পাখং মরি অদুনা থিরিবা নুপাদু মদুমক্লি। মখোয় য়ানরবা মতুংদা চাক চামিন্নবা চংখিবনি। ঐখোয়সু চাক চাবা লোয়রে অদুবু লম্বীদা ঈশিং চাওবা মরম্তা শামু অঙাওবা থোরকই হায়দুনা ফনা কুইনা পল্লে। মমৈদা পুলিসনা পাও লৌরবা মতুংদা গাড়ি চংপা য়ারগনি হায়দুনা বস থারে। হৌজিক্তি অহিং অদুদা বসশিং অদু মরি মরি নাগালেণ্ড তম্লক্লে। ব্রাংলবা চীংশাংশিং অদুদা শোয়দনা কারগদবনি হায়বসিদা ভকই অদুবু জর জর গাড়িশিং অদু থৌগৎলকখি।

কোহিমা সহর লাম্ভোক্তুনা মথং মথং লাক্তুনা নোংজানবগা ডিমাপুরদা থুংলে। অদুদগীদি দিমাপুরগী ট্রাইব হোল অমদা চিন য়া শেংদোক্তুনা চা থক্লে। ভাইহাক লৈরগা নুপা খরা অদুসু খেংনরে হংনরে মখোয়না থিরকপা মখোয়দগী শৈশা লৌখিবা নুপাদুনি হায়রে মতুংদা বস থারে। মথং মথং চীংলম্বীদা জর জর হায়থরক্লে। মাও য়ৌরমদাইগী হোটেল অমদা চাক চারে। ইশেন নুপাদুনা চাক চানিংদে হায়দুনা চাদে। ঐখোয়না চাবা থকপা তোক্লগা খঙলকই, শৈশা কোন্নদবদগী ইশেন নুপাদু চাক চাখিদবনি। মদুদগীদি নুপা মজা অদুসু চাক চাখিবদু উহৌই। মতুংদা মথং মথং বস অসুম য়ৌরকপনা নুংথিনগী পুং অহুমলোম তাবদা য়াম্না ব্রানা ইম্ফালদা থুংলে। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী গাড়িদগী মালচাং লৌথোক্লরে। ঐখোয়সু পোৎ-চৈশিং অদু ওক্টো অমদা হাপচিল্লে। অতে ঐখোয়গা তোংমিন্নবশিং অদুসু চৎনখ্রে। মমৈদা শিকি পক্তনা মুস্লাইদগী মণিপুরগী ইম্ফাল য়ৌরক্লবা নুপা মরিদুদা ঐখোয়না নোক্লা নোক্লা "নখোয়তনিহে নুপা খোকপা মৈতৈগী অশেংবা ঈ" হায়রল্লগা য়ুম্লোমদা মায় ওল্লক্লে।

*)*(*

# মাগী পিরাং অসে ঐগীদমক্তসু য়াওরিব্রা

**মেছিন** কাপ্পা মীনি ঐদি সেনেমা হোলগী, মরম অদুনা ঐ মতম অয়াম্বদা ইশং শংদে। করিগুম্বা মতমদা তঙাইফদবদগী থোক্তা য়াদা থোক্লবদি ঐগী ইখাদা তল্লিবা খবা খবা হৈববা নহা অদুদা শিন্নবনি। ঙসিদি খ্বাই বজারদা থবক অমা চত্তা য়াদা ঐ বজারদা হাথু হাথু চংলুই। খঙহৌদনা শকহেনবী লৈশাবী অমগা গম হেক থেঙ্গাইনরুই। লৈশাবী অদুনা অহানবদা ঐবু শাওবস্মী। মমৈদাঐনা খবা থুখিবদগী শোয়ব্রে হায়জবদগী মহাক্কী অশাওবা কোকখিবগুম তৌখি। ইংলবা মাইথোঙ অমদি চাওদম শাংদস্বী শক্তম অদুদা ককঙাওননা যেংজরবসু ঐ অথুবা থবক অদুগীদমক্তা নিঙমদনা হন্না হন্না য়েংনা যেংনা চংপদা মতাখি। মহাক্কী মিন্না অনিদু তহা তহাববা ঐগী ইতৌদুদা যেংহৌদবদি নত্তে। অদুবু অথুবা অমগী ঐদি নিঙম নিঙমদনা অদুমক খোঙথাং কন্না থাংলে। ফিগে ফনেক বানি ফি থম্বাল লৈখোক অঙৌবা অমদি মখল মখা ইন্নফি কয়া অমদি মখল কয়াগী ফনেক শিংথাননা ফজববা মণিপুরগী পোখোকশিং লৈহৌখি।

ঐগী অথুবা থবক অদু লোইরবা মতুংদাঐ তপ্পপ বজাবলোমদা অমুক লাক্লে। তান্না চারিবসু ফিযোনবী ময়াম ফমফম অদোমদা ঐনা ফাওরকপদা ঙসাইগী শকহেনবী অদু মতারোইশিং অদুগা পোং- চৈ লৈদুনা লৈরম্মী। শকহেনবীদুনা কৌবকই ঙসাইদি হাথু হাথু তৌই অদুগা হৌজিক্লা ঈংনা লাকএদনা। ঐনা খুমখি, ঙসাইদি ঐদি অথুব থবক অমগী চংপনি, হৌজিক্তি থবক অদু লোইরবনা জ্ঞান তানা তপ্পা লাক্লবনি। শকেহেনবীদুনা মখা তারকই- অদুদি থবক লৈত্রবনিনা ঐখোয়গা সিনেমা য়েংলুরসি। ঐহাক ইক আক তৌখি অদুবু মমান্নবীশিং অদুনা চংমিন্নরুসি কৈদৌগে হায়দুনা হায়জল্লরুবদা ঐ উপায় লৈতনা নিংজিং মাংজিং মখোয়গা লোয়ননা হোল অমদা থুংলরে। তান্না চারিবদি ঐনা মেছিন কাপ্পা য়াওরিবা হোল অদুদদি নংত্রে। ঐ মীরাদি

খরা তারনি অদুবু শকহেনবী অদুগী মীৎয়েং নায়েং ইঙ্গিৎ ইরাং অদুদা হোয়দা পাখংনবো হায়দুনা শুমহৎখ্রবা শক্তম অদুদা মিকারদুনা সিনেমাদু মখোয়গা লোয়ননা য়েংথোক্লে। শকহেনবী অদুগী মিং শুশিনি কৌই। থৌবাল অথোকপমদগীনি, কলেজ কারিবীনি হায়বা খঙলে। থম্মোয় থম্মোয়দা নুংশি লিপুন অমদি পুন্দুনা নুমিৎ অদুমদি কায়নখ্রে।

নুমিৎ অদুদা ঐ মীব্রা খরদি তাখি, অদুবু ওৎলৈ পালৈ তৌদুনা খুমদুনা নুমিত্তুমদি লিংথোকখ্রে। মতুং ইকুই কুইদনা নোংমা ইমান্নবা অমগী গাড়ীমচা হোন্দা অমা তোংদুনা নুংথিল অমদা থৌবাল অথোকপমদা হাইথরে। তাঞ্জানা চারিবসু লম্বী মপানগী পান দুকান অমদা গম হেক থেংনরে। উন্নরোইদবা মতৌদা লৈনরম্বা ঐখোয় অনিনা তাঙনা উন্নরবা অদুদদি মহাক্লা বিস্কুট লৈদুনা চামিন্নরে। মখল কয়াগী অর্থ লৈরবা ৱারী কয়া শান্নরবা মতুংদা নোংমা অমুক উন্ননবা শীন্নরে। অসুম্না থা অমগী মনুংদা তাঙনা তাঙনা অমুক অমুক উননরকপদা য়াওশঙগী থাবল চোংবা ফাওবা খুৎকা খুৎকা পায়মিন্ননা নুংশি ৱারী শান্ননা শাংলবা লমশাং অদুদা মাগীদমক্তা ঐ ইমান্নবগী হোন্দাদা থাও হান হান্দুনা তাঞ্জা লৌরা লৌরগা থৌবাল অথোকপমদা ইম্ফালদগী হাইথবা মশিং য়াম্লক্লে। ঐগী ইথৌদা থৌশাদবা অদুদা হোল অদুগী ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা প্রোপাইতর অদুনা নোংমদি শাওদুনা ঐঙোন্দা চৈথরে। হন্দক্তি মতম শাংনা নত্রগা মেছিন কাপ্লিঙৈদা চখোক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু। ঐ খুম্ফম খঙখিদে। ইমা লুখ্রাবী অদুনা কৈথেল লুকমাই পাল্লগা ঐনা মেছিনমেন ওইদুনা ঐগী পিক্লবা লায়রখ্রবা ইমুং অদু হিংনবা হোৎনবতা নত্তনা ইনাও অমসুং ইচলবুসু মহৈ তমহল্লি। করিগুম্বদা ঐনা মেছিন কাপ্পগী থবক অসিদা খরা খরা ফংজরিব্রা পৈশা অসিনা ফংদ্রবদি ঐখোয়গী ইমুং অদুদা অৱাবগী ঙমখৈ লৈররোই হায়বসে ঐ খঙদবদি নত্তে। অদবু ঐ শুশিনিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরুরে। মহাকপু ঐগী ওইবা হায়বসে ঐগী আশানি, অমরোমদা মহাক্লা ঐঙোন্দগী থাক্তি হেল্লি, মহাক ইনাক খুল্লি অদুগী মথক্তা মশকসু ফজে। ক্লাসসু লৈ অদুগা ঐনা কদাই, হোল মনুংদা মেছিন কাপ্পা চন্নবা মীওই অমনি। অদুবু নুংশিবদি মমিৎ তাংই। মহাক্লসু ঐবু নুংশি ঐনাসু মাবু নুংশি। মহাক্কা ঐহাক্কা করম্না থাগতোক্লগনি, অমরোমদা প্রোপাইটরগী মীৎয়েং অমসুং মীচৈ....।

নোংমদি ঐগী ইথাদা থবক তৌরিবা অদুদা ঐ পুং অহুমমুক্তা মাঙলুগে নঙ

প্রোপাইটরনা খঙদনবা খরা শিল্লম্মু হায়দুনা হায়রল্লগা ঐ থৌবাল অথোকপমদা হোন্দাদা হাইথরে। হাথু হাথু শুশিনিবু কোইথি থিদুনা ব্রিরী ঙাইহাক শান্নবগী তাঞ্জা ফংলে। তবারবী চিনবান্দুনা বাক্রনি চীংখোংদা নুমিদাংব্রাই পুং ৫ দগীনা তরুক ফাওবদা মহাক মমান্নবী অনিগা ঙাইরল্লগে হায়রল্লগা মহাক চংখ্রে। ঐসু থিছবা তৌদনা মরুপ রোকিগা হোন্দাদা পুংখাই ফাদনা সেনেমা হোল তল্লক্লে। ঐ মহৌশাগুম হোল মনুংদা চখোক্তবা শাদনা থবক তৌদুনা লৈরি। ঐগী ইখাদা লৈবা অঙাং অদুনা ফমনবদগী অমদি হৈনিংবদগী ঐবু খরা খরদি নুংঙাইহল্লে। মরম অসিদগী ঐনা হৈজবা বিদ্যা পুম্বা মঙোন্দা শিং নান্না হৈননবা তম্বীরে। মহাক্লসু হ্রাওনা ঐনা হায়বতা য়াদুনা ঐখোয় অনি শিন্দাক শিনজিন তৌদুনা পোখাবা নংত্রগা চা গ্লাস অমা থকপগী তাঞ্জা পীনরে।

ঙসিদি বাক্রনি নুমিৎনি মরম অসিনা ঐ অঙনবদগী ইথৌদা খোয়জংবা শাদুনা লুনা নান্না ইথৌ তৌরি। লুরিবদি ফিল্ম অসি ঙরাংদা শিনবনি মবম অদুনা মী ফনা ফজনা যেংলি। তাঞ্জা অসিদা ঐনা লিংথোক্কদৌবিবা অসিদি খরদি লুবনি। নুংথিল পুং ৪ রোম তাবদা প্রোপাইটর লাকই। ঐনা, "তামো ঙসিদি ঐগী পৈশাগী দবকার খরা লৈ" হায়না হায়জখি। মহাক্লা খঙনা হায়রকই, "ঙসি বাক্রনিনি, ফিল্মসু ঙরাংদা শিনবদা ঙাইবি নঙ লৈথোক খোংতোকপা য়ারোই ঐনা হায়বা ব্রা অসে নঙ ইনগদবনি, হোবেল লাষ্ট শো লোয়বগা নঙনা চংনিংবা চংলু বাকনি কাগেরা কারোইরা পৈশাসু হোবেল চংলমদাই অদুদা পীগনি। নথৌনা নঙগী পুন্সিনি। নথৌ তৌদ্রবদি নংত্রগা তৌনিংদ্রবদি থবক্তগী তোকপা তাবা খঙলেদনা, ঐ পংলাপ লাপ্না চংথোক্লোই নঙগী থোক মোক্তু য়ারোইকো।" অসুম্না হায়রল্লগা থোকখি। ঐ তৌফম খঙদে মাগী অরোইবা ব্রাহেদো 'থবক্তগী তোকপা তাবা খঙলেদনা' হায়বদু খঙনিং খঙনিং নিংশিংই। ঐগী মিৎলুদা পিরাং ইহৌরকখি। 'তোল্লিদা লায়রবগী পুন্সি থবক অসিনা ইমুং মনুংগী ফিভম ঙাক্লিবনিনা ঐ থবক তোকপদি য়াদ্রি, ঐগী ইনাও, ঐগী ইচল, লুখ্রাবী ইমা খছ্রুরগা মিৎলু পিরাং খাংনা ফরে ঈশ্বরনা তল্লম্বা অমদি লাক্লনি হায়দনা ঐ শুশিনিবু নিংশিং নিংশিং ইথৌ তৌবদা তাখি। পুং ৫ তারকপা মতমদা থম্মোয়গী মিছ্রনসি ধং-ধং চোংনা ইখা চিক্লা শুশিনিবু কাওনবা হোৎনজে। প্রোপাইটর লাকই, "ফজ ফজনা তৌ, নঙনা থবক তৌবদা লুবা নানবা অসিদা নঙবু ঐনা থাদোক্লিংদেকো।" হায়রল্লগা মেছিন রুমদগী থোকখি। থম্মোয়দা চাওথোকচবা অমদি ফাওখি।

অসুম্না অসুম হৌখিবনা নুমিদাংবাই পুং ৬ তাশিনখ্রে। কময়দৌনি হায়না খাঙলকপনা উচিন নাচিন্না অরোইবা শো ভাইভমদনা য়ানা ভাইনা ভাইনা লোইয়ে। ঐনা ওফিস রুমদা থুনা য়াংনা প্রোপাইটর থিজরুই। মহাকসু ঐবু উবদা ভ্রান তানা লুপা চাম্মা চংপী মপ্ত শং পিরকই ভাণ্ডদে, ঐসু বা ভাঙলমদ্রে মথকতগী থক থক কুমথরকই, ঘড়িদা য়েংলুই পুং ১১ তাগদৌরে। ওক্টো অমা তোংদুনা খঙহৌদনা বারুনি চীংখোঙ য়ৌরে। তুঙ মাঙ য়েংলুরবা মতুংদা তোর্চ অদু পাইদুনা ঐনা বারুনি মখোঙদা পুক্রিংদা মহাদেববু খুরুমজদুনা চীংথক্কী লম্বী অদোমদা কল্লপ নাক য়েং য়েংদুনা লাকই। মৈরা পরেং পরেং পায়দুনা পাখং লৈশাবী কয়া চিলোক্লনা চংলিবদু উরুবদা নুংনাংজে। মথং মথং কাখংলকপনা শিবা মহাদেবগী পৌ নম্ফম য়ৌরে। মৈঙান অদুদা মিং অসিনা লাংতক্লনা উরু উরু লৈদুনা খৌরাংনা য়েংজৈ অদুবু য়েংজবতনি, থম্মোয়না থিজরিবা শুমহংলবী শক্তম অদুদি উখিদ্রে। শিবা মহাদেববু দর্শন ফংলে, প্রভুবু মিংলু ইরা চেন্না খুরুমজরে। মতুংদা মথং মথং খল্লোংনচিংবা খুরুল্লগা কুমথরকপনা নোং ফজনা ভাল্লক্লে। চিন-য়া হায়রপ শেংদোক্লগা চা গ্লাস অমা তন অমা চারগা বজারগীদমক খোংশাল্লক্লে। বজার য়ৌরে। অভাওবা হুইগুম মফম খঙদ্রে কদোমদা চংকদবনো, অমরোমদা অমুক চংলুই শোমদা চংপনা ফরদ্রা। অসুম্না লেল্লকপনা সিনেমা হোল মনুংদা সিত্তা উইরুরে। সিনেমা রোমদা পুক্লিং চঙদুনা ঐনা তৃম্বদা সিনেমা লোইরমদাইদা মিকপ থোক্লক্লে। মতম খরা হৌখ্রে প্রোপাইটরগী চৈরাক কিবদগী থবক থাদোকপা য়াদবনা ঐ নোংমতা অথোকপমদা চংচগে খঞ্জবদো মতম ফংখিদ্রে৷ থা অমা খরা হেল্লক্লবদা য়ুমথংনবদা লৈবা ইমান্নবা অমা ভান্দা থৌবাল অথোকপমদা নুমিদাং পুং ৭ তা লুহোংবা অমগী মী লৌবা চংকনি তাবদুদা ঐসু মতম ফংলদুনা ইন্নরুরে। নুপা ময়ুমগী ইমুংদুদা পোত্থানদুনা লৈরে। কৈন্যা য়ৌরক্তি, মরুপ অমগা ঐগা পেগ অমমম্ চিংলুসি হায়দুনা চিংলুই। হল্লকপদা লম্বীদা কন্যাদু লাক্লে। মিংলু পিরাং শিন্থুনা কৈন্যা অদু ঐখোয়না থুংগদৌরিবা য়ুম অদুদা পুশনখ্রে। অঙক্কপনি কৈন্যা অদুদি শুশিনি ওইরম্লে। ঐ খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখি। প্রলয়গী মৈরিনা ইশাশিদা য়ৈরকখি। কৈন্যা অদুদি ইমুং অদুদা পুশিনখ্রে। ও! মাগী মিংলুদগী তারকখিবা পিরাং অসে ঐগীদমক্তসু য়াওরিদ্রা?

*)*(*

# নোংলৈ নুংশিংনা চন্দ্রিমা

**অসামগী** সিলচরদা চোইহ্জাইননা খুন্দাদুনা লৈরিবা মণিপুরগী মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙলশিংগী ফীভমদু মখোয়গী মনাক্তা অমুক্তং চত্নুনা খঙগে হায়না মতম কয়াগী মমাঙদগী শচিনা খন্দুনা লাকপদু হন্দক্তা সিলচর বই মেলাদা মনাও বসন্তনা মশাগী লাইরিক য়োনবা দুকানগী মিংদা য়াওরুনবা হায়রকপদা শচিদু ইরুজনিংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মপা ওইবগুমখি। জিবি লম্বী অসি মতম কয়াগী মমাঙদগী ফত্তদুনা লৈবনি অদুবু হন্দক্তা জিরি লম্বীসিদা সরকারনা মিৎয়েং চঙশিনখিবদগী লম্বী অসি শেম শাবা ফজনা চত্থরেদি হায়বা তাজরবসু থেক্লা খোয়না চীংচেপ-চীংয়াদা অমদি লোকপান কয়াদা চৎলিবা লম্বীনি তাবদা হন্দকী মহাক্কী খোঙচৎ মনুং অসিদা মণিপুরগী চীংগী ফজরবা দৃশ্য উরগনি খঞ্জরিবা শচিনি।

অচুম্বমক্লি, চীংয়াদা হৌরিবা উপাল-ব্রাপাল, লৈ-শু কয়ানা নীংথিনা অশঙবা ফীজোলগুম লৈতেংবী মহাক্কী পোক্নফম লমদমগী চীং লম্বী অসিদা বসনা চেল্লি। ফত্তবা লম্বী কয়াদা বসনা ব্রানা ফেরে ফেরে হাইনা চৎলি, থোং কয়াদা খোঙনা লাছোক্লগা অহাঙবা বস অদুসু ফত্তবা থোংশিং অদু লাল্লগা অমুক কাখৎনদুনা লম্বীসিদা মীয়াম চৎনরি। নিংথমথা ওইবনা চীংজুম অমদি লিক্লানা উমং ব্রামংগী লম্বী অমদি সড়ক্তা লৈনাং তাবসু য়াওদবা নত্তে। সরকারগী সিফাই কয়ানা মফম অয়াম্বদা ডাক শেন্দুনা লৈরি। মরক মরক্তা চেক পোষ্ট কয়াদা চেকসু তৌরি। লম্বীদুদা বি আর টি এফ কী লেবরশিংবু সিফাইনা ডাক শেনবগা লোয়ননা থবক শুরি। কিলোমিটর ২২২ শাংবা লম্বী অদুদা চীংগী খুন মচা মচা কয়াসু থেংনরকখি। শচিখোয়না জিরি বাজার য়ৌবদু নুমিৎ তারে। জিরিদগী সিলচর কিলোমিটর ৪৫ নি। অদুবু লম্বী মতেক্তু চৎপদি মতম কুইনা চঙখিদে। সিলচর য়ৌবদু থেঙলবা নুমিদাংগী মতম ওইরবসু মণিপুরগী ইম্ফালদা

তৌবগুম্মা দুকান কৈথেল ঙন্না নুমিদাংদা থোঙ লোন্নবদুগী ওন্ন তৈনবনি অমদি মতমদু ফাওবা দুকানশিং নীংতম্মা থোঙ হাংদুনা লম্বীদা সড়ক্তা মীওই কয়ানা নীংতম্মা ব্রা ব্রা নোক্তুনা চা থক্তুনা পূল্লাও লাঙনা অদুমক লৈনরম্লি।

রোংপুরগী হোটেল অমদা শচিগা চৎমিন্নরিবা ওজা নন্দুগা লোয়ননা অহীং অদুমা চা থক্তুনা লেল্লে। নোংঙানবগা বরাক তুরেলদা ইরু মায়থজরবা মতুংদা অনীদু সিলচরগী গান্ধিবাঘৰী মেলা তৌফমদা মখোয়গীদমক রিজর্ভ তৌদুনা লৈরিবা ষ্টোল নম্বর ২৪ দা থুংলে। মফমদুদা চিয়ার অমদা ঙাইহাক পোত্থানরগা চাব-থকপা লোইশিল্লবা মতুংদা শেমজিন-শাজিনবা য়াবা শেম শারগা মেলা অদুদা শরুক য়ারে। নুমিদাংব্রাই অদুদদি মগুণ লৈবা সিলচরগী বেঙ্গলি ময়াম অদুগী মরক্তা মৈতে অমসুং অসামী কয়াসু য়াওনা মেলা হৌদোকপগী থৌবম অদু চীং লেম্মা পাঙথোক্তুনা সিলচর বই মেলা হৌখ্রে। নুমিৎ তবানিথোইনি পাঙথোক্লদবা মেলা অদুদা ইম্ফালগী ষ্টোল অনীনি অদুগা মণিপুরগী মৈতৈনা ফম্বা সাহিত্য একাদেমীগী ষ্টোল অমসু য়াওরি।

নোংমা নীনি চত্থরকপা অদুদা সিলচর দিষ্ট্রিক্ট মনুংদা লৈবা মৈতে কয়ামুক মেলা য়েংবা লাকখি। মখোয়গী ব্রাবীসু মচিন মনাও ওইবগী অব্রা নুংঙাইগী ব্রারী ঙাক্লি। বাংলা লোনবা মফম কয়াগী ষ্টোলনা নম্বা মেলা ফম্পাক অদুদা কোলকত্তা, অরুনাচল প্রদেশ, ত্রিপুরা অমদি বেঙ্গলগী ষ্টোল কয়াসু লৈতেংখি। বেঙ্গলি কয়ানা মণিপুরগী মরমদা খঙনীংবদগী কয়া হংলকখি অমসুং চম্মা নুংশিননা ব্রারী তৌনৈ।

নাকলদা ষ্টোল অমা হাঙলিবদু অহৌবা নুমিৎতগী হাংদুনা লাকপদু ঙসিদি মীওই খরনা শেম শাবগুম তৌখি। মতুংদা বেঙ্গলি লাইরিক ময়াম মফম চানা চানা থমদুনা বেঙ্গলি নুপী খবা তিনবগুম উখি। শচিগা ষ্টোল অদুগী মপুং ওইরিবী নুপী শকহেনবী অমগা হাইরপ মিৎচান্নখি অদুম্নমক শচিনা থোইনা খোয়জঙলুদনা মাগী নোংমগী য়োনবা য়াবা লাইরিকশিং য়োন্নবা হোৎনরি। মেলা মনুং অদুদা নোংমনা য়াম্মা শীৎপা নোংমনা ঈশিৎ শিৎতবা অদুম য়াওই। ধর্ম্ম কর্ম্ম চাওখৎ খোঙথাংদা খোয়জঙবা কাছারগী মৈতৈশিংগী ফিদম মখোয়না লৈরিবা লাইরিকশিংদা মমি ফজনা তাই। মৈতে মচা ফনা ফজনা লৈরে হায়বদু মেলা অদুদগী খঙখি। সিলচর টাওনদগী কিলোমিটর ৮০ ফাওবা লাপ্পা মফমদগী মৈতৈশিং লাক্লরি। লাইরিক লাইশু হৈরবা ঙাক্তা লাকপনি। লাক্তবা কয়াসু লৈরমখিগনি। অহল-লমন, লাইরিক লাইশু হৈফাৎতবা

কয়া, অশোন-অনা কয়া অমদি নহা কয়া লৈরমখিনি। তশেঙনমক কাছারদা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙল ফনা ফজনা লৈরে হায়বসি শচিগী ৱাখলনি। ষ্টোল অয়াম্বা বেঙ্গলিনা নম্না তাবা লমদম ওইবনা বেঙ্গলিনা নম্না তিল্লি। অদুম্নমক মৈতৈশিংসু খরা য়ানবনা মেলা মফমদতা নত্তনা সিলচর টাওনদা মণিপুরগী মৈতৈশিংনা চৎপা খোৎপদা থোইদোক্লা ৱানীংঙাই লৈতে হায়বসি শচিগী ৱাখলনি।

মীনা কৌন-ঙাঙনবা তাবদগী মহাক্কা থংনরিবা ষ্টোলদা ফল্লিবী শকহেনবী অদুগী মমিং 'চন্দ্রিমা' কৌই হায়বা শচিনা খঙলে। ষ্টোল অদুগী থৌবু ওইরিবী লৈশাবী শকহেনবীদু বেঙ্গলিনি। শচিসু পাখঙনিনা মরক মরক্তা মহাক্কী লম হেল্লবা মমিং অদুনা চন্দ্রিমাবু য়েংবগুম তৌই। মদুগী মথক্তা ষ্টোল থংনবনিনা চখোক-চৎশিন্দা হাইরপ হাইবপ য়েংনবম্বদি শোয়দ্রে। তৌবগীদি খবা মগুণ লৈবী হায ষ্টেন্দরদা লৈবী নুপীদি ওইবমগনি হায়না শচিনা খল্লি। নুংথিল পুং ১২ দগী হৌবা মেলাদুদা ষ্টোল অদুগীদি পুং ৩.৩০ নৎত্রেগা ৪ দা লাক্লগা হাংবা য়াওই, লোইশিনবসু ময়ামগী পুং৮ দা লোইশিনবদু মখোয়গীদি তাফাত্তনা হেক্তা লোইশিনখি। চন্দ্রিমাদু নোংমা নোংমগী দ্রেস হোংই। মচু মচুগী সলৱার শেৎপসু য়াওই। শাড়ী শেৎপনা নম্মী। শাড়ীসু নোংমা নোংমগী মচু মচুনি। শক্কা ৱাং-চাউনা ঙৌনা ফজবনে, নুংতিগী মচু মচুগী শাড়ীগা হোংবনে শচিগী লমহেল্লবা মিৎ কযারক থকখি, শুক্ষ্মৎখি। করিগুম্বা মতমদা নুমিদাংগী ফজববা ইলেক্ট্রিকী মঙাল্লক্তা শচিনা ফল্লিবা ষ্টোল অদুগী মমাঙদা কাংঙা খোঙথাংগুম নীংথিরবী অদুনা তোয়না তোয়না খোঙদোই হুনবদু শচিগী থম্মোয়দা মৈচাক অমা লাকহনবগুম তৌখি। শচিনা থম্মোয়দা খল্লি- কান্নদবা ৱাখলনি, লোন লিসু খঙনদবা লমদমসু য়াম্না তান্নবা পুন্সিদা ওইথোক্লরোইদবা ঙাক্তনি খল্লিবসি। "খল্লরোই য়েংলরোই" হায়দুনা মথম্মোয়দু ফাথজে। অদুবু থংনরিবনিনা উকবদদি শচিগী থম্মোয়দা তত্তনা চয়েৎনহল্লি।

ঙসিদি শচিগী ষ্টোল মমাঙদা ফক্কশনগীদমক থাদুনা থল্লিবা চৌক্রিদুদা চন্দ্রিমাদু মমান্নবীগা ৱারী শাদুনা শচিদা হাইরপ হাইরপ তাঙনা তাঙনা য়েংলক্তুনা ফম্বদু শচিনা উখি। শচিসু য়েংশিন্নদবা শাদুনা মথম্মোয়দু ফাথজে।

নোংমদি বেঙ্গলি খঙবা ওজা নম্দুনা চন্দ্রিমা অমদি মাগী খোঙবুশিংগা ৱারী শারুই। ওজা নম্দুনা তম্মী, চন্দ্রিমানা মখোয়দা মিৎয়েং অমদি তৌই হায়না।

নোংমদি মেলা অদুগী ষ্টেজদা ফঙ্কশন অমা তৌনবা চন্দ্রিমানা শচিগী ষ্টোল মমাঙদা তোয়না চখোক চংশিন তৌবা অদুনা লমহেল্লবা শচিগী থম্মোয় অদুদা খাঙবা ঙন্নগী পাঙ্গল ৱাবগুম তৌখি। চন্দ্রিমানা ফঙ্কশন অদুদা ষ্টেজদা কবি সম্মেলনগী শৈরেং থী। নুংতিগী তাদুনা লাক্লবা খোয়থুম্নবা খোঞ্জেলদুনা মাইক্রোফোনদা শৈরেং থীবদু তাবদা শচিগী থম্মোয়দা করিনো খঙদবা অমনা হক্তুনা থন্নগুম তৌখি। ককঙাওনরবা মমিৎ অনীদুনা শৈরেং থীরিবা চন্দ্রিমাবু হূরপ হূরপ য়েংজে।

থৌরমদু লোইরগা ভারাগী য়ুম তাবা শাংলবা লম্বীদুদা শচিনা হল্লকপদা মহাক্কী মিৎমাঙদা চন্দ্রিমাগী নীংথিজরবী শক্তম অদুতা উদুনা লৈখিবদগী লম্বীদুদা চৎপা ফাওবা শচিদা ৱানা থোকখি। পূম্নমক অদু মাগী গুরু নন্দুদদি খঙহনবা নত্তে। মরূপ মপাঙ কনা লৈরবসু ৱারী শাদুনা খঙহনবা নত্তে।

হোটেলদা মাগী ভারাগী ফমুং অদুদা পোখারবসু, মমিৎ উইশিল্লবসু পাঙথোক্লবসু শচিগী মিৎমাঙদা চন্দ্রিমানা ষ্টোল মমাঙদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা, ষ্টোল মমাঙগী চৌক্রিন্দা মমান্নবীগা ফম্মিন্নরগা হাইরপ হাইরপ য়েংলকপা অমদি ষ্টেজদা মাইক্রোফোন ময়াদা নীংথিরবা খোঞ্জেল অদুনা চীংলেম্না শৈবেং থিখিবা থৌদোকশিং অদুতা উদুনা লৈরে। শচিদু তশেঙনা ঙাওরে। নোংমা নোংমগী অসুম্না ককঙাওননা হৌখিবনা হয়েংদি মেলা লোইরগনি। ঙসিদি ওজা নন্দুনা লাইরিক খরা চন্দ্রিমা অমদি মখোয়গী সেনিয়র নুপী অদুদা খুদোল তম্লুই। মতম অদুদা হরাওরবী চন্দ্রিমানা হয়েং মেলা লোইবা নুমিৎতা নন্দু অমসুং শচিগীসু লাইরিক খরা প্রজেন্ট তৌগনি হায়না হায়রকপদু ওজা নন্দুনা শচিদা তম্মী। শচি হরাওবনা লুতোন শম য়ুংই। ওজা নন্দুতা নত্তনা মাবুসু নীংশিংবীরি। অদুবু শচিনা মহাক্না হরাওজবা অদু কা হেন্না মকা ফোংহনখিদে অমদি ৱাখল ফাথজে। শচিনা মখোয়দা মাবু শক তাকপা ওইনা মাগী বাইও দেটাসু মহাক্না লাইরিক প্রজেন্ট পীবা লাকপা মতমদা পীহৌরগে হায়দুনা আশা তৌজে। অসুম্না নুমিৎতু ইরাং লাঙবা থম্মোয় ঈহৌরিঙৈদা ওজা নন্দুদু মশাদু নুংঙাইরক্তে হায়দুনা হোটেলদা ঙন্না চৎখি।

ঙসিদি চন্দ্রিমানা গেট ফাওবা চৎখিবদু য়েংগে অদুগা মহাক করিদা লাকপনো য়েংগে খল্লি। মসিবু য়েংনীংলুবগী মরমদি মাগী ফিজেৎ চাকচা, পায়রিবা মোবাইল ফোন, বেগশিং অদু উরগা মহাক অচম্বা মান্দে। মারুটি কার, মখল কয়াগী গাড়ি মচা

কয়া লাকপদা মা য়াওবজাংলা হায়না ব্রাখলদা খল্লিবনি? মহাক্না লাকপদা মরূপ মপাঙনা য়োম্বগুমসু তৌই অমদি মতমসু তাঙনা লাকই। অসুম্না খন্দুনা ঙাইহিরিঙৈদা ষ্টোল অদুদা শচি মতোমতা ঙাইবনা চন্দ্রিমানা নোম নোম মমান্নবীশিংগা চৎখিবদু হাইরপ য়েংহৌবা নত্তনা উপাই লৈখিদ্রে। মানা হাইবপ য়েংলম্বদুনা থম্মোয়দা শাদানবগী তেন্না পাল্লবা শজীনা তনীক তনীক চৈনা খাঙবগুম খাঙজহৌই।

হোটেল য়ৌরবা মতমদা মথন্তা খঞ্জবকই- হয়েংদগীদি চন্দ্রিমাগা অমুক হন্না উনবা ফংদবসু য়াই। অদুবু মহাক্না হয়েং নুমিদাংব্রাই লাইহিরিক প্রজেন্ট তৌবা লাকপা মতমদা লমহেল্লবা মিৎ অদুনা মাবু পেন্না অমুক্তংদি য়েংজহৌরগে। ঙহানমখৈ হূবান হূরান য়েংবা, য়েংসি কদায় য়েংদসি কদায় তৌবদু তৌররোই খনখি। মচীনমক্না মাগী মশক তাকপা ঙমদ্রবসু মহাকসু অইবা অমনি এব্রার্দ ফাওবা ফংলবনি হায়বদু কম্প্যুটরাইজ তৌরবা বাইও দেটা অদুনা খঙহল্লন্নগে খল্লে। মতুংদা বাইও দেটা অদুগী মথক থংবা অহাঙবা অদুদা মখুৎমক্না ইরক্লে ইংলিশতা 'মীপুম খুদিংমক্না নুংশিবীবগুম ঐনসু নঙবু নুংশি।'

মতুংদা ফমুংদা তপ্না হীপথজরগা মঙলান অমগা লোয়নননা অহীং অদু হৌখ্রে। মমঙদা নীংথিজরবা অমরাবতি লৈকোলদা ধূপকী লৈচীল্লক্তা চন্দ্রিমাগা শচিগা কেকু লোৎপী শান্নবি। নাকলগী নীংথিজরবা পুখ্রী অদুগী তরুরবা ঈশিং ইয়ায় অদুদা ঙানু থঙ্গোং অনীনা নুংশিননা ইরোয়দুনা শান্নজবা অদুবু য়েংমিন্নদুনা নোকমিন্নে। ওজা নন্দুনা হৌদোরকপদা, 'অস' হায়দুনা মঙ কায়খিবদুদা পুক্নিং নুংঙাইতনা শোল্লি 'নোংঙাল্লবোইরে'।

অয়ুক অঙনবা অদুদা মহৌশাগুম বরাক তুরেলগী পাক্লবা ঈপাক অদুগী তরুববা শঙবান্নরবা ঈশিং অদুদা লুপচরগা হয়েংদগী লুপ্পরোইদকো হায়না বিদাই পীজে। ঙাইহাক্কী মতুংদা চাবা থকপা য়াবা চা থক্লবা মতুংদা নাল্লপ্না শেৎ চাদুনা ওজাগী তুং ইন্দুনা মেলাগী ষ্টোল তল্লকই। নুমিৎতু অরোয়বা নুমিৎনিনা বেঙ্গলি, অসামী, মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙলতা নত্তনা চীংমী কয়াসু ফজ ফজনা কেনা নান্না তিল্লবি। পুং ৩ লোম তারকপদা তথক্লবা শচিগী মিৎস্না অনীদুনা গেটলোমদা 'মদুবু লাক্তিনহে' হায়দুনা তথক তথক্লা য়েংজে। মমৈদা মরাক্তবা অদুদা ব্রাখলদু হৃহুনা 'অঙাওবগী মতৌনিকো ঐসে' হায়না পোৎ য়োন্নবা হোৎনজে। মী চিল্লিঙৈ পোৎ লৈবশিংগা ভাঙনা শক্লরিঙৈ তাঞ্জা

অদুদা ষ্টোল অদুগী মমাঙ অদুদা মমান্নবী অমগা তাম্নগুম্না থোৎলবা খোঞ্জেল অদুনা ঙাঙনা ঙাঙনা মোমোন্ননা মশা নান্না চৎখিবদু মপুং ওইনা য়েংবদি নংহৌদ্রে।

ঙাইহাক লৈবা য়োনবগী চরাঙনরবা মতুংদা থৌগংলবা থৌনাওদা চা অহাওবা অমত্তা থাদরুগে হায়দুনা ওজাদগী য়াথং লৌরগা থোরকপদা চন্দ্রিমাগা হেক মিৎচান্নরুই। নুপীনা লুকথগদ্রা হায়রগা মানা লুরক্লনা ইকায়না চা থক্লবা হোৎনখি। চা থকপা লোইবগা অমুক চঙলকপদা তথক্লবা মিৎস্না অদুনা হুরপ চন্দ্রিমাদা য়েংজরুই অদুবু লৈবা য়োনবগী থবক্তা চন্দ্রিমাদি য়েংলক্রে। থম্মোয়দুনা কয়াদা য়েংহননিংলিবা অদুবু উপাই লৈতনা ষ্টোলগী চিয়ারদা ফমথৈ। ওজা নন্দুনা তপ্না হায়রকই, "ঙসিদি চন্দ্রমানা ঐখোয়দা লাইরিক প্রজেক্ট তৌগনি হায়বনি।" শচিনা থোইনা তাশিন্নদবা শারদুনা লাইরিক লাইশু শেমজিন শাজিল্লি। মেলাগী অরোয়বা নুমিৎনিনা ক্লোজিং ফঙ্কশন ফজনা পাঙথোক্কদবা মতৌ ওইবনা খরা থেঙথবা য়াই হায়বসি শচিগী ব্রাখলনি। থম্মোয়দুদা হোরেল চন্দ্রিমানা হেক লাকপগা বাইও দেটা অদু পীহৌবা অমসুং পেন্না অমুক্তং য়েংজহৌবা হায়দুনা ককঙাওনরিঙৈ তাল্লক অদুদা খঙহৌদনা নোং নুংশিৎ তৌরকখি। খর খরদগী অকনবা মওংদা ষ্টোল ফাওবা হুমদোক্লগে মতৌগুম নোংলৈ নুংশিৎ তৌরকপা অমসুং নোংনা কন্না তাশিল্লকপা অদুনা মীয়াম পূম্নমক মাগী মাগী ষ্টোলশিংগী পোৎ চৈ চোৎতনবা লোইশিন্নবদা মী-না উনদে। মেলা য়েংবা কয়াসু ষ্টোলগী ময়া ময়াদা নোং নুংশিৎ খাঙনরি। পূংজা অমমুক হৌথ্রবা মতুংদা নোং নুংশিৎ লেপখ্রে। হাথু-হাথু অয়েংবা অরাকপশিংসু অমুক নোং নুংশিৎ তৌরক্লিঙৈদা হাইদুনা চৎনখ্রে, ষ্টোলশিংসু মাগী মাগী মপোৎ-মচৈ লোইশিন্নরি। চন্দ্রমাগী ষ্টোলদু মরূপ মপাঙশিং কয়ানা খরা থুনা লোইশিনখি। নোংদি খোংলি ড্রুং ড্রুং। চন্দ্রিমা ইপা পাখৎপা মতৌদা তহা তহাবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ঙাঙনা ঙাঙনা মেলাদুদগী অরোয়বা খোঙ থাংখি। শচিদু পোৎ-চৈ লোইশিনবা লাক্লরিঙৈদা চৎখিবদুদি খঙলগা উহৌদ্রে। লাপ্পপ্না য়েংলুবদদি চৎখ্রিবী নীংথিজরবা মীতারুরিবী শক্তম অদুগী মতুং মনীংলোমদা অরোয়বা ওইনা উহৌরে। উজনিংলিবা য়েংজনিংলিবা মীতারুরবী মায়থোঙ অমদি শক্তম অদুদি উহৌদ্রে।

*)*(*

# অখুনবা থম্বাল লৈনুং শি

**মোহন,** দি আই জি কেশোগী মযুমদা থবক শীজিন্নদুনা লৈবা কন্সটেবল অমনি। কেশোনা মহাকপু যাম্নমক থাজবিবদি মহাক্কী অকুপ অতাগী থবক কয়াদসু মোহনদি বি এ ওইবনিনা খন্নবা, তান্নবা যাই অমদি মীশিং নাশিংই। মহাক চহি ২২/২৩ গী পাখংনি। মাগী ক্বালিফিকেসন অসিনা মহাক ইকুই কুইদনা প্রমোসন ফাওবা ফংলবা যাবগী লম্বীদা দি আই জি কেশোনা শিনবিগনি হায়বা মতাদা থম্বনি। মাগী থোইদোকপা গুণ অমনা মোহন্না অপাইবা গাডী মচা ওইযু, জিপ, কাব ওইযু থৌবা ঙম্মী। মবম অসিদগী কেশোনা মহাকপু ফাজিন্দনা থম্বনি। কেশোগী মচানুপী চহি ২০/২১ মুক শুববী শকহেনবী অমা লৈ। মহাক্কী কলেজ চৎপদা মোহন্না মাকটি জেন্দা অমুকসু থিনবা চৎলি, হল্লকপদসু লৌবা চৎলি। মোহনগী থম্মোয়দা কেশোগী শকহেনবী ওইবিবী মচানুপী শিলাবু ফংজববদি খনখিদবদি নত্তে, অদুম্নমক মহাক্না থীক নেম্বনা থা লাম্বা হাযবদু পামদবদগী অচম্বা ব্বাবী নত্তনা কাহেনবা ব্রাহৈদি মাগা চৎমিন্নবদা কোযমিন্নবদা হাযদ্রি। কবিগুম্বা কান্দা মথমোইদু খঙদোক্লবা ব্বাহৈ খবদি ফোঙদোকই অদুবু মদুনা শিলানা মোহনবু মীনাই অমগুম্না উবিবা মতৌনি। মখোয অনি কবি কবিগুম্বা মতমদা লাইবিক লাইশুগী মতাংদসু খন্নে। কেশোনসু মোহনদা নত্তবা মীৎযেং থমদে মখোয অনী মবুং মৌপ্পাগুম লোযনবনি অদুম খল্লি। অদুগা মবক মবক্তসু 'অপঙবী নচলনি হায়না খোইখা লিনখা থাগনু' হাযদুনা মোহনদা কেশোনা অদুম তাকপি।

ঙসিগী সনদে অসিদি শিলানা নুমিদাংব্বাইদা সিমিত্রিদা চঙদুনা লৈশু যেংগে হায়বে মোহনসু যাবে। মবম অসিদগী নুমিদাংব্বাই অদুদা মোহন্না মাকটি জেন্দা শিলাবু থিল্লক্লে। শিলা মোমোন মোমোন তৌনা লৈশিং যেংলি। নাকলদা পাখং লৈশাবী কযাসু

জুরা জুরা মফম কয়াদা চত্তুনা ফম্লদুনা ৱারী শান্নরি। মোহ্নদু মপান থোক্লিংবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা শিলাদা হায়রম্লগা মপান থোক্লবা চৎখি। শিলা লৈশিং য়েংদুনা লৈহৌই। মোহন ইকুই কুইদনা শিলাবু থিরকই, অদুবু শিলা থিবা খঙদ্রে। সিমিত্রি লৈকোনদু কোইনা চত্তুনা থিরুই অদুবু ফংবা ঙমদ্রে। মোহন পাখৎপনা লোইরে। মখ্বাংদা য়াল্লিবা পিষ্টোল অদুনা মথন্তা কাপচরগে মতৌ ওইখি। মহাক্লা শিলানা হান্না লেপ্তুনা লৈখিবা জগা অদুদা লাপলপ্পা লৈহৌবা শাবী শানৌশিংদা হংবদা নুপা অনিখক লাকপা উখি, অদুদগীদি শিলাগা ৱারী শাবগুম তৌখি। মতুংদা ৱাঙ্হরকপদগী মখোয় অনী চঙদুনা পমদুনা পুখি অসিনি। মোহন করি উপায় লৈ। য়ুমদা অদুম্না তম্লুরবসু দি আই জি কেশোনা মাবু হাৎলগে মতাগুম তৌরক্লনি। মা য়ুমদা চঙবসু য়ারোই। তৌফম খঙদ্রবা মোহন্না মরি মখোং মুন্না হংলক্লবসু অমত্তা খঙদ্রবা অদুদদি য়ুমদা চঙবগী মহুত্তা শিলাবু ফংদ্রি ফাওবা থিরগে লেপ্লে। মরম অদুদগী এস পি সাহেপকী ওফিসতা মারুটি জেন অদু থৌজন্দুনা শিলা সিমিত্রিদগী মাঙখে, মহাক শিলাবু ফংদ্রি ফাওবা দি আই জি গীদা চঙলরোই, ফনবা খরা শিনবিরম্লো, পৈশা খরগা পিয়ু হায়ররে। এস পি না সাহেপ্তা ইরেন্না তম্লগা ময়াম থিমিন্নবদু ঙাইরে হায় অদুবু মোহন্না পাউদু সাহেপ্তা পীবিরো, ঐ ঙসি নোংমা নিনিসিদা শিলাবু তেক্তা কাইদনা পুরক্লবা হোৎনজরগে মঙ্গল পীবিয়ু হায়দুনা মঙ্গল অশির্ব্বদ লৌরগা অফবা খুৎলাই অমা নিরবা মতুংদা লুপা লিশিং অনীগা লোয়ননা মোহন চৎখ্রে।

এস পি না পুলিস ষ্টেসন কয়া অমদি মফম কয়াদা শিলাবু ফংননবা থৌরাং হৌখ্রে। নুমিৎ তারমদাইদা দি আই জি কেশোগী ময়ুমদা চত্তুনা শলাম কোত্তুনা ৱারী পূম্ন মক অদু লীরবদা দি আই জি হায়ফম খঙদনা ৱাখ্রে। মাগী নুপী সোনিয়াসু মচাবু কৌদুনা তেংথাখ্রে। মচিন্দা চেকশিন্দবদগী হায়দুনা মোহনবু চৈজরবসু মহাক্কী মীৎয়েং অমদি থৌনা অদুগীদমক মথমোইদা মোহনবু থাগৎখি। মদুগী তুংদা ওফিসার অনী অদুনা পায়খৎপা য়াবা প্লান কয়ামুক খন্নরবা মতুংদা এস পি অমদি মাগী গ্রুপ চৎখ্রে। সোনিয়ানা নাইতোম পোকপী কেনা য়োকচবী মচাবু কৌদুনা কেশোবু কোন্দুনা 'মচাগী পুন্সিবু কনবিয়ু' হায়দুনা কপ্লা কপ্লা তেংথারক্লে।

শোমদনা মোহন্না মারুটি জেন অদুগা উখ্রুল লম্বীদা হায়গৎলক্তুনা লিতান পুলিষ্টতা থুংলরে। মতুংদা সি আই দি রিপোর্ট লৌদুনা গাড়ী অদু থনম্লগা অহিং অদুদা

চীংনুংলোমদা মখুত্তা মতিক চাবা খুৎলাই পায়দুনা মফম খঙদনা তোর্চ অমগা মাঙখ্রে। মতৌ অদুদা ইন্সপেক্টর অদুনা য়াম্না চিংননা মখোয়গী ষ্টাফ অদু এলার্ট ওইনা লৈহনখ্রে।

নুমিৎনা নোংপোক অতিয়াদা ঙাল্লোরক্লবদা চীংনুংগী উমংদা শুরুংগুম্বা অমদগী থা মচেৎ মান্না অশংবা উনাতনা য়োমশিল্লগা থোঙ অমা হাংদোরকপদু উরুরগা মোহননা খুরুখুদক কুল্লা কুল্লগা মোংশোং অদোমদা অদুম চঙশিনখ্রে। মতম অদুদা নুপী মানবা খোংগ্রাও শেৎপা মীওই অমা থোরকপদা মোহন্না তাঞ্জা লৌদুনা মোংশোংলক অদুদা খাঙদুনা লৈখি। মমৈদা তাঞ্জা লৌরগা মচিন মেনশিল্লগা মোংশোং মরক অদুদা চিংথরক্লগা মথবাক্তা পিষ্টোল নল্লগা শিলাগী খোঙ্গুল লীখি। মমৈদা খোঙগ্রাও শেৎপা মী অদু নুপী ওইরমখি। অনী অদু মুশুক মুশুক ঙাঙননা অমগা অমগগী ব্রারী শান্নরে। নুপীঅদুসু মপা হাৎখিবগী লমন নোংমদি তাঞ্জা য়েংলগা শোয়দনা খুল্লগে হায়দুনা খাঙলিবনি। মখোয় লানহৌবা নহাবোল নত্তে, লুট পাট তৌবা রেন্সমসু তানবা কাঙবুগী ফুরুপনি। শিলা মখোয়না ফাদুনা থল্লি। অদুগা দি আই জি কেশোদগী লুপা লাক্ষ তরাগী দিমান্দ তৌগনি হায়বসিনি। অদুবু মোহন্না নুপী অদুদা শিরবসু শিমিন্নরসি, হিংলবসু হিংমিন্নরসি মখোয় অনি থাদোক্লবা তৌদনা শিলাবু কলল্লসি, নুপীদুগী মতেংসু মথ্বায় থারবসু পাংলল্লগে হায়না মোহন্না থম্মোয় শোক্লা ব্রাশক্লে। নুপী অদুগী মমিংনা থম্বাল কৌই হায়বা খঙলে। অদুবু থম্বালনা লমবী শেমখিগে হায়বদি মী য়াম্বনিনা মোহন্না পাক চঙবা য়াখিরোই, হাবুং মোশোং অদুদা পোখাদুনা লোত্তুনা চখোক চৎশিন য়েংদুনা লৈখো তাঞ্জা অমদা মোহনগী চানবা ফাওবা শিনগে হায়বদগী থম্বাল লোন্না চৎখ্রে। মতুংদা থা মচেৎ মানবা লৈমায় অদু মাঙখ্রে। চীংদুম মচা অমগুম ওইনা অহোবাথোঙ লৈত্তনা উখ্রে। মোহন মীৎলৈ নারৈ শিংনা মখুত্তা লানগী মতৌগুম খুৎলাই পায়দুনা তারগেৎ অদু এম তৌদুনা লৈখ্রে।

শোমদনা থম্বালনা মনুং অদুদা চেকশিনবা শাদুনা মাগী বোস কান্তগা ব্রা তান্নবগা য়াওদুনা ঙসি নুমিদাংব্রাই লিতান বজারদা থোক্তুনা দি আই জি কেশোদা লুপা লাক্ষ তরা মশামক্লা পুদুনা শিংজমৈ সুপর মার্কেত্তা থুংলগদবনি। করিগুম্বা পুলিস টিম অমদি সিফাইনচিংবদা অরোনবা অসি খঙহল্লবদি নচানুপী ফংদ্রে হায়না লৌগদবনি হায়বসিনি। অদুগা মচানুপী অদুবুনা নুমিদাং অদুদা মখোয়গী য়ুমদা থেঙলবসু থেঙনা শোয়দনা য়ৌহল্লকনি হায়রসি হায়ননবা খন্নখ্রে। অদুগা ইম্ফালগী পাউ লৌনবগীদমক্তা

সিভিলদা সি আই দি খরা থাদোক্লসি হায়না হায়নরে। অদুগা শিলাবু চিংনহন্দনবা চাক পীজনবা য়েন থোংলো হায়দুনা এরেঞ্জ তৌখ্রে। হৈশিংলবা থম্বালনা মাগী তৌগদবা মখৌ কয়া তৌরবা মতুংদা শিলাবু থেমজিন্দুনা চিংনদনবা ব্রা কয়া হায়জিন্দুনা থম্মোয় অদু থৌদুনা ব্রাহং কয়া হংখ্রে। মতুংদা য়েঙ্খাং অহাওবগা লোয়ননা চাক চাথোকউ, নুপীগী অব্বাবা নুপীতনা খণ্ডবনি নুপীবু অব্রাবদগী কনবা নুপীগী মথৌনি অদুবু মাগী তৌফম থোকপা থপ্তা মীপাইগনু হায়দুনা থেমদুনা চাক পীজরে।

ইকুই কুইদনা শোছাংননা লায়োম অমদা তপ্না চাক য়েঙ্খাং খরা মোহনগী মনাক্তা চীংনবা পুম্না থাদোক্তুনা চণ্ডলক্তুনা চাক পীজররে। অদুগা মোহন মফম অসিদা থুংলরে হায়বদু শিলাদা খণ্ডহনখ্রে, মদুদা শিলানা মোহনবু থাগক্তুনা হরাওবনা পিরাং ফাওবা শিল্পখি হায়না থম্বালনা মোহনদা তমখ্রে। মতুংদা হোরেল অহিংদা শুরুংগী মনুংদা চংননবা মনিংগী থোং অদু হাংদোরক্লে অদুগা লোন্না শুরুং মনুংদা চণ্ডলক্লো হায়দুনা থম্বালনা য়াৎলিবা পোরমশিং অদু মোহনদা শিনখ্রে।

থম্বালগী হৈশিংবা শক্তিদগী অহিং অদুদা মোহন্না শুরুং মনুং য়ৌবা ঙমখ্রে। মনুং অদুদা মতম কয়া চঙনা মখোয় অনী অরোন অফোঙ কয়া তৌনরবা মতুংদা শিলাগী গার্ট অমা মোহন্না থাঙনা থিন্দুনা হাৎলম্লগা শিলা অমদি থম্বালগা লোয়ননা মোহন নোংঙাইহল্লমদাই অদুদা শুরুং অদুদগী নাহোরক্লে। নাহোকখ্রবা অহুম অদুগী শামিন ফংলবদা ডাকু ফুরুপ অদুগী ফৎত্রবা কয়া অদুনা নোংমৈ কাপ্না কাপ্না তান্নরক্লে। মমৈদা চীংয়াগী কোইলাস থাবা সড়ক উরক্লে। অহুমদু নোংমৈ মরু কয়া অদুদগী নাহোরক্তুনা চেল্লকপনা সড়ক য়ৌরমদাইদা মোহন তল্লকপা নোংমৈ মরু অমা থম্বালনা পাখৎনা মাইওননা মাগী মফেগন্দা পালহন্দুনা ওকখ্রে, থম্বাল ঈগা লোয়ননা তারবদা অমুক হন্না চৎপগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে। মতৌ অদু উবদা মিপাইরবা মোহন্না থম্বালবু পোদুনা শিলাবু মখুদাংদা চিংদুনা সড়ক তল্লক্লে। তাঙ্গা অদুদা মতম চানা আই আর বি গী গাড়ী অহুম লাকপদু উবদা শিলানা খাম্বদগী কুমথনরক্তুনা অশোকপা অদুনা গাড়ীদা হাপচল্লে অদুগা শিলাবুসু গাড়ীদা তোংখৎহল্লে। শিলাবুনা ময়ুমদা অদুগা থম্বালবুনা হোস্পিটালদা মফেগন্দা নোংমৈগী মরু পানবা অদু লায়েংনবা নাইক অদুদা শিন্নরগা ইম্ফালগীদমক্তা থাখ্রে। লেমহৌরিবা গাড়ী অনীদুগী আই আর বি সিফাই কুল্লামুক্তা লোয়ননা মোহন্না লুচিংদুনা শুরুং অদুদা খোঙ থাংলক্লে। অকনবা নোংমৈগী লান

মরক্তা উপায় লৈত্রবা বোস কান্ত অমদি ডাকু মীওই কয়া সবেন্দর তৌররে অদুগা কয়ামুক্ৰা অশিবগী ঈপাক্তা তাদুনা লৈখ্রে।

নুংথিল অদুদা চাওরবা উসব অমা শিলাবু মোহননা তেক্তা কায়দনা পুরকপগীদমক পাঙথোক্লে। হোম মিনিষ্টর ফাওবা য়াওরবা উসব অদু লোয়রবদা থৌনা ফবগীদমক মোহনবু ইন্সপেক্টর ফম পীবগা লোয়ননা শকহেনবী শিলাগী অয়াবগা লোয়ননা শিলাবু মখুৎমক্তা শিন্নবা হায়রক্লবদা মোহননা মহাক্তি শিলাগুম্বী দি আই জি অমগী মচানুপীগা লুহোংলোই মাগীদি থন্বাল কৌবী হান্না মন্ত্রি ওইরম্বদগী লৈখিদ্রবা অমগী মচানুপী অদুগা লুহোংগনি হায়জরক্লে। মদুদগী মোহন্না মাগী মরুপ আই আর বি গী নাইক অদুদা থম্বালবু পুবিরক্লো হায়জরক্লবদা থম্বালনা মৈতৈ নুপী অমগী ফিজেৎকা লোয়ননা মখোঙ হায়রপ শেক্লা চীংলেম্না সভাদা তিল্লরে। মবি মখোঙ হংনরবা মতুংদা হোম মিনিষ্টর অমসুং দি আই জি কেশোনা অমমম্ খুৎ চিংদুনা পুশিল্লগা থম্বাল অমসুং মোহন খুৎ শম্নহনখি।

*)*(*

# য়ুদা স্টিগমা লৈরবদা

**নোংমা নুমিদাং** অমা পুং ৯.৩০ রোম তাবদা সুনিলদু মহৌশা মহৌশা মরক মরকতা য়ু খুড়াও থিনা ড়াওবগুম ড়াওরদুনা লম্বীদু থুংনা হায়রদুনা অথেংবা অদুদা লাক্লি। নিংথম থাগী মতমগা ওইবগা মণিপুরদা ইরাং ফৎত্রবা মতমগা ওইবগা লম্বীদুদা কনাসু চংনদ্রে মী ইচিক চীকই। খঙহৌদনা সাইকল তোংবা নহা অমখক সুনিলনা হায়রং হায়রং চংলিবা অদুদা তপ্না ইন্নরকই।

- তামোবু করি লৈকাই য়ৌবিদোইনো, হকচাংদুদি য়াম্না ব্রানা উজরেদা?
- ইবুংঙো ঐ লাইরিকয়েংবম লৈকাই ফাওবদনি, য়ৌদৌরে।
- তামো, নহারোল কয়ানা মরৈবাক্কীদমক্তনি হায়দুনা শিবা চংবা খঙদনা হোৎনরিবসি খঙবিরবদি, তামোসু য়াম্না অহল ওইবসু নত্রি নিশা অসি থাদোকপিদুনা মীয়ামগী অমদি ইজাতিগী খনবিবদি ফবনি।
- উম, উম ইবুংঙো য়ুম য়ৌরে, ঐ লৈহৌরগে।

সুনিলনা ময়ুমগী থোঙ্গাল অদুদা খোঙথাং মঙা তরুক থাংলুরবা মতুংদা নুপামচা অদুগী ব্রাহেশিং অদু হায়রপ মথম্মোইনা বিচার তৌরুরগা হন্না থুনা য়েংলকপদদি নুপামচা অদু মাংখিরম্মী। মথমোইদা চিংনবা অমা ফাওনা ময়ুমদা চংখি।

ডসিদি ওফিসতা জ্ঞান তানা শাধু শাদুনা থবক শুরি। মমান্নবা মাগী য়ুড়াওবগী নেচর খঙবা কয়ানা মাগী ড়াওবদা কারন তাবা কয়াদুগী ব্রারী লিরকপদা মশাদু হুমাং কাজে। ওফিসার অমনা হায়রকই,

- হোরেলদি সুনিলবু য়ু ফজনা পিথক্লগা নুপী লক্লহনগনি, য়ু ড়াওরবদি ব্রা কন্না ড়াওবা ঙমই নুপা থোকই, থৌনা ফৈ।

ময়াম অমনা মদুমক তৌসি হায়ননা ব্রা ব্রা নোকখি। মতৌদুদা মহাক্লা খঙলকখি

'মহাক য়ুগা চান্নদে, য়ুবু থক্লবদি থৌরি য়ৌদ্রিফাওবা থকই, অমসুং কারন তাই, মশানা য়ু কা হেন্না ঙাওরগা তৌজখিবা ঙাওজখিবা পূম্নমক খণ্ডদে, মরম অদুদগী ময়ামদা মানা লাওথোরকই,

- ঐ য়ু থক্ত্রে, থক্লরোই।

মমান্নবা অমনা হায়রং

- নঙগী ব্রাবু নুপা মচা অমগী অরেপ্পা থম্বা ঙমজবা মী নত্তে, মমাই অনী লোংবগী মতৌনি, নুমিৎ তরানি কুন্নি থা অনী থকত্রে হায়দুনা লৈরম্লগা বজারদা য়ু ঙাওদুনা তাদুনা লৈরম্লে হায়দুনা হেক্তা ঙাওনরকনি।

হন্দক্তি সুনিলদু মীনোক্তু কংনা নোক্লকপগী মতৌনি। মথম্মোইদুনা মমান্নবদুনা হায়রিবদু চুম্মী খনখি। মতুংদা থক্লবোই হায়বদু চপ চানা খঞ্জখি।

ঙসিসু পারিগা সুনিলগা য়ু তপ তানা অয়ুক্তগী থকচিল্লগা বজাবগী টিকেন্দ্রজিৎ রোডলোমদা লাকই। অনীদুনা লৈশাবী অনী লম্বীদা লাকপদা কারন তাশল্লুই। নুপী পুলিস অমনা নুপা য়ুঙাওবা অনীদুনা নুপীবু হহনা খনবগী মতৌদা অচোপ অরেম খঙদবা মতৌ তৌবিবদুদা শাওনিংমন্দুনা মনাক অদুব্রাইদা লৈবা ত্রাফিক্কী পুলিস অমগা হোম গার্দ অনীগা তান্নদুনা পারি অমদি সুনিলবু থিরকই। পারি অমদি সুনিলদি মখোইগা খঙনবা লৈশাবী অনীগা মৌ মীয়াই অমগা ময়াংগী দুকান অমদা চংদুনা লং লৈবদু য়াওরি। ত্রাফিক পুলিস অদুগা নুপী পুলিস অদুগনা সুনিলবু কৌথোক্তুনা ব্রারী তৌই, মতুংদা অমুক হন্না অদুগুম্বা কারন তৌগনুকো হাযদুনা এডভাইস পিরম্লগা চৎখি। লাপলপ্পা পাখং মচা অনীখক মাংজৌননা নুপীদা তাখিবা কারন খুৎতৌ অদুদা মখোয়গী মরী মতাগী মচল মচাগা ওইরে শাওনিংমনখিদুনা তুং ওইরপ ঈন্নরল্লিবদু অনীদুনা উখিদে। জি.এম. হোল মমাঙগী ওপোজিৎতা কাঙলা পার্কি ফেন্সিং অদুদা ফন্নিবা সুনিলগী মমাঙ অদুদা ঙাসাইগী পাখং মচা অনীদুনা শাওরংননা লেপ্পগা চবেং চবেং ঙাঙলম্বদগী ফুগদৌবগী মতৌ তৌরকই। তাঞ্জাদুদা পারিদু নাওরেম লৈকাইগী মমান্নবা অনী অমগা লাপলপ্পা ব্রারী শারম্বদগী থৌদৌ অদু উবদা চংশিন্নরকই। মখোয় খরা ঙংনরকই, মমৈদা পাখং মচা অনীদু চৎখি।

হৌজিক্তি ওফিস্তা নুমিদাংব্রাই য়ু থক্লরবসু সুনিলবু য়াওহন্দনবা চিবোন চিবোন ঙাঙনবদু সুনিল মশানা তাখি। লৈকাইগী মরুপ মপাং চাক চান্নবা নৎত্রগা পার্টি তৌবদসু

সুনিলদি য়াওহন্দনবা তৌনরকপদু মশানা অদুমক খঙজে। লৈশাবী, মৌ নহা, নহারোল অহললোন কয়ানা চিবোন চিবোন য়ু ভাওবা অসি লাক্লে হায়দুনা ভাঙনবা মহাক্না লেংথৈনবা অমদি লম্বীদা ভাঙনবা সুনিলনা খঙলকই। করিগুম্বদা অঙাং মচাশিংনা 'ঙহানগী খুঙাওদুদি য়াইহে' হায়দুনা লক্লবা য়াওরকই। মঙোন্দা মীওই কয়ানা দিসক্রিমিনেসন অমা তৌবদু মশানা খঙলকপদগী য়ু থকপদু অমুকসু লেপ্লে।

ঙসিদি তুম্বা হৌগৎলকপদা মমাইদু চাওনা পোল্লমবদু উবদা মমা ইবেম্মনা মথম্মোই শোকখিদুনা লাওখোংবা হৌরকই,

- য়ু অসিদা থক্লুরনু হায়ববু হেক্তা মথকপা, মসিবু য়ুদা শেমজনম্ব্রা করিনো? ইমাই অসি মীমাংদা পুদুনা চৎপা ঙমদ্রে, মসিগী ফৎত্রবা ইচা অসিগী হাক্তক্তা শাগে ফাওবা চেহ্নুরে। য়ু থক্লগনা শাধু মশাবা, মরমসু পংওক ওকপা, ইচাদি কৌবনিনা শিবসু শিহন্নীংদ্রিবা, ওহ্লোক্লা ব্রানা লেনখ্রেদকো সৈত্যা, নিশা থিংলিনি হায়দুনা তৌবা শারিবসিসু নাকল অমদদা পংথিংদা থিংবা থিংদবা নাকল অমদনা ফ্রিদা থাবা, লৈকাই লৈকাইনে হায়দুনা তৌরিবসিসু মখোয় মখোয়গী লৈকাইদগী য়ু য়োনবা ফারে হায়না খবরদা ফোংলক্লিবা অদুদা ইকাইদব্রা খঙদে, লৈকাইদুবু ওক্তবা মকোলগুম্না মীয়াম্না উহল্লিবদু উহন্দনবা লৈকাইদুগী মীওইশিংনা য়ুশিদদি য়োন্নগুমসি থক্লগুমসি হায়না থিংনদে। ওফিসারসু য়ু থকপা ময়াম অমা য়াওরি। জ্ঞানিনি হায়বা কয়াসু য়ু অদুম মথকই, অহল লমন মচা মশু মখা থাবশিংবু য়ু থক্লুগনু হায়বিগদবা কয়ামসু নহাগা পাদুনা য়ু মথকই। ওফিস্তা য়ু থক্লগা কাবসু য়াওরি, ওফিস্তা য়ু থক্লগা কাবা য়াদে থিংনদে, ওফিস মনুংদসু নুমিদাংব্রাইদগী য়ু মথকই হায়, জ্ঞান তাদে, য়ু ফাগদবা পুলিসসু য়ু মথকই। য়ু অসিনা মরোল অমা পেরেগুম্মী। ঈশিং তাংই হায়দুনা কালেন্দা তৌনৈ, য়ুদি মতাংদে, ঈশ্বরগী অমদি ধর্ম্মগী চৎনবীগী য়ু শুংলিবা কয়ানসু ঐখোয়গীসিদি কারবারগী নত্তে, চৎনবী অমদি ধর্ম্মগী অমদি ঐখোয়তগী শিজিন্ননবনি হায়দুনা মপান লাহ্লোকহল্লক্তবসু ফগদবা...... ঐগী ইচাশিনা মরোল অমা মীখ্বাই য়ু খুঙাও অমসুং খুথক্কসু মান্নদবসিদা ঐদি ওহ্লোক্লা ব্রারেদা।

অসুম্না মমা ইবেম্মা অদুনা লেপ্পা লৈতনা মথম্মোই চাক্লা শাওনিংনা ভাঙথরকই। মদুদা সুনিলনা হায়রকই,

- ইমা ঙাঙলনু তোক্নো নঙগীদু ৱাকাই য়াওরক্কদৌরে।

অসুম্না মমাবু থেল্লকই। অদুবু অহোয়ননা মমানা ,

- নঙনা তৌরিবসিবু চুমলীৱ্রাও, ঙহানসু ইবেথোইখোইদা অকামপেৎও করিও ঙাঙলম্মী হায়, নুপীগাক অমতা থিবা ফংলরোই নঙ, মীগীদি সরকারগী থবকপু ফংলবদি মচা পিগে হায়দুনা লাক্লে হায়, ঐখোয়গীদি নঙবু কিদুনা অমতা হংবা ফাওবা হংলদ্রে। লৈশাবী কয়ানা তোলোপ চাবা পাখং থিনরিবনি। ঐখোয়গীদি নপচোবী ফাওবনা থিরদ্রে।

অসুম্না পেনমন্দবা মতৌদগী মমাদু ঙাঙবা লেপখিদ্রে, উপাই লৈত্রবা, য়ু থল্লুবদগী মরাল পুম্নমক মাগী ওইরবা সুনিলনা মমাবু খুরুমদুনা,

- ইমা ঐ য়ু অমুক হন্না থক্করোই নঙবু ঙাঙবিরগনু।

হায়দুনা খুরমজে। অদুবু মমাইবেম্মা অদুনা

- নঙনা ৱাশক্লিবসি কয়ামদি য়াম্মে, নঙনা ৱাশকপা নৱা লৌদ্রে, মমা অমনা হেক পোকচবা মচা অদুবু থাজরক্ত্রিবা করিগীনো, নঙগী লমচৎননি।

অসুম্না হায়রল্লগা মীৎলু পীরাং শিন্থনা সুৎ সুৎ কপচখি।

ঙসিদি উখ্রুলদা মরুপ দেবজিৎনা বিট কনটেষ্ট অমা য়াওবগা লোয়ননা খৃষ্টমাস য়াওবকসি হায়দুনা উখ্রুলদা সুনিলদু চৎনবা শেম শাখ্রে। মথম্মোইদা উখ্রুলগী ফজবা য়েংনিংবদগী অমদি পুন্সিদা অমুকতা যৌরুদবগী য়ৌনিংবনা খাঙমদনা লাকখিবনি। উখ্রুল হেক য়ৌবগা মরুপ মপাং খরনা য়ু অঙাঙবা পুথোরক্লুনা ওকখি। মমা ইবেম্মদা য়ু থকচররোই হায়না ৱাশকখ্রবনি অদুবু মদুমক কাওদ্রবসু অঙাংবা য়ু অদু অদুমক সুনিলনা থকখি। য়ু হায়রপ ঙাওরগা সুনিলদু মরুপ দেবজিৎকা হোটেল অমদা লেকখি। মথং নোংঙানবদা উখ্রুলগী মরুপ খরনা নখোয়না ইম্ফালগী কিংনি ঐখোয়না উখ্রুলগী কিংনি অদুনা অমগা অমগা নুংশিনদবা য়াদে, মতেং তৌনদবা য়াদে হায়দুনা অয়ুক অদুদা তপ তানা য়ু থক্কখি। সুনিলসু চীংলৈবাক অদুদা অমসুং মীরম অদুদা মহাকী য়ুঙাও অদুম্না তৌরক্লবদি হায়বগী অথিংবা করিমতা থমদনা থকচিনখিবনা ঙাওবদগী চীংগী মরুপশিং অদুনা ইমুং অমদা তুহল্লগা থনমখি। ঙরাং নুমিদাংসু চাক চাদ্রে হৌজিকসু চাক চাদ্রে, তুম্বদি হৌগৎলক্লে অদুবু চাক চানিংবগী মহৎতা য়ু ওইনা খৌরাংলক্লে। নুমিদাংৱাই অদুদা য়ুদু অমুক থকচিনবদগী জ্ঞান খরদি তারক্লে। উখ্রুলগী হোল অমদা

বিট কনটেষ্ট তৌখ্রে। মরুপ দেবজিৎকী গ্রুপকী মী অতে লাক্তবদগী কনটেষ্ট অদুদি মখোয়গী য়াওখিদ্রে। থৌরম লোয়রবদা মরুপ জোনগীদা নুমিদাং অথেংবদা চাক খরদি চাখ্রে। অয়ুক্তদি খৃষ্টমাস নুমিৎ হয়েংতা ঙাইবনা মরুপ জোন্দু পৈশা লৌবা চৎলুবনি, নুমিদাংবাই অদুদা মখোয় অনীবু থিরকপনি।

হৌজিক্তি টাউন্দ অদুদগী কি.মি. অমা মথাইরোম লাপ্পদা লৈবা খুল অমদা থুংলরে। মরুপ জোন্না মখোয়বু চীংদোল অমদা পুখৎতুনা মফম অদুদা লৈবা য়ুমশিং অদুগী মরক্তগী য়ুম অমদা পুকয়ু খরুংদু অহুম লৌদুনা ওকশাগা লোয়ননা খরুং খরুং অদুগী পুকয়ু অদু পাইপ্পা পেন্না পেন্না চিংনরক্লি। খরা ঙাওগনবা সুনিলদু জ্ঞান খরা খরা মাংবা হৌরক্লে। মতম অদুদা য়ুম অদুগী জিংঘদা নুংনা পুরুপ পুরপ থারকখি। জ্ঞান মাংলবা সুনিলনা ফৎ চোংথোক্তুনা 'কনানো নুং থারক্লিবা নথৌনা লৈরগা ইম্মাং অসিদা লেপলো লাও, ওপন চেলেঞ্জ' হায়না লাওরক্লে। মরুপ জোন্না ফিগর কাইরক্কদবা মতৌ উবদগী চৎননবা হায়জরক্লে। অনীদুসু নিশা ফজনা পাল্লে।

মখা ওইরপ লৈরিবা ফজরবা চাওরবা চর্চ অমদা লৈশাবীশিংনা খৃষ্টমাস কেরোনগীদমক তন্নাচিংবা অচাপোৎ হৌদুনা লৈরি। সুনিলনা য়ু ঙাওরগা ইংলিস লোন্দুনা লৈশাবীশিং অদুগী মরক্তা ফল্লগা চেইঙাং ঙাঙদুনা লৈরকই। লৈকাইগী নহারোল খরনা মাগী মতৌদুদা জোন্দা পুথোকখিনবা ব্রার্নিং পিরকই। জোন্না শাওনা সুনিলবু দেবজিৎকা লোয়ননা পুদুনা চীংখা খরা কুমথবা অমদা লৈবা শঙ অমদা হিপহন্দুনা থনল্লে।

নোংঙাল্লকপদা সুনিলদু জ্ঞানদি তারে অদুবু মশাদুদি য়ু ঙাওরি। মমিৎ অদুনা লৈরা লৈরদুনা য়েংলকপদা মানা হিপ্লীবদু পোংশং অমনি খঙলকখি। মমৈদা ফক্লাংদা ঙাদুনা ঈশিং লীক্লি অথনবা অমা লৈরিবদু উরকই। ফুক হৌগৎতুনা ঈশিং অদু গর গর থকচিনখি মমৈদা শ্বর শাংনা হোল্লন্দ্বদগী মমাই অদু তাথোক্লে। লম্বী লৈরিবদুদা য়েংদুনা চীংথক অদোমদা কারক্লে। কোইলাস রোড অদু য়ৌরকপদা টাটা গাড়ি অমদা মুস্লিম অহুমখক মনিংদা তোংদুনা লৈবদু উবদা সুনিলনা 'ইম্ফাল য়ৌগদৌব্রা' হংলুই। মুস্লীম মচা অমনা 'য়ৌদৌমাল্লে' হায়রকপদুদা খঙহৌদনা টাটা গাড়ি অদুগী মনিংগী মাল পুফম ফম্ফাক অদুদা কাখৎলে। পুংখাই অমুক লেপ্তুনা বার অদুদা পাইদুনা ঙাইরন্দ্বদগী মমৈদা গাড়ি অদু থৌরক্লে। হৌজিক্তি মমাঙগী বার অদুদা পাইদুনা নুংশিৎ নুংশা খরা চাদুনা ব্রাখল অমদা য়ুমদি য়ৌরনি হায়দুনা নুংঙাইজদুনা লাক্লে, ব্রাখল অদুনা ঙরাং

মহাক্না য়ু ঙাওরগা কারন কয়া তৌরন্ননি মরম অদুনা জোন্না শাওদুনা মহাকপু চীংখাগী পোংশং অদুদা নমশিন্দুনা তুমহল্লন্নবনি হায়বদু নিংশিংলকই। মথন্তা মীরম্নি খঙলা ফাওবা ঐনা তৌরিবসিবু শিননবা তৌরক্রা হায়বা ব্রাহং অমা হংনা হংনা লাকপনা কি.মি. নিফু অমুক খৌরবা মতুংদা গাড়ি অদু লেপখ্রে। মহাক্না হংজকবদা গাড়ি অদুদি উখুলদগী রোলর অদু লাক্লগা মফম অদুদগী রোলর অদু গাড়ি অদুদা থাঙ্গৎলগা ইম্ফাল য়ৌগদৌরিবনি হায়রক্নে। উপাই লৈত্রবা সুনিলনা রোলর লাকপা ঙাইবা হায়বদি নুমিৎ তবা হায়বনি, অদুনদি লিতান ফাওবা খোঙনা চংলগা লিতান্দগী গাড়ি তেংখ্রগে হায়বা অঙাও অফেগী অশা অমদা মোংলবা জিন খোংগ্রাও অদুগা জেকেৎ অদুগা ইক লুজদ্রবা মশম মনা ইফা ফারবা সুনিলদু গপ গপ চীংলম্বী অদুদা চংলক্নি। পংলাপ লাগুনা নেপাল্লি অমনা ব্রানা শাবা ঈনা কুপ্পা য়ুম অমা শাবদুগী মথক কুপ্পদু উখি। চংশিন্দুনা ঈশিং খরা থকচগে হায়দুনা নেপাল্লি নুপী অদুদা হায়জরই। মথক কুপ্পীবা খ্বাংদা খুগ্রি য়ানবা নেপাল্লি নুপা অদু ফং চেংথোরত্তুনা ব্রিরী তৌনরগা ঈশিং পুথোক্তুনা পিরকই। মবুক য়াওদ্রবা সুনিলনা ঈশিং অদু মবুক থনমখৈ থকচবগা গপ গপ অদুমক চংখি। অসুম অসুম খোঙনা লাকপনা ভৌকনবা মীনা চংনবগী অশম্বা লম্বীশিং উরত্তুনা কোইলাস রোড অদুদগী চীংথকী অশম্বা লম্বীশিং থি থিদুনা ফাওদুনা লাকপনা অমুক কেইলাস রোড অদুদা অমুক তা অমুক চীংগী খোঙগী লম্বী অদুদা চীক্লবা মীনিল তাদ্রবা লম্বী অদুদা শা কৈ থেংননি নত্রগা সিফাই নত্রগা লালহৌবনচিংবা থেংনগনি কিদনা চংলকপনা মশাদু চাদ থত্তবগা শোন্থবক্নে। অদুবু উপাই লৈতনা তপ্না তপ্না খোঙ থাংলক্নি। তান্না লাউড স্পিকরদা ইংলিসকী ঈশৈ তারিবদুনা পুক্নিং নুংশিহনখি। চীংমী অমা অনী তরক্লা লাকখি, মঙোন্দসু হংলক্তে, মানসু হংলুদে, ব্রাবা য়াবা ব্রাবে। মমৈদা এমবেসেদর কার অমা উখুললোমদগী জর জর খৌরকই। সুনিলনা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা খাল্লুই। কার অদু খাল্লগা 'করিনো ইবুংঙো' হায়দুনা মশা নানবা মীয়াই অমনা হংলকই। সুনিলনা 'মহাকপু লিতান ফাওবদা য়াওহনবিয়ু' হায়জরকই। নুপা অদুনা 'মহাকপু মাইক খোংব্রা' হংলকই। সুনিলনা 'নত্তে, বিট সিংগরনি উখুলদা ঈশৈ শকপা য়াওজরব্বনি' হায়রকপদগী মনিংগী কার খোঙ অদু হাংদোরত্তুনা শানানবী নুপী অমগা নুপা অমগা ফল্লিবদুদা সুনিলসু ফমদুনা গাড়িদু খৌরকপ্রে। মীয়াই চনবা শনানবা অদুনা মখোয়সু পাখং ওইরিঙৈদো ইংলিসকী ঈশৈ শক্রকই হায়দুনা ঈশৈ ঙংদুনা ফাগী তৌরকই। উচিন নাচিন্না লিতান য়ৌরে। সুনিলদু ফুরিংখাওদা সুপ্নগী লুপা অমখক্তং য়াওবদু

লৌথোক্তুনা পোংফম ফম্বী অমদগী অচাপোং চারগা ইম্ফাল য়ৌবগী গাড়ি লৈখিগদ্রা হংজরুই। অদুবু নুপী অহল অদুনা 'ডসিদি খৃষ্টমাস নুমিৎনিনা বস চেন্দে' হায়রক্কে। সুনিলদু পাখংখিদুনা ভসাইগী কার অদুগী মনাক তম্লকই। শনানবা মীয়াই চনবা নুপা অদুনা 'ফরক তারনি ইবুংঙো' হায়না ইহোরক্লবদা সুনিলনা থম্মোই শোক্লা খুৎ লোন্ননা হায়জরক্লবা অদুদা 'ঐখোয়দি অতে চংকদবা কয়া লৈ' হায়রম্লগা সুনিলবু গাড়িদুদা কাখৎহল্লগা ড্রাইভরনা কার অদু জর জর থৌরক্কে। তম্পাক তারক্কে, অদুবু গাড়ি অদুদি কোইলাস রোড অদুদা থৌবগী মহৎতা চীংনুং অমরোমদা ফনা শাংনা থৌজিল্লক্কে। মমৈদা প্লেন মান্নবা জগা অমদা চীংমীশিং মীয়াম চেহোরক্তুনা লৈ পরেং কয়া ভসাইগী শনানবা মীয়াই চনবা অদুদা হুক্লখি। মতুংদা পূম্নমক অচৌবা হোল অদুদা চংনখ্রে। সুনিলদু মথন্তা ইমোং মোংনা কার ময়া অদুদা ফমদুনা লৈহৌখি। মপুক্লিংদা খল্লি নুপা অসি অচম্বা নুপা নত্তে ওফিসার অচৌবা অমনি।

পুং অনীমুক হাবনা খাঙমদনা ভাইরবদা সুনিলনা মীয়াই চনবা নুপা অদুগা নুপী অদুগা নহা অমদুগা ড্রাইভরগবু চীংমী মীয়াম অদুনা কোইশন্দুনা চীংগী ইঙ্খাং নাপী বোরা কয়াগা লোয়ননা থোরকপদু উখি। মমৈদা কার অদু থৌরক্কে। কোইলাস রোড তারক্তুনা শাংনা অমুক থৌরক্কে। ফনা শাংনা অমুক থৌরক্লগা লম্বী মপাল অমদা অমুক খামখ্রে। সুনিলবুসু লাকনবা হায়রকপদগী য়ুমথোং কয়া লান্না চংলক্লবা মতুংদা চীংমী মীয়াই মরি অমগা মখোয়গা অমুক লোক অমা তম্না শাংনা অমুক লাক্কে। লোক অদুগী ঈশিংগী মতৌ অমদি পাকলপ্না লৈরিবা লম্বাংশিং অদু য়েংনরুরগা অমুক গাড়ি মনাক্তা লাক্কে।

গাড়ি অদু হন্দক্তি লেপ্লা লৈতনা লাকপনা ইম্ফাল য়ৌরক্তুনা ময়ুমদা লাক্কে, অহিং অদুদা মহাক্লা তৌরিবসি হেনমল্লে অদুগী মথক্তা অশিবগী মোংফম থিবগুম্লে হায়না খল্লক্কে। মমানা মিৎলু পিরাং চোন্না কপখিবা কয়া অদু মমাগী পিরাং মহাক্লা থকপননি। মহাক্লা য়ু অসি পুক্সিগী ওইনা থক্তনবা খল্লক্কে। ষ্টিগমা অমা য়ু থকপদগীসু ওইরে অদুগা মদুনা মীয়াম্না মঙোন্দা দিসক্রিমিনেসন তৌবগী মতৌ লৈরে। মদুনা সাইকো লাক্লবগী মরম অমসু ওইহুরে লাষ্টা সুইসাইদ লাকপসু য়ারি। মতৌ অসিদা য়ু অদুম থক্তুনা লৈরবদি হিংলুবগী অর্থ লৈত্রে, অমুক হন্না য়ু থকপা য়াদ্রে হায়বা অরোইবা ফিরেপ লৌজখ্রে। অদুদগীদি মহাক য়ু থকখিদ্রে।

*)*(*

# নুংশিবা অমসুং সতিত্র

**রেষ্টোরেন্টকী** কেবিন মনুংদা ফম্মিন্ননা হাউরবা চৌ চৌ অমদি মখল কয়াগী মতমগী অখন্নরবা মহাও লৈরব্রা অচাপোৎ কয়া চামিন্ননা মতমগী পাখং লৈশাবী অনিদু চীক্লা ব্বারী নুংঙাইরি। সপনা, মতমগী শকহেনবীশিংগী মনুংদা লৈকাই অদুত্তো নত্তনা অউবা মীপুম খুদিংনা শিংথারিবী ব্রাষ্মে থাংজম লৈরক্কী ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা পোকপী, মণিপুব য়ুনিভর্সিতিদা মাষ্টর তান্নিবী ছাত্রি অমনি। অদুগা বিনোদনা শিংজমৈ ব্রাইখোম লৈকাইদগী লায়রবা ইমুংদা পোকপা এম এ ওইজরবসু প্রাইভেট হায়স্কুল অমগী ওজানি। অনিদু নুংশি ব্বাবী মরক্তা চা থক্তুনা মোমোন্ননা নুংশি নুংশি চিলোক্লরি।

- শকহেনবী, নঙগী নচেসু কার জিপ ফুরা দলান্দা নুংঙাইনা হিংলিবনি। নঙনা ঐগুম্বা গাড়ি মচা অমা ফাওবা লৈজবা ঙমজদ্রিবা, ঐগী ইয়ুমদা লৈবা তাববদা নঙগী মপা ইবুংঙোনা যাবিগনি, নুংশিবীগনি হায়বসিদি ঐঙোন্দদি মঙগুম্বনি।
- নশুংলাংগী পুন্সি কংথোক্লগে খল্লুবনা, অব্রা অনা মৈশা নুংশা খরদি ঐসু নঙসু খাঙবা তারবনি, পুন্সি হায়বসিদি অব্রা নুংঙাইনি, খাঙবা তাই, খাঙবা কল্লগা ফমেন ফম্বনি।
- চুম্মী, পুন্সি অসি অব্রা-অনা, নুংঙাই য়াইফবা মতম মতমগী মতুং ইন্না থেংনগনি। অদুবু ফিভমদগী পুন্সিগী ওইনা নিংবা কায়রবা প্রেমী কয়াদি থেংনদবা নত্তে। অওনবা নায়বা মীওইবগী থম্মোয়না মতম অমগী খন্না থোইবীগী ব্রারীদু পুব্রারীগীনি হায়দুনা থমখ্রগা কার, জিপ, ফুরা দলান, সনা লুপা অমদি মোর্ডন সাইন্স এণ্ড টেক্নোলোজিগী অরং অরাক্তা লূপখিদুনা লায়রা অনং কয়াবুদি ককঙাওনহনখিবা তত্তনা ঙসিগী মণিপুর সমাজদসু থোক্লিবনি।
- অস! নুপা মানখিদ্রেদকো, করিমতা নুংশা থিরুনো, ঐ মৈতে নুপীনি, অখাঙ

কনবী, পুকচেল লেপ্পী, ইজ্জৎ ঙাকপী মৈতৈ চনুনি, সে চৎনবা তৌরসি, থেঙলেসে।

অসুম্না সপনা অমসুং বিনোদতু রেষ্টোরেন্টকী কেবিন্দা মতম শাংনা নুংশি নুংওন, পাখং লৈশাবীগী ৱারীদা তাওথরুরবা মতুংদা ময়ুম ময়ুমগীদমক্তা খোঙদোইখি। সপনাদু মাগী কাইনেটিক হোন্দাদা চৎখি। বিনোদনা খোঙনা বজার মনুংদা ফাওজিল্লগা টেক্সি জিপ্তা চৎখি।

মণিপুরদা অনৌবা গাড়ি, অনৌবা ফিজেৎ অমদি অনৌবা মখলগী টেক্নোলোজিগীবু ওইরো নত্রগা ফজবা থোরকপদা হেক্তা লৈনরিবা, মরাং কায়রবা মারুটি, ভেন, জিপসি অমদি মখল কয়াগী গাড়িশিং অমদি গাড়ি মচাশিংগী মখল, মোবাইল ফোন, মখল কয়াগী লুরবা পোখোক, টি ভি, ৱাসিং মেছিন, রেফ্রিজিরেটর অসিনচিংবা গ্লোবেলাইজেসনগী শকওং লাক্লবা মতম অসিদা নোংমা নোংমগী চান থক্লবগী মরমদতা পুবা থাংবা ঙমদনা ৱারবা কয়া লৈরিবনি। ঙসি বিনোদনা সপনাগা পুংজা খরা রেষ্টোরেন্টতা লেনখিবদু হাপ্তা অমগী চাননবা চেঙগী মমল চঙখ্রবনি। ময়ুমদা হনখিবদা অৱাবা খাঙগদবদু মিকুপ অদুদা কাউরুরবসু হৌজিক ময়ুমদা থুংলুরবদা, মমানা বজারদা পোৎফম ফম্না চৎখ্রবদা মাগী মচল রোসনিনা মবুংবু ঙাইরম্বগী মওং অদুদি মপুক্লিংদা অৱাবগী চৈথেংনি। অদুবু পাখং ওইবগী নুংশি নুংওন্দা তিংলুরিবা পাম্মুদ্রবা পৈশা অদুগী মগুন্দি ৱাংই হায়বসে চাকশঙদা চঙগদবা মচলগী মনীং থুংদ্রবা মতৌ অদুদি মহাক খঙদবা নত্তে।

ঙসিদি সপনাদু মচে অমদি মতৈগী য়ুমদা থুংলরবদা মাবু মহৌশাগুম হরাও তয়াম্না ওক্তুনা য়েন থোংদনা নোংমাইজিংগী অয়ুক অদু চাদুনা থক্তুনা লেল্লকখি। চেচেগী পিক্লিবা চহী মরিমুক্তা ঙায়রিবা অঙাং অমসুং চহী তরেৎলোম শুরবী শুনিগা সপনাগা ৱারী শানরি, সপনানা নখোয়সু হয়েং নোংমদি চাওরক্তুনা মী হায়বদু ওইরকখিগদবনিকো হায়দুনা লক্লজে। নুংথিল মতম ওইরকপদা নাল্লবা মথক থংবা সোফাগী কা অদুদা রিফ্রিজেরেটরদগী অইংবা অহাওবা হৈ মহী ফজরবদু ফজরবা গ্লাস্তা থন্না থন্না হৈদুনা থক্লদনা ৫৮ সি এম ডিজিটেল আই ফ্লেট টি ভি দা থৌরম য়েংমিন্নরি। মচে ইবেম্মনা প্রাইভেট স্কুল অমগী চুম্নগী লায়ররবা ওজা বিনোদকা নুংশিনরিবদু থাদোক্তুনা মারুটি জেনগী থোঙদগী মচলনা মাগী ঙৌরবা ফজরবা খোঙ অদুদা মতমগী

শউনগী খোঙউপ উপ্তুনা কুমথরকপদু উনিংই হায়দুনা ফল্লগ্না হায়রকপদু সপনাগী থম্মোয়দা মতৈগী মমাঙ অদুদা পেঙ্গদবা মতৌনি। অদুবু মতৈনা লায়রবা লৈতে, ইনাক খুনবা লৈতে, ঈশ্বরদা মাতবু ঐগী ওইজগে হায়দুনা ফনা নিজদুনসু থুংনবা হায়বসে মাগী মাগী মরাইবক্কী ওইবনি, অসুম্না জ্ঞান তানা মচেদা য়েংদুনা মীগী পুক্নিংবু হুহুহ দনবা হায়বিখি। মখা তানা মতৈনা মাসু এম এ তম্লিবনি জ্ঞানগী মঙালনা মকোক্তা লংলিবনি, হুম্বা লৈতে, অহেনবা লৈতে, ফিভম ফিভমগী ব্রানি, হুম্বরম্বদগী হায়গৎলক্লোই হায়বা তম্বা ওম্বা মীওইবগী লৈতে। বিনোদ লাইরজরবসু এম এ অমনি, ওজানি। পৃথিবীদা ফাওরিবা মীওই কয়া হুম্বা তোহুনা লৈরম্বদগী মাগী মাগী মরাইবক অমদি হোৎনবা কনবদগী অফাওবা ওইখিবা কয়ামনি। অসুম্না মচেদা ঙাঙথবীরকখি। মতৌ অদুদদি নুংঙাইবা অমা ফাওনা সপনানা মমৈদা ফাগী তাহন্দুনা নোকমিন্নখি। মতুংদা মবুক্নিং তয়াং তশোইননা মারুটি অদুদা সপনা ময়ুম য়ৌখি।

চৈরোক কনবা মপাদা পাউ ফংখিনি কিজবী সপনানা ঙসিসু বিনোদপু কাঞ্চিপুরগী রেষ্টোরেন্ট অমদা উন্নরি। নুপীজা ওইবী ইনখৎলক্লিবী কয়ানা মহৌশানা নুংশিবা, নুংশি নুংওনগী নুংঙাইবদা থম্মোয় শুন্ধৎপা য়াওদবা নত্তে। লৌশিং লৈবী সপনানা বিনোদপু শৌগৎতুনা পৃথিবীদা ফাওরিবা মীওই কয়া লায়রা নংলবসু মশাগী উইলনা অফাওবা ওইখিবা কয়া মতৈনা হায়খিবদু নিংশিংনা অচেৎপা উইলদা লৈয়ু, করিগী নশাবু হুম্বা খল্লিবনো হায়না পুক্নিং থৌগৎপীদুনা বিনোদকী মিনোক মকা লামহনখি। সপানাগী মাবু থৌগৎ ব্রাহে কয়ানা পেনখ্রবা বিনোদনা সপনাগী এম এ ফাইনেলগী পরিক্ষা অদু লোইদ্রি ফাওবদি তঙাইফদবা নত্তনা মাগা উন্ননিংখিদে মরমদি সপানাবু পরিক্ষা ফজনা থাহননিংখি। মরম অদুদগী সপনাগী মঙদ্রংদা অহিং কয়া বিনোদনা অমরাবতিগী লৈগী শৈজাদা হিপমিন্ননা লৈগী নোংগী মরক্তা কে-কু লোৎপি শান্নজে।

ঙসিদি সপনাগী এম এ পরিক্ষাগী অরোইবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা মচে ইবেম্মা, মতৈ ইবুংঙো অমদি পিক্লিবা অঙাং অনি মারুটি জেন্দা লাক্তুনা মপাগী য়ুম অদুদা থুংলরে। সপনাদু মচে লাকপগী হাওরবা চাক চেঞ্চাং অদু চারবা মতুংদা পরিক্ষাগীদমক্তা চংখ্রে। চংলমদাইদা মপা ইবুংঙোনা সপনাদা পরিক্ষা লোয়বগা য়ুমদা হল্লক্তুনা মচেগা লোয়ননা অরুবা ইমুং মনুংগী ব্রারী থরা শান্নবা হায়রকপদগী সপনাদু 'ওন্না হল্লকে' হায়রল্লগা চংখিবনি। মপা ইবুংঙো অদুনা মচানুপী অহলগা, মমাক

ইবুংঙো অদুগা ব্বারী শাদুনা নুংঙাইনা লেল্লব্বা মতুংদা মন্ত্রিগী টেলিফোন অমনা কৌবদগী চংখ্রে। পুংজা খরগী মতুংদা সপনাদু মাগী কাইনেটিক হোন্দা অদুদা থুংলরে, মপানা চংথোকখিবনা ব্বারী হৌবা য়াদবদগী মতৌদু মথক্কী কাদা টি.ভি. য়েংদুনা লৈরি। সপনাদু মখাগী কাদা মচেগী মচা ইবুংঙো অপিশক অদুগা নুপীমচা শুনিগা ফাগী তৌনদুনা লাংলি। মতম অদুদা মপা ইবুংঙোসু হল্লক্তুনা গাড়ি থৌজিল্লকখ্রে। তাঞ্জা অদুদা মথক্তা থবক লোইশিল্লম্বী মচেদু খঙহৌদনা খুজিল খুনাহোক্তগী সিরিগী থাক্তগী ওন্থরক্তুনা লাও খোংলকপদগী পূমনমক্লা থুনা য়াংনা চেনশিন্নরে। মপানা খুদক্তা টেলিফোন তৌদুনা লৈকাইদা লৈবা ডাক্তর কৌবদগী খুদক্তা লাক্তুনা য়েংলবদা সপনাগী মচে ইবেম্মা সিরিগী থাক্তগী ওন্থরকপদা ব্রেন্দা য়ৈশিনবদগী ব্রেন্দা ঈ চংবদগী জ্ঞান মাঙবতা নত্তনা শ্বর হোনখিদ্রে। অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে। মতৌ ইবুংঙোসু হায়ঙমদনা ব্বাবদুনা কপ্তুনা লেনখ্রে। মপা ইবুংঙোসু অঙকপা ফংলবা মতৌ অদুদা খাঙমদনা পিরাং থিংঙমখিদ্রে। থম্মোয় কায়রবী, তেংথা নাওইনা কপ্লিবী সপনানা মচেগী মচা অনীদুবু কোন্দুনা তেংথারি।

মচে ইবেম্মগী অশিবা হকচাং ময়ুমদা পুরদুনা মীয়াম হুপ্লা সংস্কার তৌখ্রে। সপনা অমসুং মপাসু সংস্কার অদুদা য়াওখি। হৌজিক্তি মচেগী চীক্লবা য়ুম অদুদা পিক্লিবা মচেগী মচা নুপামচা অদুগা মচানুপী অদুগনা মমা অপোকপী অদু শিখ্রে খঙদবনা তান্না তান্নদুনা লক্লদুনা নোকখেনা শান্নরি। মতৌ ইবুংঙো মথক্কী কাদা ফমুংদা কপ্তুনা লেল্লি, সপনাগী মপা ইবুংঙোনা পিক্লীবা মরাল লৈজদ্রবা, করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং অনি অদুবু য়েংলদুনা মখোয়গী পুন্সিনা করম্না লেনগদবা অমসুং করি ওইরক্কদবা হায়বা মোন্দ্রংদা অশাবা মুর্তিগুম ফমদুনা মিৎকুপ্তনা অঙাং অনীদু য়েংদুনা লৈরি। সপনাদু অঙাং অনীদুবু থেমদুনা মিৎলু পিরাং লোৎনা চাক পিজনবা হোৎনজে। মপা ইবুংঙো অদুনা সপনানা মিৎলু ইরাশিং খাঙলগা মচেগী অঙাং অনীদুবু থেম নৌদুনা ব্বারীনচিংবা লীদুনা চাক পীজবা অদু উরব্বগা জ্ঞান অমা তৌবগুমখি।

মখোয়গী য়ুমগী সোফাদা ফল্লগা মপা ইবুংঙো অদুনা সপনাবু কৌরকই। সপনানা তপ্লা তপ্লা লাক্তুনা মপাগী মনাক্তা ফমথরকই। মপানা, নহাক নচেগী মচাশিং অসিগী পুন্সিগীদমক নতৌদা লুহোংবা তাবনি। মসে ঐনা হায়নিংদুনা হায়বা নত্তে, অঙাং পিক্লিবা অনীদুগী খোল্লাংনি। নুপী অতৌ মীতোপ্লা য়োকপদা অঙাংশিং অসি মী

হায়বদু ওইররোই। তুরোন্নববুদি চারোন্নবনা হেন্না লুই হায়বা মৈতৈগী পাউরৌ লাইব্রাগুম্বনি, অসুম্না তপ্না মপানা হায়রকখিবা ব্রাহৈনা জ্ঞান মাঙগুব্রী সপনানা 'পাবুং' হায়রক্লগা মিংলু পিরাং থিংঙমদনা চেনখিদুনা মাগী ফমুংদা কগুনা লেনখি।

ঙসিদি সপনাদু মতৈ ইবুংঙোদা লুহোংদুনা লৈখিদ্রবী মাগী নুংশিজরবী মচে অদুগী পিক্লিবা মচা অনিদুগী মমা শক্লা কোন্দুনা ফুরা দলান অদুদা মীনাই মীশনগা লেল্লক্লি। মতম অদু বিনোদতু মমা ইবেম্মদু কেন্সরনা নাবদগী তঙাইফদনা মুম্বাইগী টাটা মেমোরিয়েল হোস্পিটালদা মচন নুপীগা চৎখিদুনা ময়ুম শো লোন্দুনা লৈখিবা মতমনি। সপনাগী পরিক্ষা মনুংদা ওইবনা সপনা ফাওবা খঙহনবা নংহৌদনা মখোয় মুম্বাইদা চৎখিবনি। সপনানা বিনোদপু থিরকপদগী পূম্নমক্তু খঙখিবনি।

ঙসিদি বিনোদনা মমা ইবেম্মা অপোকপী লায়রবী অদুবু পৈশা কয়া চঙনা থা অমরোম হেন্না লায়কন্নরবা মতুংদা মুম্বাইগী হোস্পিটাল অদুদা লৈখিদবনি। অদুদগী পৈশা য়াম্না চঙনা এরোপ্লেন্দা মণিপুরগী ময়ুম ব্রাইখোম লৈকাইদা পুরক্তুনা সংস্কার তৌখ্রে। নুংশিরবী মমা কায়নবগী অব্রাবা মৈচাক অদুগী মথক্তা মাগী পুক্সিগীনি খঞ্জরব্বী সপনানা মতৈদা লুহোংখ্রে তাবদা বিনোদ অঙাওবগুম চৈনা খাঙনা লেপ্লি। পাউ অদু তাবদা লাঞ্জদ্রবী সপনানা বিনোদপু থিরক্কে। সপনাগী মমান্নবী অমগী য়ুমদা অনী অদু ব্রারী কয়া শাদুনা কপমিন্নখ্রে, মতুংদসু উপাই লৈত্রবা ব্রানা লেল্লবা বিনোদকী মতৌ অমদি ব্রাখলবু উবিবা সপনানা বিনোদপু নুংশিবদগী মরক মরক্তা মমান্নবা মমান্নবীশিংগী ময়ুমদা উন্নরি। মতৌ অদু সপনাগী মপুরোইবা অদুনা খঙবতা নত্তনা সপনাগী মপা ইবুংঙো অদুদসু পাউ ফংলে। মরম অদুদগী মপানা নোংমা লাক্তুনা নুপী ওইবীগী অথোইবা গুণদি সতিত্বনি। মপুরোইবতনা নুপী ওইবীগী ঈশ্বরনি, মপুনি। নুংশিবা কয়া কায়নবা য়াই, সতিত্ব অদুদি কায়দনবা হোৎনগদবনি, শাগৈগী জাৎ তাগদবা থবক অদুতদি তৌবিগনু হায়দুনা পিরাং পিরোইননা সপনাদা হায়জদুনা মচাগী মকোক্তা নাহুবিরমখি।

ঙসিসু বিনোদকা লোয়ননা সপনাদু অচিকপা কা অমদা হৌখ্রবা কয়া নিংশিংননা নুংশি ব্রারী শান্নরকই। বিনোদনা মখোয়না সগগী অমরাবতিগী লৈগী শৈজ্যাদা হৌখ্রবা মতমদা লৈমিন্নহৌদবগী নুংঙাইতবা ফোঙদোরকপদগী অনীদুনা অচিকপা অদুদা নুংশি মিলন অমগীদমক্তা সংসার অসিবু কাওনবগুম তৌরকখি। তাঞ্জা অদুমক্তদনি সপনাগী

ভ্রান মমলুরবা নাপদা তাম্না মচেগী অভাং অপিশক অদুনা 'ইমা, ইমা' হায়দুনা কপ্পা তারকখিবা, খঙহৌদনা নুংশিজরবা বিনোদপু তপ্না ইছোকচরগা সপনানা থোঙ হাংদোক্লুনা ইমুংগী কা অদুদগী শুমাংলোমদা চেঙ্ছোরকই। মতম অদুদা মপুরোইবা অদুনা চোং ফন্দুনা কপ্লিবা অভাং পিশক অদুবু ফাজিন্দুনা পমদুনা শুমাং অদুদা লেপ্তুনা লৈরমই। সপনানা চেনশিন্দুনা মিৎলু ঈরা ঈহৌননা মপুরোইবা অদুগী মথাদগী অভাং অদুবু লৌরদুনা পল্লদুনা মপুরোইববু চিংনা য়েংলল্লগা 'চৎলসি' হায়দুনা থোঙ্গালদা থারিবা মারুটি অদুগী মনিংগী সিট অদুদা ফমথখ্রে। মপুরোইবা অদুনা গাড়িদু তপ্না তপ্না থৌখ্রে।

*)*(*

# কুমনুং দগী অশিবা হৌগৎলকপা

**বামোন** লালমনিগী মাঙ্গোন্দা ঐঙ্গা কহাইনা মখৌ পোংনা হৌজিক্কী মতমদা বামোন অমা ওইনা মাগী হৈশিংবগী ভাঙলিবদু অহল ওইরবা ঐঙ্গা লালমনিদা নত্তনা অমত্তা পোকচবা মচানুপা ধনা অমদি মাগী মরুপ বোবোনা মনুংগী কাদগী তাখি। অহল বামোন হনুবা অদুদা ঐঙ্গা কহাইনা মতম অদুগী ভুট প্রেট লাই ফত্তবা, লাই অফবা কয়া ঙম্না থেংনবদা মাগী যন্ত্র-মন্ত্রগী শক্তিদা মায় লৈবা ভাক্লি, অকিবা লৈতনা থৌনা লৈনা মানা থেংনবদা মানা ঙমদুনতা লৈরকপা মতৌনি। খুরুমজবা য়াবা লাই কয়া মানা খুরুমজদুনা মীওই কয়াগী, অশোন অনা কয়াগী দশা লাংফমবু কোক্লদুনা মাবুতা তান্নরিবসিনি হায়না মখুৎও মশাও ভাঙলিবদুদা বামোন অহল অদুনা "অং-অং" হায়দুনা ঐঙ্গা কহাইবু মতমসিগী হৈশিংলবা বামোন অমনি খলহনখি। ধনাসু মদুমক খনখিদবা নত্তে, অদুম্মক মীয়াম্না শোনো খরা খরা চুই হায়দুনা লৌনরিবা ধনাগী মরুপ বোবোনদি থম্মোয় শোক্লা য়ানিংখিদে। মাগী ব্রাখলদা লাই তিন ভুট প্রেটপু যন্ত্রা মন্ত্রনা থেমদুনা নৌদুনা হায়জ-চৎচদুনা ঙম্লগী ব্রাখলদু য়ানিংদে। মদু মাগী মরুপ্তা ফোংদোক্লুগদবদুসু মরুপ্তুসু বামোন্নীনা শাওরকপা য়াই খন্দুনা ইপেন পেন্দনা ময়ুম মায়কৈ পাংখি।

বামোন লালমনিদু চহি মরিফু শুরে, অদুম্মক লমচৎ-শাজৎ, চাকচা য়ুথক চুম্না ওইবনা লায়না তিন্না চেন্দে। মাগী নুপী লৈখিদ্রে, মচানুপা ধনা খক্তা পোক্লস্লনি। নুপী থেঙনা থিবগা মচা ধনাদু চহি ১৬ লোমতং মঙায়রি। মচাতগী খন্দুনা মমা পোক্তবীনা চাওপোক য়োকপগী তাথিবা খঙবদগী নুপী হন্না অমুক থিরকখিদ্রবা ঐঙ্গা লালমনিগী সেবা মচা ধনানা ফংলি। মপানসু মতেং পাংদবা নত্তে। লৌ খরদুগী ফৌ, ঐঙ্গা লালমনিনা লাই খুরুম্না চৎপা অমদি মাঙব মপু ওইবা, কর্ম্ম কয়াগী মরক মরক্তা শোনবা খোৎপদা ফংলকপা পৈশানা ইম্নুংগী তেংবাং ওইরি। মচানুপানা চাক থোংবা

চৎপগী মথৌদা নোংমতা কাংদবগুম্মী, মরমদি লৈকায়দুদা বামোন ইমুং মখোয়তা ওইবনিনা। মচাগী মমৌ থিনিংলবনি অদুবু চহিদুমতংদি ঙাইখিগে নৌমল্লি হায়দনা মচাগীতা খন্দুনা খাঙলিবা লালমনিনি। মচা ইবুংঙো অদুনসু মপাগী য়াথং হিক্তোকচদে। মপা মচা অনীদুগী চল্লবা শাজৎ অদুদা খুঙ্গংদুদা লৈবা অমদি খুল্লোন্নবদা লৈবা খুঙ্গং কয়াদা মখোয়বু নুংশিনা শোন্নরি। খুঙ্গং কয়াদগী বামোন অহন কয়ানা ঐঙ্গা লালমনিদা মখোয়গী মচানুপীশিং কয়া মচানুপাগী মবেম্মা ওইহনবীদুনা মমৌ ওইহনবিয়ু হায়দুনা হায়জরকপা কয়ানি। অদুবু ঐঙ্গোনা মতম ল্লাৎলি হায়দুনা খাল্লিবা কয়ানি।

ঙসিদি ধনাদু মমান্নবা অমগী ময়ুমদা লাকপনি। ইমুং অদুগী মমান্নবা অদুগা মাঙ্গোন্দা ল্লারী শারিঙৈদা বোবোনা মহাকপু থিরকপদু লম্বী মপানগী য়ুমদা ওইবনা ধনানা উখি। খঙহৌদনা ধনানা মরুপ বোবোবু কৌরকই। বোবোনসু মাবু থিরক্লিবনি, য়ুমদসু চংলুরবনি হায়দুনা মাঙ্গোন অদুদা চঙলকই। মমান্নবা অদুগী মপাদু নাবদগী খুল্লোন্নবদা লৈবা মাইবা শুবোল কৌদুনা য়েংলল্লিবা মতৌদু ইমুংদা মন্ত্র যন্ত্র তৌবগী খোঞ্জেলদু তাবদা বোবোনা খঙখি। তাঞ্জা চানা মমান্নবগী মমা ইবেম্মা অদুনা চা পুথোরকই। মাইবা শুবোলসু মাঙ্গোন অদুদা থোরক্লে। মখোয় মরি চা থকমিন্নরে। মাইবা শুবোলনা মমান্নবা অদুদা "ইবুংঙো নপাসে লাই ওক্লরব্বনি, অদুবু করিমত্তা নুংশা থিরুরনু ঐগা থেংনহৌবগী লাইবক ফরবনি, কনাগী ভুট প্রেট, খোংবান লাই তিংখাক লাই ফত্রবা, লাইমু লাইঙৌ নচিংবা ওক্লরিবা পুম্নমক ঐনা থৌনিজরগা লোয়না ফখিবা ঙাক্তনি। লাই তিনগা ল্লারী তৌনবা, পাউ ফাওনবা ঙল্লিবা ঐনা থেংনরবনিনা নপাসে থুনা ফরগদবনি" হায়না হায়রকখি। মাইবা শুবোলগী অসুন্না ল্লাহে ল্লাতাসে বোবোনা কয়ারক তাখ্রে, ঙসিসু অদুমক নাপল তৌনা ঙাঙলি। মরুপ অনিদুনদি কৃপানি হায়দুনা নোঞ্জদুনা খুরুমদেতা থাকই। মমা ইবেম্মদুসু থোরক্তুনা লৈতা লৈতা লুপা চামঙা চৎপী অমা মাইবদুদা কৎলি। মাইবদুনা তরাম্না লৌরদুনা "হয়েংদো মপোৎ-মচৈশিংদু লোয়না লাঙশিল্লরল্লো ঐ নুংথিল নুমিদাংল্লাইরম শোয়দনা লাক্লগদবনি, লাই তিন ফজনা খুরুম্লগা শোয়দনা ফজনি" হায়রম্লগা খুৎলৈ থুনা অথুবা য়াম্না লৈবগুম থোকখি। ল্লা ঙাঙগন্দবা বোবোনা মচিন্দা হায়রপ শোন্দোকখি, বামোন ঐঙ্গা কহাইগী শক্তিগা, মাইবা শুবোলগী শক্তিগা, শক্তি অনিসিদি।" মমান্নবদুনা হায়রকই, "ভাই, ঐঙ্গা কহাইগী শক্তিদি বামোনগী দেব কর্ম্ম পূজা নুংজাগী ল্লানিদা, ম্নাগী মচিন কনবা কিগ-

দবা অদুনা লাই তিন ভুট প্রেট চঙবা ঙমদে হায়বনি অদুগা মাইবা শুবোলনা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইতিন খুরুমদুনা শরোই ঙারোই ওক্লবা, লমলৈমা ওক্লবনচিংবা কনবা ঙম্বতা নত্তনা ভুট প্রেট ফাওবা নম্নরিবা নুপানি। মখল অমমম্নি। অদুম্নমক অনিমক লাইরোল শান্নবা লাইরোল খঙবা মী ঙাক্লি। ধনানসু লাইতিন ভুট প্রেটকী শাথিবা কয়া ঙাকথোকপা ঙন্লিবা মখোয়গুম্বা জাৎ অসিদি অবতারনি, নখোয় ঐখোয়না ঙমগদবা শক্তি নত্তে হায়দুনা শৌগত্তুনা মখোয়বু থাগৎখি। য়ানিংদ্রবসু ব্রা ঙাঙগন্দবা বোবোনা মপুক্লিংদা শীংনবা অমা থমদুনা ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না য়ানিংবা শাদুনা লৈজখি।

ঙসিদি মহৌশাগুম নুমিদাংব্রাই বোবোনা মাগী মরুপ ধনাদু চাখুম লৈতবা মরম্না ময়ুমদা শোয়দনা লৈরমগনি হায়দুনা লাক্লি। ধনাদু শীং খায়বদা শিংজংনা মখোঙদা য়ানশিল্লি হায়দুনা বেন্দেজ য়েত্তুনা মাঙ্গোলদা মোরা অমদা ফমদুনা লৈরম্মী। বোবোনা চঙশিল্লকপদা ধননা তরাম্না কৌরদনা ব্রারী পুম্নমক অদু লী। বোবোনা অদুদি টিতানস অমত্তং কাপথোক্লবদি ফবনি হায়দুনা হায়জৈ। অদুবু ধনানা ঐখোয় পাবুংনা করি করিনো তেরা পাইবীও করিও থোমখ্রে। করিসু তৌররোইদা হায়না হায়বিখি। লালমনিনা থোরত্তুনা বোবো নখোয় মরুপকী খোঙসে হিদাক তৌবদগী ঈ থকখ্রে, নুমিৎ নিনি হুমনিদি চৎপা ঙমগদবদি মান্দ্রে, অদুবু ফবদি কুইরোইদা হায়না তাকপীরকই। বোবোনা মতাং অদুদা তপলপ্না 'পাবুং হেলঠ সেন্তর ফাওবদং পুবিদুনা টিতানস অমতংদি কাপ্লা ফৈকো, হৌজিক কালগী ঐখোয় খুঙ্গংগী যন মথী, ইরোই মথী, অমোৎ অকায় কয়া অসি নেৎলুরবদি পুং ২৪ গী অনাবা অমা লৈবনিনা চেকশিনবদি ফবনি' হায়জরকখি। অদুবু লালমনি অমসুং ধনানা 'করিবু তৌগবনোদা' হায়না নম্লপ ঙাঙলকপা ব্রাঙাংনা বোবোদু উপাই লৈখিদে।

ঙসিদি ধনাদু করিনো অমা তৌখ্রে হায়দুনা ভান ব্রায়দুনা য়ুমলোন্নবা কয়াগা সহরগী হোস্পিটাল য়ৌখ্রে। মপা ইবুংঙো লালমনি মচাগীদমক্তা ব্রাজবনা অরৈবা পৈশ্যা কয়া পীদুনা মনে অমদি মাম্মশিং সহরগী হোস্পিটালদা থাম্বিবনি। মাদি অহলসু ওইরে, য়ুম শঙবা ওইনা লৈহৌরগে হায়দুনা লৈহৌরে। ধনাদু ডাক্তরদা পুখৎখ্রে তাবদা লৈকায় অদুগী মীওই কয়া অনাবগী মরম হংবা লাক্লখি। বোবোসু লাকখি। পুম্নমক্লা চৎনব্রবদা বোবোবু লালমনিনা ফাদুনা থমহৌখি। নুমিদাং ওইশিল্লক্লে, বোবোগী থম্মোয়দা চিংনদবা ঙমদ্রে, তপলপ্না বামোন অহল অদুদা টিতানস কাপ্লন্নবদি ফগদবা

হায়না শোল্লকই। অহল অদুসু চিংনদবদি ওমদ্রে। করিনা বোবোনা তপ্পপ্পা টিতানস হায়বা লায়না অসিদি চণ্ডবু চণ্ডপ্রবদি পুং ২৪ দা লিশিং লিশিং মচা পোকথোরক্তুনা মীদু শিগল্লি। মরম অদনা থাংনা তেন্না অশোক অপন নংলবদি এন্টি টিতানসকী হিদাক কাপথোকহৌগদবনি হায়রকপা অদুদগীনি। নিংঙমদবা অমনা মথা শারবা নিংজিং মাঙজিংনরবা অহল লালমনিদু তপ্পা ফমুংদা হিপথরকই। চাকশু থোংদ্রে। নুমিদাং পুং ৮ লোম তারকপদা সহরদা লৈবা মনাওনুপাশিং থোকপা অমা লাক্তুনা ধনা লোয়হৌরে সংস্কারগীদমক্তা শেম শাবিরো হায়দুনা পাউ লাক্লে। অহল লালমনি জ্ঞান মাঙদুনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লখি। লৈকায় শারা শনস্ত্রে, অমা লাক অনী লাক শুমাঙ মাঙ্গোল মীনা থনখ্রে। মীয়াম্না নুংশিবনিনা ধনাবু শোন্নদুনা পিরাং শিজ্নবা কয়ানি। পুং ৯ লোম তারকপদা অশিবা পুরকখ্রে। মরী মতা মরুপ মপাং মাবু নুংশিজবা কয়া কপ্পা লাওনখি। মরুপ বোবোনা 'নাত্রং অমনি হায়দুনা কনানসু থওইবিদ্রবা, ঐবু তিন্নবিদ্রবদা, শোনোনি খঙনা খঙনা ঐবু নুংশিনা তিন্নবিরিবা নঙনা লৈত্রবদা, ঐনা কনাগা তিন্নদুনা সংসার অসিদা লেনগদৌবিবনো' হায়দুনা থিংঙমদ্রবা পিরাংগা লোয়ননা তেংথা নাওইনা মরুপকী অশিবা হকচাং কোন্দুনা কপখিবদুনা মীওই কয়াগী মিৎলু পিরাং থিংঙমখিদ্রে।

হৌজিক্তি কি মি মখায় অমরোম লাপ্পা তোর্বান অদুদা ঐজ্ঞা কহাইদা অহল লালমনিনা কন্না শিন্নদুনা মীয়াম হুপ্পা সংস্কারগীদমক লাক্লে। নুমিৎ অদু থরানগী ১৭/ ১৮ নি ওইবনা থাবলগী মঙালনা পুমঙাল ঙাল্লি, তৌইগুম্বসুং অমুবা নোং পুবা লৈচিলসু লৈবনা অমুক অমুকসু মমশিল্লি। তোর্বান অদু মীয়াম অদুনা মাগী মাগী তৌবা ঙমবা তৌদুনা শীংনচিংবা শেম্লরকপদা মাইবা সুবোলসু পাউ তাকপা লাক্লিবনি হায়দুনা চবেং চবেং ঙাঙলরে। খঙহৌদে, মমশিল্লকপগা লোয়ননা তোর্বান অদুদা নোং তারকপদগী মীয়ামদো নোং খাজননবা চেন্নখি। ঐজ্ঞা কহাইনা নাকল অমদা ব্রা ঙাঙলি, নাকল অমদনা মাইবা সুবোলনা ব্রা ঙাংলি। ঙাইহাক লৈরগা নোং অমুক লেপখ্রে, থাবলসু ঙাহোরক্লে। পুন্নমক মহৈ মহৈ তোর্বান্দা থুংলরে। ঐজ্ঞা কহাইগী চবেং চবেং, মাইবা সুবোলগী বা বা পুন্নাং লাংলিঙে মতম অদুদা পাখং খরনা অশিবা কু মনুংদগী লেঙলক্লে হায়দুনা কিদুনা চেনগে তৌই। ঐজ্ঞা কহাইগা মাইবা সুবোলগনা "মথীবোং ওহোক্লা পাঙনখিদ্রেদা, অসিগুম্না লাক্ক লাক্ক থেংনরবনি, অশিবা ফমগে

ফম্লকসনু, হৌগৎকে হৌগৎলকসনু কিগদবা নস্তে, কু মনুংদা নমশিনগদবনি'' হায়দুনা খোনবাংনদুনা লাওরকপনি। অদুবু কু মনুংদগী অশিবা অদুনা থাবলগী লংলবা মঙাল অদুদা ফমগৎলক্লবা অদুদদি মীয়ামদো খামগমদনা কিনদুনা চেন্নখ্রে। ঐঙ্গা কহ্নাইসু মন্ত্র-যন্ত্র কয়া শোল্লি, কপ্লাক নিকখি, থৌদৌ অসিদি পুন্সিদা অমুক্তা থেংনদ্রিনা হায়দুনা হৌদুনা চেনখি। মথন্তা ভাইরবা সুবোলনা 'ঙাইখো ঙাইখো' হায়দুনা লাওরম্লদগী মখুৎও মশাও মন্ত্র কয়া শোনখি। অদুবু কু মনুংদগী অশিবা অদুনা হৌগৎলক্লবা অদুদদি ইমা হায়দনা মফম খঙদনা চেনখি। অশিবা অদুনা লাওবকখি- ''ঐঙ্গা ঐ বোবোনে, ঐনা করিনো অমা য়েংবনে, কিগনো লাকও লাকও'' হায়দুনা কোল্লিবা অশিবা অদু কুদা হাপচিল্লগা থিক থিক নোক্লকই। ময়ামদো ফনা শাওনবনি অদুবু কর্ম্ম অদু কায়হ্নবা পাম্লদবদগী চঙনরক্লে। ঐঙ্গা কহ্নাইদু ব্রা ঙাঙখিদ্রে, মাইবা সুবোলসু মরায়বক পায়দুনা লৈঙোইগী তোর্বান অদুদা ফমদুনা লৈরি। ময়াম শাওনবা কয়া, নোক্লবা কয়া, ঐঙ্গা কহ্নাইগী মতৌ অমদি মাইবা সুবোলগী কন থৌবগী থৌনা পূম্নমক হ্নখিবা মতৌ অদুদা নোকপা খাংনবদা খাঙবা ঙম্লদদুনা ব্রা ব্রা নোক্লখি। ঐঙ্গা কহ্নাইগী মিমীৎলু পিরাং ঈহৌখি। মাইবা সুবোলগী কোকথক্তা হাপ্লা খুৎ লৌথোকপা ঙমদনা তুমিন্না ফম্লদগী হৌগৎপা ঙমদবগুম্মী। অনীদুগী থম্মোয় থম্মোয়দা হৌখ্রবা মমাঙঙৈগী মতমদা অন্ধবিশ্বাসতা কা হেন্না থাজনবম্না মতৌ অদুদগী হৌজিক্লা খবমখৈদি থৈথরক্লদৌরিদকো খনজখি।

*)*(*

# মমি শামখ্রবা ঈথৎ

অরাবিয়ান সীগী মী তাদ্রবা ঈথৎ অমদা মেরিনানা সমুদ্রগী তোর্ব্বান অদুদা উপাক মথক্তা নুপা অমা থৌরীনা পুল্লদুনা উপ্লা তাউদুনা লৈরিবদু উরুই। মপুং ফারবা নুপী ওইবীগী ফি থোংদ্রবা ঙৌরবা কুচুনা মাগী ওইরিবী মেরিনানা উপাক অদু তোর্ব্বাল্লোমদা চিংশিনখিদুনা থৌরীগী কিশি অদু লৌথোক্তুনা নুপা অদু তোর্ব্বান অদুদা থমখি। মীকুপ খরগী মতুংদা নুংশাগী মৈশানা শাগৎলক্তুনা নুপা অদু তপ্লা তপ্লা মমিৎ পাঙথোক্লককখি। মহাক্লা চঙক্লনা মেরিনাবু য়েংলকখি। মতুংদা মমিৎ অদুনা ককঙাওননা নাকল কয়াদা চঙক্লনা য়েংখি। মহাক্লা মোমোন্নরিবী মেরিনাগী ফজরবা শক্তম অদুদা শুম্ফৎপগা লোয়ননা মহাকনা লৈরিবদু কদায়দনো হায়না হংখি। অদুবু মরোল খঙনদবদগী অনীমক্লা ত্তান তানখিদে। ইন্দিয়াদগী লাকখিবা উতম্না মফম অদু সমুদ্র ময়ায়দা লৈবা ঈথৎ অমনি হায়বসে নুপীদুগী ইঙ্গিৎতগী খঙখি। উতম্না তপ্লা হৌগৎচরগা পাক্লবা সমুদ্র অদুদা মিৎয়েং থল্লকখি। উতমগী মিৎয়েং অদুনা মহাক ময়ুমদা চৎনিংলে হায়বসে মেরিনানা খঙলবসু উপায় লৈররোই হায়বগী ইঙ্গিৎ পীবদগী মেরিনানা খুৎ খৎতুনা লম্বী চিংলিবা লম্বী অদোমদা উপাই লৈতনা তুং ইল্লক্লি। য়োংমু অহল অমনা হরাওবনা চোং ফল্লদুনা অনী অদুগী মমাঙ থংদুনা উমং মরক অদুদা অসুম চৎলম্বদগী মমৈদা নুংতগী ওইবা শুরুং মনুং অদুদা তপ্লা তপ্লা চঙশিল্লকখি। মমৈদা নুংপাক অমদা নাপি শিংনা পুমচায় চাইনা তুম্ফম ওইনা লৈরিবদু উতম্না উখি। মেরিনানা মহাকপু মফম অদুদা ফম্লনবা ইঙ্গিৎ পীবদগী উতমদু তপ্লা ফমথখি। মেরিনা অমদি য়োংমু অদুনা লফোই অমদি উহে-ব্রাহে কয়া হরাওনা পুরক্তুনা উতমবু চাননবা ইঙ্গিৎ পীখি। উতমসু অরাম খৌরাংবনা লফোই অমদি উহে-ব্রাহেশিং অদু শেৎ- শেৎতুনা চাখি। মতুংদা মহাক নুংপাক্কী ফমুং মথক অদুদা হীপথখি।

অসুম্না উতমদু মেরিনা নত্তবা তাইবং মী হায়বদু অমত্তা তাদ্রবা ঈথৎ অদুদা য়োংমু অদুগা মেরিনাগী ইঙ্গিৎনা মফম কয়াদা চৎতুনা, উহৈ-ব্রাহৈ থিরগা চাদুনা নুমিৎ কয়া অসুম লেল্লকই। মতুংদদি সমুদ্র মপান্দা ঙা ফাবসু হৈনরকই। অদুবু উতমদি নুংতি নুমিৎ খুদিংগী পাক্লবা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী ঈপাক অদুদা জহাজ অমা লাকপ্রা হায়না য়েংজবদি লেপখিদে। নোংমা নোংমগী লোনদিন্নরকপা অমদি ফম্মীন-চামিন্নরকপনা উতম অমসুং মেরিনাগী থম্মোয় থম্মোয়দা তাইবং মীওইবগী নুংশি নুংওন অমদি য়ুম্বানমিন্ননিংলকপগী মতৌ ওইরকখি। উতম্না মাগী পুন্সিদা মেরিনাগুম্না ফজবী নুপীজা অমত্তা উরত্ত্রি খল্লকখি। মহাক্কী মপুং ফানা ফি থোংদ্রবা ঙৌরবা ফজরবা শাবান অদুতা নত্তনা থাবলগুম্না ঈংনা ফজরবা শক্তম অদুনা কয়ারক ঙাওহল্লকখি। শুরুং মনুংগী নূংপাকথক্তা থারিবা ইকুম মথক অদুদা অনীদু তত্তনা হীপমিন্নরকপদু য়োংমু অদুনা কয়ারক মখুৎ অদুনা মমিৎ অনীদুবু খঞ্জিনখি। উতমগী ওইরবী মেরিনাগী ফজরবা শক্তম অদু ইন্দিয়াদা পুরগা ফজ ফজরবা ফিরোল কয়া শেৎহল্লগা লেন্নজগে হায়বা ব্রাখল অসিনা মেরিনাগা লোন ওইনা ফাওনদ্রবসু ইঙ্গিৎ ওইনা কয়ারক হায়জখি, অদুবু মেরিনানদি মখোয় অনী ঈথৎ অদুদা মতম পূম্বগী ওইনা লৈমিন্নবদু কা হেন্না পাম্বগী ইঙ্গিৎ পীখি। মহাক্লা তাইবং মী মরক্তা অমুক হননা লৈবদু পামদ্রে হায়বদু ফোঙদোক্লি। অদুবু উতম্না মহাক্লা হায়বদু য়াগদবনি হায়না কয়ারক হায়খি। মদুগী মতাঙদা অনীদু কয়ারক শাউন্দুনা কৌন ঙাঙনদবা য়াওখি। অদুবু হৈশিংলবা য়োংমু অদুনা মখোয় অনীগী উংখৎনবা মতৌ অদু খঙলবদা মখোয় অনীগী থোৎ নৌরবা খুৎশিং অদু পায়দুনা চিংশিল্লগা শম্নহন্দুনা নোকমিন্নহনখি।

মরক মরক্তা নাইতোম ঈথৎ অদুগী উমং ব্রামং অমদি সমুদ্রগী তোর্বান কয়াদা চৎনবা য়াওরকই। থা অনী অহুম শুজিল্লক্রবনিনা উতমগী ব্রাখলদু অকি অখং লৈতনা মফমদুদা লৈবা হৈনবী ওইরক্লি। অদুম্নমক সমুদ্রগী ইয়াই অদুদা জহাজ অমনা লাক্তদ্রা হায়বগী খৌরাংদুনা য়েংজবদি ঙসি ফাওবা লেপত্রি। নোংমদি অশুকপা উমং অমদা শজী মচা অমনা চেনবদু উরব্বদা খৌরাংনা তান্নরুই, খঙহৌদনা কৈজাও অমনা নাকলদগী ঙংলদুনা চেম্ভোরক্লগা মহাক্লা তান্নরক্লিবা শজী মচা অদুবু শরাক তমগদবগী তৌরকখি। মহাক্লা নাকলদগী উশা অমা থদংতুনা কৈজাও অদুদা ফূথরকখি। কৈজাও অদুনা শাউনা মুক্তুনা মমিৎ অদুদা অশাওবনা মৈরী কারদুনা ঙংলদুনা য়েংলকখি।

মিৎয়েং অদুনা মপুক্লিং খরা হল্লবা উতম্মা খুৎলায় মতীক চাদে খন্দুনা উতুপ অমা নাকলদগী থুনা য়াওনা ফুক্তুনা কৈজাউ অদুদা কহুরকখি। কৈজাউ অদুনা চৈনা অদুদা শাউরদুনা উতম তম্মা চোংশিল্লকখি। অনী অদু কন্না নম্লরকখি। অদুম্মক কৈজাউ অদুনা উতমগী হুকচাংগী শরূক কয়াদা ময়ানা কন্না-কন্না চীকপদা নত্তনা খুজিলনা খোংপা হৌরকখি। মতম অদুদা শাউরবা উতম্মসু অকনবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা কৈজাউ অদুগী খায়াৎ শেগায়গদবগী হোৎনরকখি। কৈগী ওংবগী খোঞ্জেল অমদি উতমগী লাউ-খোংবগী খোঞ্জেলদু ঈথৎ অদুগী উমং অদুদা হৈনরকপী মেরিনানা খঙহৌদনা তারকপদগী উথক্তা য়ানবা উরি-ব্ররী কয়াদা চেংনা পায়রগা হাই হাইদুনা লাউ খোংদুনা থুনা য়াওনা মফম অদুদা য়ৌরকখি। মহাক্না মফম অদুদা য়ৌরকপদদি কৈজাউ অদুদি শজী মচা অদুগী মতুং ইনখ্রে। উতমদি অশিবগুম্না তাদুনা লৈরম্রে। মেরিনানা মিৎলু পিরাং শীহুনা কণ্ডুনা তেংথারকপদু য়োংমু অদুনা তারদুনা চেনশিল্লক্লে। য়োংমু অদুনা উতমগী শোক্লবা হুকচাংগী মফম কয়াদু য়েংলম্লগা উমংদা চঙখিদুনা নাপী-শীংনাগী হীদাক কয়া থিরক্তুনা শুগাইরগা উতমগী শোক্লবা হুকচাংশিং অদুদা থোমদুনা লায়কন্নরে। পূংজা খরগী মতুংদা উতমদু ত্তান তারক্তুনা মমিৎ তপ্পা তপ্পা পাঙথোরক্লে। হ্রাওরবী মেরিনানা পিরাংলক্তগী উতমগী মিৎমাঙ অদুদা মোমোন্নজবদু উরুবদা মেরিনানা মাগীদমক্তা কয়া ব্রাজবা উতম্মা খঙখি। মিৎকুপ খরগী মতুংদা মেরিনানা উতমবু শৌদুনা শুরুং য়ৌননবগী লম্বী অদুদা পুরক্লি। উতমবু ওম্মনবা, পুননবা হোৎনবদা ব্রারবা, তুরোই ওাম্লোই তৌরিবী মেরিনাগী হুয়াংনা চোৎলবা শক্তমদু উরুবদা উতমনা মহাকপু হুন্দোক্লম্লগা মহাক চৎখ্রো হায়না ইঙ্গিৎ পীরুই। মতম অদুদা মাগীদমক্তা ব্রাজরবী মেরিনানা হীক হীক কপ্লদুনা মহাকপু থাদোক্তুনা চৎলো হায়বদু হায়বীগনু হায়দুনা ঈ-নাই মরক অদুদা চোকথরবা উতমবু কোন্দুনা মখোল থোক্না কপচখি। মতুংদা য়োংমু অদুনসু ফীভম অদু য়াদবদগী উতমদু অয়ো নাহেবা খাওনা খাওনা মপাঙ্গল থৌনা পূম্নমক ফুদোক্তুনা মেরিনাগী নঙ্গলদা কোনবোই ওাকপোই তৌদুনা শুরুংগী খোওজীল অদুদা য়ৌরক্লে। অদুবু ঈ কা হেন্না থোকপা অমদি লমশাং লাকপদুগী চৈনানা খাওত্তমদবগা উতমদু শুরুংগী খোওজীল অদুদা ত্তান মাওদুনা অদুমক হীপথখ্রে।

ওসিদি উতমদু লেওবা ওৎপা ওমদনা শুরুং মনুংগী নূংপাক অদুদা য়াতাদুনা লৈরি। নাকলদা মেরিনানা ফম্লদুনা হীদাক নুংদাক তৈবীদুনা অয়ুক নুংথিল মপান

থোক্তমখৈ সেবা তৌদুনা লৈরি। অহিংগী অথেঙবদা মিৎলুদগী ঈরা চেন্না উতম্মু য়েংজদুনা তুম্দ চাদনা লেল্লক্লি। করিগুম্বা মতমদা য়োংমু অদুনা উতমগী অশোকপা অদু য়েংশিন্দুনা অনৌবা হীদাক মনা কয়া থিরগা পুরকপদা নত্তনা চাননবা লফোই অমদি উহে ব্রাহে কয়াসু পীররি। মেরিনানা উতম্মু হিপ্লিবদুদগী শৌগত্তুনা ফমহল্লগা চাবা য়াবা কয়া ইনবীবা লাক্লরি। করিগুম্বদা অশোকপা হকচাংগী শরুক কয়াদু ঈশিংনা তপ্না তপ্না চামথোক্তুনা ঈ-নাই শেংদোকচৈ। অসুম্না থা অমরোম ফাজিল্লক্লে, উতমদু খর খর ফরক্লে, লেঙ ওৎপনচিংবা য়ারক্লে। অদুম ওইনমক হৌগৎ কাঙখৎপদি ঙম্বা নত্রি। মেরিনানা তুম্বা চাবা খঙদনা, অহিং নুংথিল নাইদনা মহাক্কী সেবাগীদমক্তা হোৎনরিবা পূম্বা উতম খঙদবা নত্তে। অহিং কয়া অব্রা চৈথেংনরক্কবী মেরিনানা উতমগী হকচাং অমসুং মাইথোঙতবু য়েংজদুনা পিরাং শীন্থনা লেল্লকপদুগী ব্রাবনা খাঙ্ঙমদ্রদুনা নোংমদি মনাক্তা তুমথখিবদু উরুবদা কয়াদা নুংশিরকখিবা। মথম্মোয়না বিচার তৌজে-অসুক নুংশিরবী, ফজরবী, ব্রাজরবী মহাকপু ঐনা হুন্দোক্লম্লগা চৎপা ঙমখিগদ্রা? ফজরবী ভৌরবী, মফি নিংথীনা থোংদ্রবী মেরিনাগী ফজরবা শকতম অদুনা নাকলদা ফিভম কায়না অশিবগুম য়াতারি। মহাকথক্কী মপুক্সি কথোক্লদুনা ব্রাজরিবনি খল্লুরগা মিৎলুদগী পিরাং শীন্থখিবা খঙহৌদে। থীংবা ঙমহৌদবদগী খোঞ্জেল খজিক থোক্লা কপ্পুরমাল্লে, খোঞ্জেল অদুনা মিকপ থোরক্কবী মেরিনানা থুনমক হৌগত্তুনা করিগীদমক কপ্লিবনো মতাগুম উতমগী নোম্থরিবা মায়থোঙ অদুদা পক্লিবা পিরাং তপ্না তৈথোকপীরগা মথানুংদা চেৎনা কোনশিঞ্জে।

ঙসিদি উতমবু কোনবোই লাকপোই শুরুং মনুং অদুদা চৎপা তম্বীবা হৌরক্লে। উতম্নসু ঙাকপোই করিওই মেরিনাগী মতেংনা চৎপা ঙম্নবা হোৎনরি। য়োংমু অহল অদুনসু তত্তনা লাক্তুনা মখোয়বু য়েংশিল্লরি। মখোয়গী চান থক্লবা ব্রাৎহন্দনবা হোৎনরি। কন্না হোৎনবগী মপালনা ঙসিদি উতম সমুদ্র খোঙবান অমদি উমং ব্রামং কয়াদা চৎপা ঙল্লক্লে। মতমদুমক্তি মেরিনা চাবা থকপদা অওনবা অমা লাক্লে অদুবু উতম্ন দি মহৌশাগুম সমুদ্র খোঙবান্দা খুৎশম্মনা চেন্দুনা শান্নবদু পাল্লক্তুনা মেরিনাবু মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলুরি। মতৌ অদুদা য়োংমু অদুনা মেরিনা চেন চোংদুনা শান্নবা য়াদ্রে, মহাক মমা ওইগদৌরবনি হায়দুনা ঈঙ্গিৎনা তাকলকই। উতমদু জ্ঞান তারক্লে মহাক অঙাং অদুগী মপানি হায়বা।

থা মঙারোম ঈথৎ অদুদা লৈরক্লবা মতুংদা নোংমদি জহাজ অচৌবা অমা মখোয়না লৈরিবা ঈথৎ অদুগী নাকল ওইরপ্পা চৎলিবদু শঙ শঙ মিৎমাংদা উরকই। উতম হরাউ তুজুংবগা লোয়ননা লীৎলিবা ফুরিৎ অদু লৌথোক্লগা হাইরদুনা লাউ খোংবা হৌরক্লে। জহাজ অদু তপ্পা তপ্পা মহাক্কী মনাক তম্না চঙশিল্লক্লে। জহাজ অদু মতম চানা মুম্বইদা থুংগদ্দবনি মরম অদুনা অথুবা মতমদা মেরিনাবু কৌরুনবগীদমক চেল্লক্লে। অদুবু মেরিনাদি মফম অদুদা লৈরমদ্রে। ফনা কৌদনসু খুন্নকপা লৈখিদ্রে। কদাইদবু চৎখ্রবা মেরিনাগী অশেংবা ফিগৈ খঙবা ঙমখিদ্রে। অসোমদনা জহাজদগী হুইসল খোংলক্লি। উপাই লৈত্রবা উতম্না খল্লকখি- মহাক মী তাদ্রবা মফম অসিদগী চৎপা হায়বদু তাঞ্জা অসিদা নৎত্রবদি অমুক হন্না ফংলদবসু য়াই। মসিগীসু মথক্তা মেরিনানা মফম অসি থাদোক্তুনা চৎসি হায়বা শুংয়া য়ারক্তবসু য়াই। মহাক্তি মরৈবাক্তা হিংবনা পামজে। ব্রাখল তরা থোক্লা খল্লবা মতুংদা জহাজদা কাখৎলক্লে। জহাজগী ফম্বাক্তা ফম্না ফম্না খল্লকই- মী তাদ্রবা লমদম অদুদা মহাক মতোমতা কমদৌহৌগনি। অঙাংদুনা তায়বঙদা খোঙদারকপা মতমদা কনানা সেবা তৌবীগনি? পূম্নমক অসি খল্লুরগা উতম ঈথৎ অদুদা অমক হন্না চৎনীংলক্লে। অদুবু জহাজ অদুদি ঈথৎ অদুদগী ফনা য়াম্না লাপথোরক্লে। লাপ্পা তাম্না লৈহৌরবা ঈথৎ অদু উতমগী মমীত্তা মশেল মরাং ওইনা উরক্লে।

*)*(*

# অদুম্মক অঙলল্লবদি ফরমগদবা মিং

**চীংয়াগী** থেল মান্নরবা অশংবা নাপীথক অদুদা ফম্মিন্ননা জগৎ অমদি রোসনিনা নুংশিবগী অচেৎপা ফিরেপ অমগা লোয়ননা ৱারী তৌরি। পাখং লৈশাবী অনীদুগী ৱারীদা পুন্সি অনীদু নুংশি ৱাইথুংননবা ৱাশক পরে চেংনখি। জগৎ হৌজিক হৌজিক কাশ্মীরদা আর্মি ওইরিবনি। মহাক্কী ময়াম্বা অমসু লৈ। অদুবু ময়াম্বা অদুদি নুপী অঙাংগী ৱাখল খন্দবা চহী ৪০গী পাখংনি। মহাক পি.দব্লিউ.ডি. দা কেরানি ওইনা থবক তৌরি। মমা ইবেম্মা অদুনা ময়াম্বগা জগৎকদমক পোকপনি। ইমুং অদুদা নুপী তাংবনা মমানা মখোয় নীগী সেবা তৌবা অদুদা মতেং ওইনা মচা নুপা অহল কান্তদা মৌ অমতং পুশিল্লক্লবা হায়রবদা কান্তনা নুপী অঙাংগী ৱা ঐভোন্দা হায়বীরক্কনু হায়দুনা য়াখিদে। মখোয়গী য়ুমদি নম্বোলদনি। জগৎনা রোসনিবু ইম্ফাল চৎপদা খঙনরকপনি। মখোয় অনী নুংশিনরকপা থা অমরোমদা মঙায়রি। অদু ওইদুনসু থম্মোয় অনীদু চান্নরবনা কা হেন্না নুংশিনরকপদগী ৱাশক পরে চেংনা নুংশি কিশি কিনখিবনি। রোসনি শগোলবন্দগীনি, ৱাং চাউনা শাওং শাদা ফজবী মতমগী শকহেনবী অমনি। বিধিগী নোংদমদগী জগৎকা থেংনরবদগী রোসনিগী নুংশি লম্বীদা জগৎ নত্তনা অতোপ্পা নুপা অমত খঞ্জররোই লেপখ্রবী মীতৈ চনুনি।

ঙসিদি জগৎতু মাগী ছুতি লোইরবনা হয়েং কাশ্মীরগীদমক খোঙশানগদবা অদুদা মাগীদমক নুংশিজরবী রোসনিদগী বিদায় নিররি।

- ঐ হয়েং চৎলগনি মতম খরদি কাশ্মীরদা লৈখিগনি। মতম খর লৈরগা নঙগীদমক্তা অমুক হন্না ছুটি লৌরগা শোয়দনা লাক্কনি।
- মতমদুদদি করি তৌগদৌরিবা?
- মতমদুদা নঙবু য়ুমগী মৌ ওইনা পুন্সি খোঙলোই ওইমিন্নগে হায়বসি ঐগী ৱাখলনি।
- মতমদুবু কয়াম ৱাৎলিবগে? কয়াম কুইনা ঐনা নঙবু ঙাইখিগদৌরিবনো?
- কুইনা ঙাইদনবা ঐনা চিঠি থারক্তুনা থৱায় ওইরিবী নঙোন্দা খঙহল্লক্কনি।

- ফরে, নওগী মঙ্গলগীদমক্তা ঈশ্বর খুরুমদুনা ঐ ভাইজরমগে। অদুম্নমক তম্না ভমদ্রবা মীওইপোক্তা, কায়নবা থুংনবগী নুংশি লম্বীদা নওগী খুয়াগী উফুল অদু ঐনা ভসি নিজদুনা ঐ অসে নওগীদমক্তনি, নওগী ওইরবনি খঞ্জনবা আশির্বাদ পীনবিয়ু।

অসুম্না রোসনিনা মিৎলু পিরাংগা লোয়ননা জগৎকী খোঙয়া উফুল নিদুনা কোকথক্তা হাপচখি। মরাল লৈজদ্রবী অদুগী মিৎস্নাদগী তারক্লিবা পিরাংশিং অদুবু তৈথোকপীরম্লগা জগৎ নিংভমদনা চৎখি।

দিপানিতা, গোবর্ধন পূজা অমদি নিংভোল চাক্কৌবগী পোৎ-চৈ লৈননবা খ্বাই বাজারগী লম্বী পূম্নমক মীনা কৃক-কৃক ইন্ননা চিল্লি। ইম্ফাল সহরগী সরকশিং অসিদা মখল কয়াগী গাড়ীনা অরেপ্পা লৈতনা কৃক-কৃক ইন্ননা থৌনরি। খোঙনা চৎপা মীওইশিংনা নাকল অমদগী নাকল অমদা লাল্হোকপা হায়বসে লুরবা তঙ্কক অমা ওইনরি। রোসনি মমা মচাসু পোৎচৈ খর লৈরবা মতুংদা ব্রাহেং লৈকাইবোমদা লাকখি। রোসনিগী মমাঙদা লাপ্লপ চৎলিবী মমা ইবেচবু খভহৌদনা কল্লপ থৌরকপা মারুটি কার অমনা থোমগদৌবগী থৌরাংলকপা মতমদা খুৎলৈ থুরবা নুপা অমনা চেংশিন্দুনা ইবেচবু শুপকোন কোল্লগা সরক্কী ওইথংবা নাকললোমদা ওন্ন-থোইনা তাখিরম্মী। থৌওং অদুদা ভ্তান মাঙলবী ইবেচবু খুদক্তা শোক্লবা নুপা অদুগা লোয়ননা হোস্পিটালদা পুখত্তুনা লাইকন্নখি, পাউ তাদুনা লাকপা রোসনিগী মখুরা বিনয়না নুপা অদুগী এদ্রেসনচিংবা লৌশিল্লি। ভাইহাক লৈরগা ইবেচা ভ্তান খর খর তারক্নে। বীনয় অমদি রোসনিনা নুপা অদুগী মথৌনাগীদমক থাগৎপগা লোয়ননা তুংদা অমুক উন্ননবা হায়জরম্লগা ইবেচবু ময়ুমদা পুখরক্নে। বিনয়না ময়াম্না শেখরগা লোয়ননা ময়াম পূন্না ফম্মিন্নদুনা থৌদোক অদু করম্না থোকখিবা হায়বদু মরীক চুম্না লীদুনা তাহল্লে। ইবেচা অমদি শেখরনা ঈশ্বরনা চাল্লবনি, থৌনা ফরবা নুপা অদুগী লমন করিনা শিংবা য়াবা হায়বদু কুম্মৈ হরাও অসি লোইরগা খন্নরসি হায়দুনা মখা তানখিদ্রে। রোসনিসু মমিৎ মমাঙদা শোয়দনা শিরম্লগাদবা নুংশিরবী মমা অদুবু কম্বীরমখিবা নুপা অদুবু নুংশিদবা অমদি থাগত্তবা ভমখিদ্রে।

খুরাইদা ময়ুম পানখ্রবী রোসনিগী মচে চন্দ্রিকাবু মপাগা মমাগনা থোং-থাক্তুনা ভসি নিংভোল চাক্কৌবা নুমিৎ অসিদা হরাও হরাও চামিন্ননবা শেম শারি। মচানুপী চন্দ্রিকাদা করম্না শিরুবদগী হিংলকপা অমদি নুপা অমনা করম্না মপুন্সি কখোক্তুনা মমাবু কল্লকপা হায়বদু মরীক চুম্না পাউদমখি। মপা ইবুংঙোনসু নমাদি শিরবোইদবনি হায়দুনা ফাগি তৌদুনা নোকমিন্নখি। ময়াম পূম্নমক নোক খেদুনা মথেল লুকোইই চামিন্নরবা মতুংদা মখুরা বিনয়সু

থুংলরে। নুপা অদুনা পাখং ওইহল্লবদি, কখোকপা গ্লম্বা মহাক অদু শোয়দনা অফবা মী ওইরমগনি হায়না চন্দ্রিকানা হায়রকই। মরম অদুনা মনাও নুপী রোসনিবু থম্মোয় শেংনা কংলবদি মমাবু কনখিবগী লমন অদু শিংবগা লোয়ননা মরী মতাসু ওইরগনি হায়না মখা তানা ফোঙদোরক্কে। মখুরা বিনয়নসু নুপা অদু পাখংনি অদুগা তলব চাউনসু চাবা থবক তৌরিবা মীশক্কি। মদুনদুম হেন্না ফরেনে হায়দুনা রোসনিরোমদা থোক ওনশিল্লকই। মদুদা রোসনিনা "খন্নবা হায়দুনিদনা" হায়না খুল্লকপা ফাগি অদুদা ময়ামদু থৱায় পেন্না নোকচরম্মী।

রোসনিনা নোংমা নিংভোল চাক্কৌবা নুমিত্তা মখুরা বিনয়দা "খন্নবা হায়বদুনিদনা" হায়খিবা অদু ঙসিদি খন্নফম ওইরক্কে। মমা মপা অমদি মখুরানা নম্বোলদা লৈবা নুপা অদুগী ময়ুমদা চৎলুরবদা নুপা অদুগী মমা ইবেম্মা অদুগা কুপ্পা খন্নরবা মতুংদা মমা অদুনা মসিনবু ওইথোকপা য়ারবদি ঈশ্বরনা পীনবীরকপা কন্যানি হায়দুনা খঞ্জগে পাউখুল্লক্কে। ফিভম অসি য়ৌবক্লবদা মপা মমাদা নত্তনা মচে চন্দ্রিকানা রোসনিবু চুম্না থেম্বতা নত্তনা মাগী পুন্সিবু ভিক্ষা নিবগুম নিরক্কে। লুরবা তানফম অসিদা রোসনি অহিং কয়া মিৎলু পিরাং পিরোইননা তূমদ চদনা খত্থখি। চিঠি কয়া মাগী নুংশিজরবা জগৎতা থাখি, টেলিগ্রাম কয়া তৌখি অদুবু পাউখুমদি ফংবা মরৈখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা কাশ্মীর লালহৌবশিংগী লানফদা আর্মি কয়া শিখিবগী পাউনা নিনখি। মণিপুর মচা লান্মী কয়া শিবা নাবা য়াওবগী পাউ তত্তনা তাবা ফংখি। মমৈদা উপাই লৈজদ্রবীদো মমা মপা অমদি মচেগী য়াথং তুংইন্দুনা লুহোংবদা তাখি।

লুহোংবগী নুমিৎ নিনি শুরকপদা রোসনিনা খঙলক্কে মদুদি মানা লুহোংলিবা নুপা অসে মাগী থৱায় ওইরিবা জগৎকী ময়াম্বা কান্ত হায়বদুনি হায়বদো। য়ুম অদু জগৎকী য়ুমমক্কি। জগৎকী আর্মি ফিজেৎ শেৎপা ফোটো কয়া রোসনিনা থেংনরে। মরম অসিদগী রোসনি লোন্না লোন্না অচিকপদা কপচবা নত্তনা করিসু উপাই লৈখিদ্রে।

থা মরীগী মতুংদা টেলিগ্রাম অমা লাকখি। মদুদা ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা খঙলে মদুদি জগৎ লান্দা বোম মচেৎনা পানবদগী মমীৎ অনীমক তাঙলে। মহাকপু এরোদ্রোমদা নিংথৌকাবা নুমিত্তা ওকপীরম্লবা হায়জরকপনি। অরোনবা অচিকপদা কপচবা থত্তনা মশরুক ওইরবী রোসনি মনেম অমদি মপুরোইবা কান্তগা লোয়ননা ভান অমদা জগৎপু ওক্ল বগীদমক এরোদ্রোমদা থুংলরে। ফজরবা ভৌরবা মায়থোঙ অদু থাজগী ফজবা শক্তমদা অমকপা দাগ লৈবগুম অমুবা দাগ খরনা মক্লবসু রোসনিনা জগৎপু উজবদা থম্মোয়দা খাঙমদনা অৱাবা ওইখি। মিৎলুগী পিরাং খাঙনবা মখা চিক্তনা খাঙখি। মমিৎ উদ্রবা জগৎনা

মমাবু খুরুম্মজরগা ময়াম্বু কোঞ্জববা মতুংদা মতৌমবু খুরুম্মজখি। খাঙমদবা চৈনা খাঙলম্বী রোসনি মিৎলু পিরাং থিংঙমখিদ্রে। গাড়িনা লেপ্তনা থৌরকপনা ময়ুম য়ৌরক্লে। জগৎনা মতৌমা অদুগা ৱরী শাজে, মতৌমগী খোঞ্জেলদু তাবদা জগৎনা মতৌমদা মহাক্কী নুংশিনরম্বী অদুগী খোঞ্জেলগা মান্নে হায়রক্লবদা রোসনিনা কয়াদা ৱানা খাঙখি। করিগুম্বা মাগী নুংশিজবী, মাগী খুয়া উফুল লৌদুনা কোকথক্তা হাপ মাগী ওইখ্রবীনি লেপখ্রবসু মাগী হৌজিক্কী ফিভম অদুদা মাবু তুক্কচরল্লগদ্রা হায়না মতৌমদা হংলকপা ৱাহংদা থম্মোয় কায়রবী রোসনিনা মমীত্তগী থিংঙমদ্রবা পিরাংগা লোয়নননা মমা অদু শিরল্লবদি মদুদা মমা কায়নবগী অৱা মৈচাক অদুনা মানা হৌজিক ফংলিবা মৈচাক অসি য়ৌৱমগদ্রা হায়না ফাওবা খল্লবী রোসনিগী পিরাং খকপা লৈখিদ্রে।

অৱাবা চৈথেং কয়ানা খাঙমদবদগী জগৎকী মনাক্তগী লাপথোক্লুনা করিগুম্বদা চৈনা খাঙনা লেল্লিঙৈ মতমদসু লুহোংবা নুমিত্তগী ইবেম্মা হায়বা নত্তনা ঙসিফাওবা রোসনি হায়দুনা কৌজদ্রিবী মনেম অদুনা মনাও অদুবু লুনা সেবা তৌবীয়ু হায়দুনা হেক্তা হায়রকপদুদা রোসনিদি খাঙমদবা হায়বদু ওইখ্রে। মপা মমা, মচে অমদি মখুৱানা মাগীদা লাকপা খুদিংগী মপুরোইবা অদুগী অফবা মতৌদা মাবু মরায়বক ফরবনি হায়দুনা থাগৎলমখি। মদুনা মাগী অৱাবনি হায়বসে কনাসু খঙনখিদে। মথম্মোয়গী অরোনবা কনানা খঙবা ঙমদ্রবসু মমিৎ উদ্রবা জগৎকী থম্মোয়দা চিংনবা অমদি নৈতবা নত্তে। অদুম ওইনমক মতৌমবুদি তত্তনা খুরুমজে। রিটয়ারদগী পৈশা নুংশা কয়া থারক্লবা মতুংদা মমাগা ময়াম্বগনা মাবু লুনা তৌবা হেনগৎলকখি।

চহী অমরোম হৌখ্রবা পূম্নমক্লা ৱানা লেন্নবক্লবা তুংদা আই দোনর অমগী থৌজালদগী জগৎকী মমিৎ ওপরেসন তৌখ্রে। নুমিৎ নীনি হুম্নি হোস্পিটালদা লৈরম্ববগী মতুংদা মমিৎ হাংদোরকপা মতমদা মমি শামিদগী মমা, ময়াম্বা মথংদা মাগী থৱায় ওইবী রোসনিনা মাগী মতৌমমক ওইদুনা লৈরম্বদু তরং তরংনা উরক্লে। অকনবা নোংহৌ লাকখি, নোংলৈ নুংশিৎ শীৎলকখি। নোং খাক লাউবা হেনগৎলকখি, বজ্র তাখি। চঙ্ক্রনা মুন্না মতৌমবু য়েংলুবদা রোসনিগী মিৎলুদগী লেপ্পা নৈতনা শীছুরিবা পিরাংদু উরক্লে। মুন্না য়েংলম্বদগী তপ্না মমিৎ উইশিঞ্জরগা জগৎনা খল্লকই, ''অদুম্মক তাঙলম্লবদি ফজাদবা ঐগী মিৎ।''

*)*(*

# নখোয়গী তুংগী লম্বী শেল্লবনি

অহিংনি !

নোংনা খঙহৌদনা খাক লাউখিবগা লোয়ননা অকনবা মওংদা নোং চুথরক্লে। ঙসাইমখৈ মফম খঙদনা ককঙাওননা চেল্লক্লবা নাইতোম তারবা শঞ্জিৎ কৌবা লালহৌবা অদু লেংবান্দা ওটোমেটিক রাইফল অমা য়াল্লদুনা লম্বী অদোমদা লাকপাদগী খঙহৌদনা নোংনা কন্না চুথরক্লবা অদুদদি য়ুমদোম্পোক ওইনা লৈরিবা ইনা কুপ্পা য়ুম অদু নোংথাংগী মঙালদা উরদুনা য়ুমদুগী মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা নোং থুপ্লি। ইমুং অদুদা নুপামচা চহী ৫ মুক শুরবা অমগা নুপীমচা চহী ৯ মুক শুরবী অমগা লৈ। নোং য়ুমনবদগী তুম্বা য়াদ্রদুনা অঙাং অনীদু নোং য়ুদবা মফম অমদা ফিজেৎ-ফিগায় খরগা য়াওন্নদুনা লৈরি। অঙাং নুপামচা অদুনা ‘ইচে চাক লাম্মে’ হায়দুনা মচে অদুদা ঙুং-ঙুং ঙংলি। মচে অদুনা নোং ঙান্দৌরে, ‘নোং ঙানবফাওবদদি খাঙলো’ হায়না থেল্লি। অঙাং অদুগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদ্রবা মচে অদুনা ইচে পোগে তূম্লো হায়দুনা পিল্লিবা মৌপ্পাদুবু পোখৎলি। পোদোলগী মুশি-মুশিবা মঙালদুনা ইমুং অদুদা ঙাল্লিবদু শঞ্জিৎ থোঙনাও ময়াগী অহোবা অদুদগী উখিবনি। অঙাং অনীদুগী মতৌ অদুদা শঞ্জিৎকী থম্মোয়দা মিনুংশি য়াকাইরকই। মচে অদুনা অঙাং অদু পোরদুনা যৌরাংবগী নিংঙাইদা খাঙবা ঙমদবদগী লাইওইখ্রবী মমাবু কৌদুনা তেংথারকই- ‘‘ইমা ইবেম্মা অপোকপী লাইওইখ্রবী, নচাগী অৱাবসে উবীদ্রব্রা পলেমও, অমুক্তদি নচাগী অৱাবসে কোকহনবীরোগবা।’’ অসুম্না মিৎলুদগী পিরাং মতুম মতুম শিন্থনা নাওহোং শারিবা খুদৈ অমোৎপা অদুনা নোংগী ঈশিং য়ারগা মচুম অদু মৌপ্পাগী মচিন্দা চুপহল্লি।

শঞ্জিৎ মখোয়বু উহন্দনা নাকল অমদা লোৎলগা য়েংলি। অঙাং অদু তূমখ্রবদা মচে অদুনা মকোক্তা নাহুবীরগা ইমুং চঙখিদুনা ফমুং অমগী চোৎফাত্তবা নাকল অদুদা শুমজিনবীরে। পিরাংনা পূমচোৎ চোৎলবা অঙাং নুপীমচা অদুসু নাকল ওইরপ ঙাথরগা মমিৎ উইশিনখি। শঞ্জিৎতু অনী অদুগী মতৌ অদুদা মথম্মোয়নুংদা চনৈনবা হায়ফম

তৌফম খঙদবা মতৌ অমনা ব্রাহল্লি। খল্লকই, অঙাং অনীসি অসুম্না অসুম লেনবা তারবদি শিবা নৎত্রগা হুরানবা, ফত্তবা মীওই ওইরকপা শোয়দ্রবনি। অদু ওইবা তারবদি অঙাং অনীসি করম্না ফহনগনি, হুঁ ঐগী ইশক অসিদি উৎপা য়াদ্রি। ঐনা মখোয়দা তেংবাংই হায়বদুসু লৈকাই মীয়ামদা নত্তনা অঙাং অনীসিসু খঙহনবা য়াদে। ব্রাখল ৫-১০ থোক্লা খল্লুরবা মতুংদা ফুরিৎ খাউদগী লুপা তরা চৎপী ভাক্তা চামঙা শত্তোরকই। চান্মা চৎপী য়াওদবদি নত্তে অদুবু মদুনা পোৎ লৈরুবদা নৎত্রগা কায়রুবদা কদাইদগী পৈশানো হায়না চিংনরকপা মীয়ামগী মতৌ লৈগদবনা লুপা ১০ চৎপীশিংদু শীজিন্নবদা কায়দনবা হায়দুনা থিংখ্রবা থোঙ অদু তপ্না নমদুনা হাংদোক্লগা অঙাং অনীনা তূল্লিবা ফমুংদুগী নাকচি অমদা পৈশাদু থল্লম্লগা থুনমক শঞ্জিৎ চিকমাঙনখ্রে।

নোং ভাল্লক্লবদা মচে অদুনা হান্না হৌগৎলকই। খঙহৌদনা মাগী মমিৎ অদুনা লুপা ১০ চৎপী ময়াম অমা ফমুং মচিদা তাদুনা লৈবদু হেক উরকই। অঙকপা মওংনি অদুবু মাগী লাইওইপ্রবী মমা অদুনা স্বর্গদগী উবীদুনা থাদরক্লবনি খঞ্জদুনা মপুক্লিং ফাথজরে। মমৈথংদা অয়ুক্কী তৌবা য়াবা মথৌ লোইশিল্লগা মৌপ্বানা হৌগৎত্রিঙৈদা দুকান্দগী চিনি চা মনা অমদি দবলরুটি লৈরুরগা মৈ থাগত্তুনা চা লোনবা হৌরকই। অঙাংদুনা ফমুংদগী ‘‘ইচে চাক লাপ্লে, চাক লাপ্লে’’ হায়দুনা নিংভাই তৌরকই। মদু তাবদা মচেনা ‘‘লাকও লাকও অচাপোৎ লৈরে, চাসু লোইরে’’ হায়দুনা কৌশিল্লকপা অদুদা হরাওনা কুমথরক্তুনা তহা তহা চাবা হৌরকই। মতৌ অদুদা মচেনা কয়াদা হরাওজখিবা। মহাকসু খর চা থক্লবা মতুংদা ব্রাখল খল্লরকই- ‘‘থৌদোক অসি কনাদসু লীথোক্লরোই’’।

নুমিৎ তরানিরোম মচিন মৌপ্বা অনীদু চীংদা শীং চল্লগা মকোক্তা শীংবুন মচা অমমম্ পুরদুনা হেক হেক হল্লকই। অহাঙবা মতমদা ইশ্বোলদা মনা মশীং থাদুনা লেল্লকই। মৌপ্বা অদুসু মনীং তম্না শান্নজরকই। নোংমনি, নুমিদাংগী চারা চারগা মৌপ্বানা তূমথখ্রবা কান্দুনা মচে অদুনা হয়েংদগীদি করম তৌবা হায়না লোংনা হিপ্লগা ব্রাখল তৌবা হৌরকই। খন্না খন্না তূমথখিবা খঙহৌদ্রে। মচেদুনা মহৌশাগুম হৌগৎলকপদা ফমুং মচি অদুদা লুপা চরা চৎপী খর অমুক তাদুনা লৈরম্বদু উরকই। ফম্মাঙ অদুদনা কা হেন্নদি মন্দ্রিবা কম্বল অমগা লোয়ননা মোম্পাক ফিদক অমা, মৌপ্বাগা মখোয় অনীনা লীৎপা য়াগদবা ফুরিৎ অনীখক্লসু লৈরম্মী। মদুগী মনাক্তা চেঙ

ময়োম অমা, য়েন্সাং নাপি খরগসু লৈরম্মী। নুপীমচা অদু মমাঙগী মতমদা ঙকখিবা অদুদগী হেন্না ঙক্লকই লোয়ননা অকিবা অমসু য়াওরকই। ইমুং অকোয়বদা লৈ লৈদুনা য়েংই। মমৈথংদা লৈখিদ্রবী মমা ইবেম্মা অমদি মপা ইবুংঙোবু নিংশিংদুনা কনাগুম্বা ঈশ্বর অমনা পীনবিবা ওইবা তারে হায়না খল্লদুনা মহৌশাগুম নোংমগী শীছা পাঙনবা হোৎনরকই।

অসুম্না তরানি, থা মখায় খুদিংগী চেঙ-চাক, য়েন্সাং নাপী অমদি পৈশা ইমুংদুদা হেক হেক লৈরম্বদগী মচিন মৌপ্পা অনীদুনা চা থক্তুনা হিংলকপা চহী তরেৎ শুগদৌরে। মচেদু লৈশাবী পুংকক ফারক্লে। অদুম ওইনমক অরোনবা অদুমদি মীয়ামদদা নত্তনা মৌপ্পা অদুগী মফমদফাওবা লোত্তুনা লাক্লি। লৈকাইগী মীয়াম্না মচিন মৌপ্পা অনীদুনা চারিবা, হিংলিবদু খল্লুবদা চিন কাঙনা নিন্নরকপা মৌপ্পা অদুনা তারকই। অদুদগী নোংমদি মৌপ্পা নুপানা মচেদো কন্না চপখত্তুনা হংলকপদগী মচে অদনা থম্মোয় শেংনা হৌখ্রবা চহী তরেৎকী মমাঙগী নোংজু থাগী অহিং অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা ওইরিবা থৌদোক্কী ব্রারী লীদুনা তাহল্লে। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদা ঈশ্বর অমনা অসুম্না তৌরকনি হায়বদুদি ওইদ্রবা মতৌনি। অদুনা কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা অমনা তৌরকপা তারবসু মশক ফাওবদি খঙলকফম থোকই। মসিবু করি করম্বা মতৌনো খন্নবদা অনীদু ঈশ্বরগী নোংদম্লি খন্দোক্লসি হায়দুনা লৈনখ্রে। মতম অদুদা মচিন মৌপ্পা অনীদুবু মচা মগুগুম্না খনবা ঙমদ্রবা মখুরা অমা লৈরিবদুনা অঙকপা অমা য়াওনা চঙদি চঙদনা, হংদি হংলদনা করম্না খঙলক্লিবা ! অঙাং অনীগী পাউ লৌবা হৌরকখি। অদুবু হৈ-শিংলবা মচে অদুনা মতম মতমগী থবক ইনখাং অমদি শীং চনবা, য়োনবা, ফৌদোন লবুক্তগী খুনবা লোয়ননা শীল্লংবনচিংবদি লেপ্পা লৈত্রি।

নুমিদাং অদু চাব-থকপা লোইরবা মতুংদা মৌপ্পাদু ইশি শিনা তূমথখ্রে। মচেদুদি হয়েংগীদমক চেঙ-চাক, হব্রাই পৈশা থোরকখিগদ্রা নুংশা খ্রীজে। ব্রাখলদদি তূমশিন্নবা শারগা ঙসিদি নোংঙানদ্রিফাওবা কমদৌবনো য়েংলগে খন মমীৎ উইশিল্লগা মতম ঙাইরিঙৈ খঙহৌদনা তূমথোকখ্রে। মাগী মমঙ অদুদা মচিন মৌপ্পা অনীদু ফি-রোল নান্না শেৎলদুনা বজারদা লৈনীংবা লৈবদু উরম্মী। খঙহৌদনা মচেদু মীৎকপ হেক থোরকই। ঙসিদি সনা লুপা ময়াম অমগা লুপা ১০ চৎপী মপুল অনীগা লৈরম্মী। মচেদু হরাওরবসু জ্বানদি মমখি। মৌপ্পাবু তনহৌ হৌদোকই। মৌপ্পাদুসু ফুক হৌগৎলকপদা তৌরল্লিবদু

উবদা পূমঙক ভকখ্রে। মচে অদুগী থম্মোয়দদি খুদোং থীবা অমা থোক্লক্কদ্রা খন্দুনা মিপাইজখি। অদুমকপু য়াম্লবা শেলশিং অদুনা শীজিন্নবা লোইরবা মতমদা সনা লুপাশিংদু অমুক শীজিন্নবা হায়বদুনি হায়না খঞ্জখি। অদুম ওইনমক মথম্মোয় অদুদি মকা লামদবা চয়েৎনবা অমদি অদুম্মক লৈখি। মচে অদুনা উংনা ব্রায়না খুমদুনা থবক ইনখাং মহৌশাগুম চত্তুনা তৌদুনা লাক্লরবসু মৌপ্পা অপণ্ডবা অদুনা নম্ফু নম্ফুদা পৈশা শীজিন্নরকপা মতৌনা লৈকাইনা চিংননা ভাঙনবা হৌরকই। অদুবু হৈ-শিংলবা মচে অদুগী লৌশিংগী অমদি পাঙ্গলগী থৌনানা অরোনবা পূম্বা কুপ্তুনা থন্নক্লি। পৈশা হায়বসিদি লৈবু লৈরবদি চৎফম ভাক্তা লৈবনা লুপা ১০ চৎপী মপুন অনীদু লোইশিনখি। থা অনীদুমদি চৎখ্রে। হৌজিক্তি মচিন মৌপ্পা অনীদুনা খন্নরবা মতুংদা সনাশিং অদু মচেৎ মচেৎ কায়দুনা চাব, শীজিন্নবা হৌরক্লে। লৈরম্বা সনাশিং তঙ্খায় খর হেন্না কায়দুনা চারকপদা মমৈদা নোংমা নুমিদাং অমা পুলিস লাক্তুনা মচিন-মৌপ্পা অনীবু ফারগা পুখ্রে। লৈকাইগী উহৌবা কয়ানা কলক পেন্না শোন্নখি। মখোয়বু নুংশিবা কয়ানা নুংঙাইনহৌদে। মখুরা অদুনদি কল্লক পেন্না হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়বদুনি হায়না নোকহৌখি।

পুলিস ষ্টেসন্দা মচিন-মৌপ্পা অনীদু মচিন হংদুনা মখোয়না কদাইদগী সনা হুরাল্লগা য়োল্লিবনো হায়না চৈ থাংবা হৌরক্লে। সনা মপু অদুনসু সনা শাফম কয়াদা মাগী অদুগুম্বা সনা করিগুম্বা কায়বা থেংনরবদি পাউ পীবীয়ু হায়না মীওই কযাদা শিন্নবদগী সনা অদু ফাবনি। মখোয় অনী অদু তশেংনা সনা হুরানবনি হায়বীরে। মচিন-মৌপ্পা অনীদুনা অশেংবা ৱারী অদু লীবক্লে। মতৌ অদুদা পুকচেল চাউরবা ও সি অদুনা মরক অসিদা অতোপ্পা মীওই অমগী খুজিল থৌরাং য়াওরে, মহাক মীচম অমদি নত্রে। মহাক্লা পুক্সি অনী অদুবু লোন্না মশক খঙহন্দনা থাক্লিবা অসিনদি মহাক মীরোৎ অমদি শোয়দনা ওইগনি। মরম অদুনা অঙাং অনী অদু পুলিস কষ্টদিদগী থাদোকপা য়াদ্রি হায়না চেকশিন্না থমখ্রে।

নুমিদাং অথেঙবা মতম ওইরক্লবদা শঞ্জিৎ মখুত্তা মতীক চারবা খুৎলাই পায়রদুনা মহৌশাগুম মচিন মৌপ্পা অনীদু য়েংবা লাক্লে। অদুবু নুমিৎ অদুগী অহিং অদুমদি ইমুং অদু ওন্থোকপা ফিভম অমদা লৈরম্লে। ইমুংদা থাউমৈ থাল্লমদে। মহাক্লা ইমুংদা তোর্চলাইট কাপ্তুনা য়েংবা মতমদা উপু অমথক লৈরিবদু হাংদোক্লগা ফি-রোল

ইচাই চাইনা লৈরম্মী। ফমুং ফানুংগী ফি রোল লোইনা চাইখায়রগা করিগুম্বা অমা থিখিবগী খুদম ফংলম্মী। চিংনবা লৈবদগী অঙাং অনীদুগী মখুরানি হায়বদুগী য়ুম তান্নপ লৈরিবদুদা চঙশিল্লক্নে। মখুরা অদু শঞ্জিৎকী শক্তম অদু উবদা কিবনা থক-থক নিকখ্রে। মহাক্লা অঙাং অনীদু পুলিসনা ফাদুনা পুখ্রে হায়না মখোল নিক্লপ তল্লম্মী। শঞ্জিৎনা হায়রকই- মখুরা অমা ওইরগা মরাল লৈত্রবা অঙাং অনীদুবু অদুক তাথীরিবগী মরম হংলবা মতুংদা মখুরা অদুবু শিবগী চৈরাক পীবা য়ারবনি অদুবু পীররোই অদুগা মীবোৎ অমা ওইনা মহাক্লা অঙাং অনী অদুবু চহী তরেৎলোম থাক্লকপা অমদি মহাক মণিপুরগী ব্রাংমদা থা মরী মঙারোম লৈগদবনা অঙাং অনী অদুদা সনা লুপা থমজিল্লগা শীজিন্নহনবনি। অঙাং অনীদুনা মহাক্কী মশক উস্ত্রি অদুগা মানসু উহন্দনবা হোৎনরি। লোন্না লোন্না ব্রারবা পুন্সি অনীদু কন্নবগীদমক্তা তুমিন্না থল্লম্বখক্তনি হায়না ব্রারী লীরকখি। শঞ্জিৎনা মখা তারকই- খুদক্তা অহাওবা চাক য়েন্সাং থোংদুনা পুলিস কষ্টদিদা লৈরিবা অঙাং অনীদুদা পীজরুগদবনি। মহাক মশামক অঙাং অনীদু থাদোক্লবা পুলিস ষ্টেসন্দা লাক্কনি। মহাক ফাবদা লুপা লাক্ষ অমগী মনা পীগদবনি হায়না সরকারনা লাউথোকখ্রবনি। লাক্ষ অদুমক অঙাং অনীদুদা পীহন্দুনা মখোয় অনীগী তুংগী পুন্সিগীদমক মখুরা অদুনা শীনগদবনি হায়রল্লগা মাঙথোকখ্রে। মখুরা অদুনা মাগী নুপীদা চাক থোংহল্লগা টিফিন অমদা হাপ্লদুনা পুলিস ষ্টেসন্দা থুংখ্রে। ও সি অদুদা ব্রারী পূন্না লীরবা মতুংদা অঙাং অনী অদুবু চাক মপুক থন্না পীজরে। শঞ্জিৎসু খুৎলাইগা কোন্ননা ও সি অদুদা সরেন্দর তৌরে। ব্রারী পূন্নমক খঙনরবা মতুংদা অঙাং অনীদু থাদোক্লে অমসুং মখুরা অদুদা পুখিনবা য়াথং তৌরক্লে। মখুরা অদুনা মখোয়গীদমক ব্রাবীরকখিবা য়াওল্লোই অমা ওইরিবা শঞ্জিৎপু মশক তাক্লবদা মচিন মৌপ্পানা শঞ্জিৎকী মখোঙদা তুরদুনা ও খোংনা কপখ্রে। শঞ্জিৎনা মীৎলু ঈরা চেন্না মখোয় অনীবু কোনখৎপীরগা হায়রকই -"করি অমতা ব্রারুগনু, নখোয়গী তুংগী লম্বীসু শেল্লল্লবনি।" হায়না আশির্ব্বাদ পীবিখি।

*)*(*

# তম্বা ঙমদ্রবা পুন্সি

**আমেরিকান** নেভিগী জহাজ অদু ফিলিপিন্সকী সমুদ্রা তোর্ব্বান য়ৌরক্কদৌরে। জেমস অমসুং রিচার্দনা জহাজ মনুং অদুদা লুরুক্লনা ফমদুনা ৱারী শারি। লাল লাক্লিবনি। অদু ওইদুনসু অনীদুগী ৱারীদি নহা ওইবগী নুংশি নুংওন ৱারীনি। মখুৎ মখুত্তা মতীক চাবা খুৎলাই পায়দুনা লালগীদমক্তা মথ্বায় কখোকপা লাক্লবসু হৌখ্রবা নুংশি ৱারীশিংদুদি কাউনদ্রি। রিচার্দনা মহাক্না লাল অসি চংলমদাই অহিং অদুদা মাগী পিক্লবা মচা তোম অমসুং লোয়নবী সোফিয়াবু চেংনা কোন্দুনা লান অদুদা মঙ্গল ওইরক্কুনা মায় পাক্না লাকখিনি হায়না হবাউ পিরাং শীছনা মাগী নুপী অমসুং মচাবু চেংনা কোনখি। ৱারী অদুদা রিচার্দনা য়াম্না নিংঙমদনা অয়ুক্তা মচা অমসুং মাগী নুপীবু বিদায় পীবল্লগা লাকখিবদু য়াম্না থম্মোয় শোক্না লীরি। মহাক্না পুন্সিদা মাগী নুপী অমসুং মচাবু কয়ামুক নুংশিবা হায়বদু শুগায়না তল্লি। জেমসনসু মাগা য়াম্না নুংশিনজবী জুলিগা কয়াম নুংশিননা লোয়নবা অদুগা চংলমদাইগী অহিং অদুদা জুলিনা পুন্সি হায়বসে তম্বা ঙম্বা নত্তে, মরম অদুনা অহিং অদুদা নুংশি মিলনগী পচুং ওইসি হায়না হুমাং কানা হায়জরকপদুদা জেমসনা পুন্সিদি ফাগি নত্তে, নঙ-ঐ নোংমদি শোয়দনা লুহোংলগদবনি মরম অদুনা লুহোংবগী অহিং অদুদা পুন্সিগী মিলন ওইবা হায়বদুদি শোয়দ্রবনি। অসুম্না জুলিগী ফজরবা মখজাই অদুদা শীক্লগা মফম অসি য়ৌরকপগী ৱারী রিচার্দতা লীদুনা তাহল্লি। অনী অদুনা মোমোন্ননা হৌখ্রবা নুংশিনীংঙাই ওইরবা থৌদোক কয়া নিংশিং নিংশিং লীনরি।

লানগী পোলিসিগী মতুং ইন্না জহাজ অদু নুমিদাংৱাই অদুদা ফিলিপিন্সকী তঙাংলবা মচুগী নুমিৎ তারমদাই মশেক অদুগী ফম্পাক্লরবা সমুদ্রা মপান অদুদা জহাজ অদুদগী চোংথ-চোংথনদুনা উপ্ল-উপ্লা নৎত্রগা পাকথ-পাকথ চেনশিন্নরক্কুনা

ফিলিপিন্সকী সমুদ্র মপানগী লানবন অদু তপ্পকই। য়েক্রবশিং অদুনা আমেরিকান লান্মীশিং জহাজগা লোয়ননা লাকপদু উবদগী মফম খণ্ডদনা লানবন্দগী নোংমৈ অমসুং বোম তোপ মশীং খণ্ডদনা কাপশিল্লক্লে। আমেরিকান লান্মী কয়া তু তুদুনা লৈমায়দা তানরে। অকনবা লানফম অদুদা কোমনুং অমদা জেমস অমসুং রিচার্দনা মখুত্তা পায়রিবা ফরবা খুৎলাইশিং অদুনা য়েক্রবগী মায়কৈদা হনবা লৈতনা কাপশিল্লি। মতুংদা মোমোন্ননা হৌগ্রবা অহিংগী ৱারী অমদি শক্তমশিং নিংশিংনদুনা নোকমিন্নরকখি। মতুংদদি নুমিদাংৱাইগী মতম য়ৌরকপদদি মফম অদু ইচিক চিকখ্রে। ফিলিপিন্সকী শগোল তোংবা লান্মী ৫ / ৬ মরোল মরী খণ্ডদনা মখুত্তা মতীক চাবা খুৎলাই পায়দুনা লাকপা উখি। মখোয় অনীনা খুদক্তা নাকন্দা তারিবা ঈ তৈরবা অশিবা হকচাংশিং অদুদা কোনশীন্দুনা ঈ তৈহল্লগা অশিবা শাদুনা লৈখ্রে। খণ্ডহৌদনা মরোল মরী খণ্ডদ্রবা শগোল তোংবশিং অদুনা চৈনা থিন থিন্দুনা অশিবশিং অদুবু অমমম্তা য়েংলকই। করিগুম্বা শিফাত্তনা লৈরম্বশিং অদুবুনা নোংমৈনা ধং-ধং খপচিল্লম্মী।

জেমসকী মনাক য়ৌরকপদা শ্বর থীংদুনা ৱানা লেনখি। শগোলনা মথক্তা নেৎলগা চৎখিবগী চৈনাদু রিচার্দসু য়াম্না ৱানা খাণ্ডখি। মখোয় অনী অশিবা শাদুনা মীৎকুপ অদুমদি নাহোকহৌরে। শগোল তোংবা লান্মীশিং অদু নোক নোক্লুনা আমেরিকান লান্মীশিং লোইনা শিরে খন্দুনা অমদি হিংহৌরিবা লান্মীশিংবুনা পরেং শানা লানবন তান্না পুখ্রে।

চীংয়া তময়া ওইনা তৌবা লমদমনি। কা হেন্না ৱাং চাউবা চীংশিংদি নত্তে। অহিং অদু অফংবা খর চা-থক্লুনা লোন্না লোন্না ৱারী শান্নে। মরক মরক্তসু নোকই। মমৈথংদা থাবলগী মণ্ডালনা তরুবা নৎত্রবসু নোং মংলবসু মণ্ডাল ফংবগুম হাইরপ্তি ঙানবা মণ্ডাল অদুদা অনীদু নম্নো অমমম পোরদুনা চীংয়া অদোমদা চঙশিল্লক্লে। তপ্ন-তপ্ন অসুম চঙশিল্লকপনা চীংয়া নাপোম অদু য়ৌবদা দস্পুরনা মতেক মতেক খারবা শঙশিং অমদি টেম্পররি বেরেক, ওফিস অমদি অতৈ শঙ কয়া মৈগী মণ্ডালগা লোয়ননা লৈরিবদু উখি। মখোয় অনী উজাও অমগী মরুমদা লোন্না ৱাতান্নে। মমৈদা খুৎলাই মতীক চানা পায়রবা অনীদু নম্নো অমমমগা নাকল অমমম্দা চীংশাং নাপোমদগী কুমথরক্লি। অহিং অদু ফনা থেঙজিল্লক্লে। জেমসনা অহানবদা খুৎলাই থন্দফম শঙ অদুগী গার্দ অদু মচীন মেনশিন্দুনা শোরিনা থীন্দুনা হাৎলে। নাকল অমদগী

চোংথোরকপা গার্দ অনী অমসু নমদুনা হাৎলে। অহাঙবা তাঞ্জা অদু য়েংলগা খুৎলাইশিং অদু তপ্প তপ্প চীংয়া অদুদা হুঙ্গৎ হন্দা পুথৎলে। চঙশিল্লকপা গার্দশিং মচীন মেনশিন্দুনা শোরিনা থিন থিন্দুনা হাৎলে। অসুম্না মখোল ইথোক থোক্তনা খুৎলাইশিং অদু ঙম্বমখৈ পুথোক্লবা হোৎনরি। শোমদনা রিচার্দনা অসুম কোয়থি থিরকপদা বন্দি লৈফম কা অদু থেংনরুরে। মহাক্লসু জেমসকুম্না গার্দ কয়া থাঙনা থিন্দুনা হাৎলে অমসুং মখোয়গী আমেরিকান বন্দিশিং অদুবু লৌথোক্লবা কন্না শীল্লক্লে। মমৈদদি বন্দি লোইনা পুথোরক্লে। মদুগী নিল খোংবদু তাবদগী টব্বার লাইট অদু লৈ লৈদুনা কাপ্পক্তুনা মরোল খঙদবা খোল্লাউদা লাউ খোংবা হৌরক্লে। লায়বক থীবদি নারক শীংলক্তা লোক্তুনা লৈরিবা বন্দিশিং অদু উখিবগুম তৌগ্রে। মফম খঙদনা বোম তোপ অমদি নোংমৈ কয়া কাপশিল্লক্লে। জেমসনা হান্না মাঙজৌননা শীল্লম্বা খুৎলাইশিং অদু শান্নদুনা আমেরিকান লান্মীশিং অদুনা ফিলিপিন্সশিং অদুগা অকনবা লান শোক্লরে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে। জেমসনা হোন্দোরকখিবা বোম টৌপ অমদি খুৎলাইশিং অদুনা ফিলিপিন্সকী কেম্পশিং থুগায়বা য়াবা থুগায়রে। আমেরিকান বন্দিশিং অদুসু ফনা ফজনা শিরে। থা মচেৎ শানা চীংনা কোয়শিনবা লম ওইৎবনা আমেরিকানশিং অদুগীদি খুদোং চাবা মফম ওইখ্রে। মতম অদু কোম অমদা থৌ ব্রা ইশা শাদনা জেমস অমসুং রিচার্দনা করিগুম্বা ব্রার প্লেনশিং নৎত্রগা হেলিকোপ্তর শোয়দনা লাক্কনি মতম অদুদা ঐখোয়না মায় পাক্লবদি থুনমক য়ুমদা হল্লগনি। মতমদুদা ঐনা নুংশিজবী জুলিগা উনদুনা লুহোংনবা শেম শাগনি অদুগা নঙনা নঙগী চান্নরবী নুপী সোফিয়াগা অমসুং নচানুপা নুংশিজরবা অদুগা শোয়দনা উন্নরগনি। ব্রাখল অদুগী মোন্দ্রংদা অনীদু হাইরপ নোকমিন্নে। মীকুপ অদুদা নাকল নাম্মতগী ওইবা কাপ্পা অমদি পোকখায়বগী খোঞ্জেল তারকপগুম তৌখি। অনীদুনা ঙক্লা য়েংলুবদদি আমেরিকান লান্মীশিং ঙম্নমক শিরম্নে। হৌজিক্তি ফিভম অদুদা খুৎ লেপ্পদি য়াদবনিনা ঙসাই অহিংদগী জেমসনা ব্রায়রনচিংবা কয়া তিংদুনা উখোঙ খর লাপ্তক লাপ্তক্লা খিল্লিবা মরু থল্লবা নোংমৈশিং অমদি ফনা শাংনা রাউন্দ চাউনা শেল্লবা নোংমৈশিং অদুগী ত্রেগরদা ব্রয়ার পুল্লীবা অদু মখোয় অনীনা নাকল অমদা ফম্না ফম্না খপ্পা হৌরকই। ঙসাইগী ফিলিপিন্সিং অদুনা মখোয়না ঙম্নবোই খনখিবদু য়েক্লবা প্লেটুন অমা লাকপগা চপ মান্নখ্রে। মখোয় মফম খঙদনা ঙাওদুনা চেন্নরে। থা মচেৎ শানা কোয়রিবা চীংশাংশিং অদুগী উখা কয়াদা শেমদুনা

থল্লিবা নোংমৈশিংনা মায়কৈ অহুমদগী খপ্পদা ফিলিপিন্সিশিং ঙম্না তুহনখ্রবনি। মমৈদদি থৌনা ফরবা, হৈ-শিংলবা অনীদুগী প্লান্দু মরু লোইথোকখিবনা অরেম্বা তারক্কদৌরে। মরম অদুদগী রিচার্দ অমসুং জেমসনা নাকল নাকলদা চৎনদুনা মরুশিং অদু হাপ্পননা হোৎনরকই। অদুবু খোঙথাং মঙা তরাদং জেমসনা গুলি ময়োম অদুগা চৎলুবদদি খঙহৌদনা কাপ্পকপা ফিলিপিন্সকী মরুনা পান্দুনা তুথখ্রে। রিচার্দনা চেনশিল্লক্লুনা জেমসপু কোনখৎখি। মতম অদু নোংঙাল্লকপগা লোয়নননা আমেরিকান হেলিকোপ্তর মরী মঙা থুংলদুনা ফিলিপিন্সগী কেম্পশিং অদুদা বোম থাধখ্রে। চীংয়াদা লৈবা সমুদ্র মপানগী তম্পাক অদুদা লৈরিবা কেম্প অদু ফনা ফজনা কায়খ্রে। রিচার্দ অমদি শোক্লবা জেমস নোক্লক্রে। মতাং অদুদা রিচার্দনা মখোয় ময়ুমদা শোয়দনা হল্লগনি অমসুং মখোয়না নীংনরিবশিং শোয়দনা থুংনরগনি হায়দুনা জেমসতা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকই অদুবু জেমসতি হৌগৎপা ঙমখিদ্রে। মবুক্তা পাল্লিবা গুলিশিং অদুগী মখুন্দগী তারকপা ঈশিং মখুৎনা কন্না মেনশিল্লগা রিচার্দলোমদা ওনশিল্লকই- "ভায় জুলি লাক্লে। মহাক য়াম্না কেনা হবাওনা লাক্লি, ঐ মহাক্না লোয়নননা ব্বারী শানরগনি। ঐ মাগা শোয়দনা লুহোংলগনি।" অসুম্না ঙাওলল্লগা জেমস নোক্লকখি।

তাঞ্জা অদুদা হেলিকোপ্টরদগী রোপ লেদর থাদরক্লুনা থুনমক কারক্লবা লাউথরকই। রিচার্দনা জেমস য়েংলগা লেদর অদুদা কাখৎনবা হায়রম্মী। জেমসনা মোমোন নোক্না "নঙদি নঙগী সোফিয়া অমদি নুংশিরবা নচানুপাগা উন্নরুরো, ঐদি ফিলিপিন্সকী লানফম অসিগী চীংশাং পরেং অসিদা অসুম লৈহৌরগে" হায়দুনা রিচার্দপু বীদায় তৌরকই। শোল্লবা শোক্লবা হকচাং অদু উবদা রিচার্দ উপাই লৈতে অদুবু চৎননবা মতম অদু থুরবনা মহাক থুনমক মফম অদু থাদোক্লম্নবা লাউরক্লবদা তঙাইফদনা রিচার্দ লেদর অদুদা কাখৎলক্লে। জেমস মশাদি লেঙঙমদনা মপুক্তগী চেন্থরক্লিবা ঈ অদু মখুৎনা মেনশিল্লন্নদগী তপ্না থাদোক্লুনা রিচার্দ অমদি আমেরিকান হেলিকোপ্টরশিং অদুদা তোংলিবা লাম্মীশিং অদুদা মোমোন্নদুনা মখুৎ হাইরল্লগা তপ্না হিপথখি।

*)*(*

# নুপী কৌবদা থিখ্রোই

উতমগী মরুপ থোইথোইদু এদুকেসন ওফিসকী সাইন্স সুপরভাইজরনি। উতমদি বি এ পাস তৌজরবসু সরকারগী থবক ফংদ্রি, ফংননবা মচাক মথুমসু লৈত্রিবনি। মমা লুখ্রাবী কৈথেল লুকমায় পানবীনা য়োকপনি। মনাও নুপা অমনা কলেজ তন্নি অদুগা মচন নুপীদুনা হায়স্কুল তন্নি। মচন অমসুং মনাওবু লুনা তৌজবা উতম্মা অনী অদুগী মহৈ মশিং তম্বগী অমসুং মমানা পুরিবা য়ুমগী পোৎলুম অদুগী মতেংগীদমক্তা ফর্নিচর ব্রার্কসোপ অমদা উ শুবা য়াওদুনা হিংজরিবনি। মশক মতৌ চুং-ফিরাল চানা, ভৌনা রাশি লৈনা ফজবা পাখঙ উতম্বু মমান্নবা কয়ানা লোয়ননীংই, নুংশিবী। মরুপ থোইথোইনসু মরক মরক্তা মাগী য়ামাহদা হাপ্তুনা কোয়বা পুবী। অদুবু উতমদি সরকারগী সার্ভিস তৌবা নত্তবা হুমাংমন্না হিংবা ওইবনা মতমদি কয়া শংজদে। ঙসিদি থোইথোইনা মাবু য়ামাহদা হাপ্তুনা ক্লাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাইরোমদা পুরকই। মদুমক্তি থোইথোইনা মাগা নুংশিনজবী তোমথীন ওইনা শকহেনবী শরিতাবু উন্নবগী প্রোগ্রমাগীদমক্তনি। লৈকাই অদুগী মখোয়গী মরুপ ধনাসু ভাইদুনা লৈরম্মী। মখোয় অহুম লম্বী ময়াগী পান দুকান অমদা ব্রারী তৌনদুনা বিস্কুট লৈরগা য়েন্নদুনা চারগা লৈরিঙৈ শকহেনবী শরিতা অমদি মমান্নবী দশু খোঙথাং তপ্না থোরক্লে। লম্বী ময়াগী চা হোটেল অদুদা মখোয় মঙা ফম্মিন্নদুনা নোক্লা খেনা ব্রারী শাদুনা চা বোরা চামিন্নরি। শরিতানা উতম্বু কনানো খঙদে, হংসু হংলুদে। থোইথোইগা লাকমিন্নবদি অনীরক অহুম্লক শুরে। মাগী ব্রা কয়া ভাঙগন্দবা, মোং হাদবা মতৌনা ময়ামগী মতুং ইন্দুনা চম্না য়াওজরিবা মতৌ অদুদা শরিতানা উতম্বু কনানো খঙনীংখি। মসি ওইদুনসু মতম অদুগী ব্রারীদি মপুং ওইনা থোইথোই অমদি মাগী ব্রারীনি।

ঙসিদি শরিতানা লৈকাইগী মবুং ধনদা থোইথোইগী মরমদা ৱারী শানরম্নদগী হৈ-শিংনা থোইথোইগা মরক মরক্তা লোয়নরম্লিবা মশক মতৌ ফজরবা ঈং তপ্লবা পাখং অদুবু খঙনীংনা হংজরকখি।

- থোইথোইগা তত্তনা লোয়নরক্লিবা নুপাদুবু কনানো?
- উতম কৌই, য়াম্না চম্না মীনিদা।
- ৱা লাংসু কয়া ঙাঙদে, মাগী মতৌদুদা চম্না নুংশিবা অমসু পোকই তাধনা।
- ওহ্বোকপনিহৈ মঙোন্দা অমুক নুংশিরক্তোইরা? নখোয় ইনাক খুনবী নুপী জাৎসিদি নমিৎ য়ামখ্রেহৈ।
- মিৎ য়াম্নগী ৱা নত্তেদা। থোইথোইগী মরমদা অরোন অথুপ খর হংদবা য়াদ্রে। থোইথোইসে মমিৎ য়াম্নগী মতৌ তৌই। অদুনা চিক্লা নোংমতং তাধনাখোয় য়ুমদরা কৈনো অমুক্তা ফম্মিন্নবা শীনবীয়ুবা।
- খঙদেকো, নঙগীসি উতম্মু নুংশিরকপা মাল্লিকো।
- নত্তে হায়মী তা ধনা। মহাক্কী অচম্না মতৌদুদা থোইথোইগী মরমদা খঙনীংবা কয়া হংবদা শোয়দনা হায়দোরক্কদৌবা মাল্লি। থোইথোই মশাদদি করম্না হংলুগনি।
- খঙঙে খঙঙে ইবেম্মা, নঙগী অপাম্বা অনীংবদুতা থুংহন্নবা তৌরগেকো।

অসুম্না মতুং হুম্নি শুবদা ধনাদু উতম উন্ননবগীদমক্তা শগোলবন্দ তম্লকই। তান চাবা হায়গদ্রা থবক চিঞ্জখ্রবা উতমদু হেক উন্নরে। শরিতাগী ৱারী পুম্নমক অদু তম্লবদা উতম্না মহাক্তি উন্ননীংদে, অরোন অথুপ লৈরবসু মশা মশা ৱারী শানহনবনা ফগনি হায়দুনা ধনাদা হায়জখি। অদুবু ধনানা মাগী মায় অমুক্তদি য়েংউ, মানা উতম্মু শোয়দনা পুরক্কুনা উন্নহনগনি হায়জিল্লুরে হায়দুনা প্রেসর পীরকখি। উতম্না মকোক হোৎলদুনা তনখ্রেদা ভায় নঙ অসিমা হায়দুনা ৱাখল ঙাইহাক তৌরবা মতুংদা তঙাইফদবদগী হংচিৎ নুমিদাংৱাই নখোয়দা লাক্লগে হায়দুনা হায়নরে। ধনাদু হরাওনা মাগী সাইকলদু থৌরগা লাকখি।

ধনাগী চম্লবা কা অদুগী টেবলগী নাক য়েত্তা চৌক্রি অমমম্দা শরিতা অমদি উতমদু ফম্লি।

- তামোবু করি থবক তৌবীরিবগে?
- ঐদি লায়রবনিনা হিংনবগীদমক ফর্নিচর ৱার্কসোপ অমদা য়াওজদুনা থবক

শুজবনি, উ শুবনি।

- নুপী অঙাং লৈবীদ্রিবো?
- ঐদি নুপী অঙাং থিগে খঞ্জদ্রি। থিবা তারবসু ইনাও অসিগা ইচল অসিগা মওং অমমম্তং তাহল্লল্লগা কোন্নগী কোন্না থোক্লবা অমা লাক্লনি খল্লি।
- এ, নুপা ওইনা পোক্লগা। ইনাওগীসু ইনাওগীনি, ইচলগীসু ইচলগী থোকপা মাইনা লাকচনি। মী ওইনা পোক্লবনা মতম চানা য়ুম পানবদি ফবনি।
- অদুনবু কোন্ন-কোন্নগী হায়জরিবসিনি। হৌজিক কালসিদি নুপীবু থিখ্রবদি নুপীগী য়াকাদা মচিন মনাও, মমা মপা কয়াবু মীবাইবগী থৌদোক কয়াগী শক্তম সমাজদা ঙসি ঙসি তত্তনা থোক্লি। লিলা, দ্রামা, সিনোমদসু তত্তনা উনরিবদুনি।
- য়াম্মা ফজবা আইদিয়ানি অদুবু নুপী খুদিংমক্লা নুংশিনজরবা ইমুং পূম্ববু থুগায়বদি নত্তেদা, মদুদি কদাজিৎনি। চিকোন নাওকোনবা হৈবী অফবী নুপী কয়া লৈতবা নত্তে।
- মদু অতাংবনি। অমরোমদা অফবী নুপী ফনা ওইরবসু নুপানা নুপীবু থিখ্রবদি মওং অমা তৌরকপদি শোয়দ্রবনি। মরম অদুনা অল্পাবা মশক খঙলবা ঐনা ব্রারবা ইনাওশিং অসিগী মওং তানবা শেল্লম্বদি পাল্লি।
- নঙগী উ শুবগী থবক অদুনবু মদু ঙমগদৌরিব্রনে? হায়বদি কনাগীসু মতেং য়াওদনা।
- অঙন্বা শক্তিনা হোৎনবা তারেদনা।
- অদুদি ঐগী লুহোংবগী উপু কাংথোল নঙোনদা চলহনবা তারেদনা।
- নত্তে নত্তে, ঐদি মপু অমগী মখাদা থবক শুজবনি। ঐখোয়গী ব্রার্কসোপ অদুগী মপু অদুদা এঙ্গেজ তৌবীরবদি ঐগীসু অঙন্বা মতেং পাংজগনি।
- ঐগী লুহোংবদা করিমতা পাংবদি ঙম্লরোইদ্রা?
- মরুপ থোইথোইগী মায় য়েংজদুনা অঙন্বা খরদং পাংনবা হোৎনজগে।
- মরুপকী মায় য়েংদুনা নত্তে, ঐগী য়েংদুনা হায়বীয়ু।

মতাং অদুমক্তা ধনাদু চাগা ওমলেটকা পুরগা চঙলকই। উতমগী ব্রাহৈদু নাকল অমদা পুথোক্লগা ধনানা চৎকে তৌবদু কন্না খামদুনা মাগীসু চাগা ওমলেটকা পুরক্তুনা ফম্মিন্নদুনা নোক খেনা ব্রারী শান্নদুনা অহুমদু চামিন থকমিন্নখি। অহুমদুগী ব্রারীদু চমখি

অদুবু অর্থ লৈখি।

ঙসিদি শরিতাগী থম্মোয়দু য়াম্না খোইরাং খোইশাওনে। তৌফম খঙদে। মসিমক্তি নুমিদাংৱাইরম অদুদা থোইথোইনা লাকপদা উতম নত্তবা অতোপ্পা নুপা অমা লোয়নরকপা অদুদগীনি। ৱারী ৱাতাই কয়া শান্নে, অহাওবা অচা অথক কয়া চামিন্নখি। মসি ওইদুনসু শরিতাগী ৱাখল ইঙাও ঙাওই, ইতাও তাওই মেন ইতা তাখিদে।

ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা ঙসিদি মাগী কাইনেটিক হোন্দা ইহ্রোক্তুনা হেলমেট উপশিল্লে, নানবা য়াবমখৈ নাল্লে খল্লগা মতারোই দশুগা লোয়ননা নুমিদাংৱাইরম অদুদা ককঙাওনরবী শরিতানা শগোলবন্দ মায়কৈ তল্লকই। ধনানা তাকপা লম্বী অদুদা থিজদুনা গাড়ি অদু উতমগী ময়ুম তম্না থৌজিল্লকই। মতমদু উতমগী য়ুমদা মচলনুপীখক্তং লৈরম্মী। শরিতানা লৈশাবী অদুদা য়ুমসিবু তাম্মো উতমগী য়ুম্না হায়না হংলুবদা শোয়দ্রে হায়বা খঙলে। অদুগা লৈশাবী অদুনা উতমগী মচলনি হায়বসু খঙবা ঙল্লে। মমিংনা শুশিলা কৌই। অদুবু উন্ননীংবা মীশক অদুদি থবক শুবা চংখিরল্লে। থবক চিল্লবদি মহাক্তি নুমিদাংফাওবা শুই হায়রি। শরিতানা শুশিলাবু য়াম্না নুংশিনা খোন্না ঙাঙ শকপদুদা মতারোইগী থম্মোয় খঙলবী দশুনা- " মমাঙঙৈগী থোইবীগা খমনুগা শকখঙ মায়খঙনবগা পাংখক ওইরে" হায়না হায়দোরকপদগী অহুমদু নোকমিন্নখি। অনীদা থোরক্লে। অদুবু শুশিলাগী মনাকোংদা দশুনা হায়খিবা ৱাহৈ অদুনা খোঙ্গাং অমদি য়ৈহৌরি। মরমদি মাগী মবুংদি নুপী অঙাংগী ৱাখল লৈতবা মীশক্লি, করম্না ফজরবী নুপী অমনা থিরক্লিবা অদুগা অমরোমদা নুপী অদুগী মতারোই অদুনা হায়রম্বা ৱাহৈদ্রুগী অর্থনা করি ওইফম থোকপগে অসিনি।

পাউ অদুমক মথংগী অয়ুক্তা শুশিলানা মবুংদা তমজে। অদুবু মবুংনা মাগী তামো থোইথোইগা নুংশিনজবনি চুম্না অসুম চঙলকপা ওইরমগনি হায়দুনা ইরায় লায়না খুমদোরকখি। অদুবু উতম মাগী মথম্মোয়দসু চরাংনবা অমনদি ঙাওহন্দবা, নুংনাংহন্দবা নত্তে। অদুগা মচল অদুনসু মবুংগী পাউখুম অদুদা পেনখিদে।

থম্মোয় নিংঙাই অমনা ককঙাওনরিঙৈ মতম অদুদা থোইথোইদু লাক্তুনা হায়রৈ।

- শরিতাসে নাপল অমা তৌগ্রে, অহেনবা অমা লৈগ্রমাল্লে। মতমসিগী শক ফজবী ইনাক কৈরাক খুনবী নুপীশিংসে মমীৎ য়াম্বা ৱাখল য়াম্বা মতৌ লৈবসিদা য়াম্না পেল্দ্রে।

খুদক্তা নুপী অমা লুহোংদুনা নুপীসে মথন্তা নত্তে খণ্ডহনগনি।

- নওগা অদুক নুংশিনরগা পুশিনবা ওমদ্রবা নওসু অওকপনি।

মসি হায়বা নত্তনা উতমগী থোইদোকপা হায়নীংঙাই লৈখিদ্রে। থোইথোইদু করি করিনো মথোঙ খওদবা ব্রা খর ঙাংলম্লগা প্রপ প্রপ অদুম্মক চৎখ্রে।

খর লৈরগা থোইথোইদু নুপী অমা চেল্লে হায়দুনা লুহোংবগী বার্তন য়ৌরকখি। উতমসু লুহোংবা চৎলুই নুপীদু অদুম্মক চংনবা য়ানা ফজে। শরিতাগা মরী লৈনা লৈননা কোয়খিবা নুপীনি। শারিতাসু পাউ অদু তাদবা নত্তে। মসি পূম্নমক মাগী নুংশি লম্বীদা য়াইফরবনি হায়বসি মহাক্কী খঞ্জবা ব্রাখল ওইখ্রে। মহাক্কা থোইথোইগী মমিৎ য়াম্বগী মতৌ মাঙজৌননা খওখিবনি। মরম অদুদগী মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখিবদা মমৈদা মায় পাকখিবনি। হৌজিক্তি উতমবু উনীংবনা হেন্না লাংতক্লহল্লে। মরম অদুদগী মাগী তাধনদা উতমগা অমুক্তা উন্নহল্লু হায়না পিগী ঈরা চেন্না হায়জরকখি। মদু য়ৌরবদুদদি ধনাদু উপাই লৈত্রদুনা উতম উন্নবা লাক্লে। মতমদুমক্তি উতমদু মমা নাবদগী চখোক্তনা লৈবা মতম্লি। মরম অদুনা পৈশা নুংশাগী, চান থক্লবগী মথা শাবা মতম ওইখিবনা ধনানা ফনা হায়জরবসু শরিতাগা উন্নবা ঙম্লোইদৌরে হায়না শরিতাদা পাউ হন্দোক্লরে। শরিতাগী ব্রাখল তয়াং তশোইনৈ। তশেংনমক উতম্না মাগীদমক্তা করিমতা খল্লমদবা, নুংশিরমদবদি ওইরোইদবা মতৌনি হায়বসি মহাক্লা নোংমা ধনাগী য়ুমদা উতমগা উন্নদুনা ব্রারী শান্নখিবদা হায়ফেৎ খওখিবনি। লমহেনবী তৌওম্বীসু তাজরসনু, ব্রাখল অসিনা মাঙওইননা ঙসিদি য়াম্না কেনা মাগী কাইনেটিক হোন্দা অদুদা মতারোই দশুগা লোয়ননা উতমগী য়ুম তান্না থৌরক্লে।

উতমগী য়ুম হেক য়ৌবদা উতমগী মচল শুশিলাগা হান্না মায়োক্লে। ব্রারী খর শান্নরবা মতুংদা শরিতা অমসুং দশুবু মমা অনাবীনা হিপ্লিবা কা অদুদা পুশিল্লকই। মদুমক শুশিলানা মবুংগা উন্ননবা থওইনা শীল্লকপনি। মোৎলবা কা অদুদা শানানবী শরিতা অমসুং দশুবু খওহৌদনা মচল নুপীনা পুশিন্দুনা চংলকপা মতৌ অদুদা উতমদু তৌফম খওদনা মুন্না য়েংদুনা লৈখ্রে। ইকাই ইকাই কৌরকই উতম্না-

- শরিতা, দশু নখোয় অনীনা লাকপসি ঐদি মঙগুম্না থোক্লেহে।
- মঙ নত্তে তায়বঙনি। ইমাবু কয়াম কন্না ঙমদবনো?
- য়াম্না কা হেন্না কনবদি নত্তেদা। মশাগা খর শোনবা অসিদা লায়না অমনা

নারকপদা হেন্না শোল্লকপনি।

মচা পাখং অদুগী খঙনা চান্নবনি হায়দুনা ফজগ্রবী লক্সমী সরস্বতী মতৌগুম্বী নুজা অনীনা মাগী ফম্মাঙ অদুদা অনাবা হংবা লাক্লিবনি হায়দুনা মোরা অমমম্দা ফম্নরিবা মতৌ অদুদা মথম্মোয়দু পেন্না নুংঙাইজরবী মমা ইবেম্মা অদুনা লৈশাবী অনীদুগা তপ্পপ্না ব্রাহং পাউহংনদুনা নুংঙাইজরি। ব্রা খঙবী মচল শুশিলানা চা লোল্লত্তুনা ময়ামদো শকখঙ মায়খঙননা য়া-য়া নোক্তুনা চাদু থকমিন্নখি। মতুংদা শকহেনবী শরিতানা চামঙা চংপী অনীখক মাগী বেক্তুদগী শত্তোক্লগা হায়রকই-

- সে, ইমানা চানীংবা অমা লৈরগা চাবীয়ু।
- এ!এ! (উতম্মা পাখৎনা) করিগী পৈশানো পীরুনু পীরুনু।
- করিনোহে অঙাওবা (মমানা নোকমি নোকমি) ইচা ইবেম্মনা অসুক নুংশিনা পীজরিবসিবু। ইচানা পীরিবা পৈশাসিনা চানীংবা অমা লৈদুনা চারগা ঐগী অনাবসে ফগদৌরিবনিনে অঙাওবা নঙবো।
- অদুনিকো ইমা (শরিতানা নোক্লদুনা) মানা হেক খঙদি খঙদনা। ইমা নাবা ফরোকো।

শরিতা, দশু মথ্বায় নুংঙাইনা কাদগী মপান থোকখি। উপাই লৈত্রবা উতম কাইনেটিক হোন্দা তোংদুনা চংখ্রিবী অনীদুবু য়েংলদুনা শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

ঙসিদি শরিতাগী অকনবা পাউজেন্দগী ধনাগী কাদা অমুক ফম্মিন্নরে। পিরাং পিরোইননা শরিতানা, মপানা মাবু ইঞ্জিনিয়ার অমদা থাজগ্রে, মহাক্কী ব্রাখল ইয়েং য়েংবীদে। মহাকপু কদাইদনো অমা পুবীরো হায়দুনা উতমদা কন্না ভকশিল্লকই। উতম্মা মহাক্তি লায়রবনি, উ শুবনি শরিতাগুম্বগা লম্বা পাবা মতীক চাজদে মপাইবুংঙোগী য়াথং ইনবনা ফগনি হায়দুনা উপাই লৈত্রবা মতৌ উৎলকই। অদুবু শরিতানা মতম কয়াগী মমাঙদগী উতমগী ব্রাখলদা ঙাওজরকপা, মহাক্তগী অশানা থোইথোইবু ইম্বোকখিবা অমসুং মাবুতা লাইনীং ওইদুনা লৈজরকপা পূম্বা পিরাং পিরোইননা হায়জরকপগা লোয়ননা উতমগা লৈমিন্নবা ফংদ্রবদি হূ চাদুনা শিজগনি হায়না উতমদা অকনবা শাফু পীরক্লে। মতৌ অদুদা উতম্মা- মদুগুম্বা থবক অদুদি সাইকিয়াত্রিক লৈবা মীওইতনা তৌগদবা থবক্লি, লাইরিক লাইশু হৈরবী শকহেনবী অমগী ব্রাখল ওইফম থোক্তে, মদু লাইরিক লাইশু খঙদবগী থবক্লি, হায়না কন্না ঙাংনরিঙে তাঞ্জা অদুদা

ধনাগী য়ুম অদুগী মাঙ্গোলদা শরিতাগী মপানা কৌরকপা অমদি হংলকপদু অনীদুনা অখি। শরিতানা পাখৎনা উতমবু মনীংথোঙলোমদা থোকখ্রো কোন্না অমুক উন্নসি হায়জরকই। মতাং অদুদা উতম্মা মখুৎ লোন্নরদুনা - ঐখোয় অনী অমুক উন্নরগুমসি, নহাক নপাবুংগী য়াথং ডাকখো, ঐবু ব্রারৌগনু হায়রম্লগা মাঙথোকখ্রে।

শরিতাগা উন্নখিদবা থা অমরোম ফাররুবা মতুংদা উতম্মা মাঙ্গোলদা মচল নুপীবু লাইরিক তাক্লিঙৈ ধনাদু মমায় ইমক মকশিন্না চঙলকখি। উতম্মা হাইফেৎ চঙরুনা য়েংলিঙৈ হায়রকই, ''শবিতা হূ থক্তুনা শিরম্লে।'' পাউ অদু তাবদা মচল শুশিলানা ''তামো নঙগী থম্মোয় নূংদগীসু হেন্না কল্লি'' হায়দুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে। নীংঙমদবগী অকনবা শাফু ঈহৌরক্তুনা মিৎস্রাদু থল্লকতুনা লৈমায়দা পোক পোপ তারক্লে। মতাং অদুদা ধন্ননসু- ''অশেংবনি শুশিলা, নখোয় তাম্মোগী থম্মোয় নূংদগীসু হেন্না কল্লি।'' হায়না শুৎ-শুৎ কপ্লি। উতমদু মমিত্তগী পিরাংদু তপ্না তৈথোকচরবসু চেষ্টরকপদদি লেপ্তে। মথন্ত শোঞ্জরকখি - ''ঐ মপোক অসিমগী নুপী কৌবদা থিগ্লরোই।''

*)*(*

# ছাত্র ছাত্রি ওইরিবঙদা নুংশি নুংওন

বি.এ. সেকেন্দ ইয়ার তম্লীবা রবিনা খুলোন্নবা লৈকাইদা লৈরিবী মেত্রিক পরিক্ষা অনিরক ফেল ওইবদগী লাইরিক তম্বা তোক্লবী সুনিবু ঙসিসু অদুমক নুংশিরি, মখোয় অনী ক্লাস টেন তম্লীঙৈদগী খঙনরকপনি, নুংশিনরকপনি, সুনিনসু রবিবু পুন্সিগী ওইনা খন্না নুংশিখিবনা মরক মরক্তা মখোয় অনী অদুম উন্নদুনা নুংশি নুংওলগী ব্রারী কয়া তৌনৈ। নোংমা ফাদোকসু কুম্মৈ ফিয়োং অমদি ফিল্ম য়েংমিন্নৈ। অনী অদুগী মতম কুইরবা নুংশিবা অদু মীওই ফনা য়াম্বনা খঙনবসু ওইরবনি।

সুনিগী ইমুং মনুংসু মপুবোক অদুনা কেন্সরনা নারকপদগী লায়েংদবা য়াদ্দুনা মপা শিতলনা মমা রুহিনিগা তান্নদুনা লৈজবা লম্ফেলগী লৌ লৌরাক অদুমা য়োদ্দোকতুনা লয়েংখৈ লায়েংলুরগা লৈখিদ্রবদগী অসুম অসুম ব্রাথরক্লে। মপা ইবুংঙো অদুনা উ শুবগী থবক তৌবদুনা ইমুং পুবা ঙমদবদগী মমা ইবেম্মা রুহিনিনা তেরা বজারদা লুকমাই পান্দুনা য়েন্সাং নাপী য়োন্দুনা ইমুংগী মতেং ওইনরি। সুনিগী মনাও রতনদি লাইরিক লাইশুদা থব্রায় য়াওবনা হৌজিকসু লাইরিক তম্লি। সুনিদু মতম লেনবা ওইনা ইম্বোইদরিদা য়াওদুনা মতেং মতেং ওইনা পৈশা খর খরদি তাঞ্জরি। করিগুম্বা মতমদা রবিনা সুনিদগী পৈশা পুবা য়াওই। রবিনসু শিংজবনি অদুবু শুনিনা লৌ হায়বা য়াদবদগী খুদোল ওইনা ফুরিৎ অমদি অতে লৈদুনা খুদোল তমজে। সুনিনসু রবিগীদমক্তা ফজরবা খোঙ্গ্রাও ফি অমগা অঙৌবা ফুরিৎ ফি অমগা পিজে।

- পাবুংনা ঐহাকপু ইঞ্জিনিয়ার ওফিস্তা ক্লাক ওইবা খুরাই সলানথোংদগী নুপা অমদা লুহোংনবা কন্না তকশিল্লক্লি।
- অদু কৈদৌরবা?
- অদু, ঐগী থব্রায় হকচাংদি নঙগীদমক্তা লেপখিবনা, ঐনা ঐদি লুহোংবা

ঙমখিরোই হায়না হায়জবদু পাবুংগা ইমাগনা তবিদ্রিবা মতৌ অসিদা.....।

- ঐদি বি.এ. অসি লোয়শন্দুনা থবক অমা তৌদ্রিফাওবদি য়ুম পানবদি ঙমখিরোই। মসি ঐগী অরেপ্পা ফিরেপ্পী।
- অদুদি নঙনা ঐবু নুংশিরিবসিদি, থুংননবা নত্তবা কায়ননবা ওইরব্রা?
- নত্তে, থুংননবনি, অদুবু হৌজিক ঐখোয়গী মতম ব্রাংলি, মতমদু য়ৌরগা লুহোংদুনা ঐখোয় অনী থুংনদুনা লৈমিন্নবদুনি ঐগী ব্রাখল।
- অদুনদি, নহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈ পুক্সিদুনা ঐবু পুদুনা চৎপা ঙম্নরোই হায়বনিদনা, মদুদি কায়ননবা নুংশিনবনি, নঙগী নুংশিবা অশেংবা নুংশিবা নত্তে।
- সুনি, নহাক অহল লমনগী য়াথং ইনবনা ফগদবা মাল্লে। লাইবক থিরবা ঐবু কাওথোকপনা নঙগী অমদি ইমুং মনুংগী তোংজগদবা মরম ওইবনা হৌখ্রবা নঙ ঐগী থৌদোক পুম্নমক্তু মতম অমগী মঙলান্নী খন্দোকপনা নঙগী য়াইফবা ওইরগদবা মাল্লে।
- মদুমক নঙগী নচিলদগী?
- তশেংবনি, সুনি ঐ নঙবু নুংশি অদুবু ঐগী লায়বক্তা নঙগী নুংশিবা তন্নমদ্রমাল্লে।
- তামো রবি.......।

অসুম্না সুনিদু পিরাংনা পুমথুম থুমহৎতুনা উপাই লৈতনা হিক হিক কপচখি। উপাই লৈত্রবা রবিদু ব্রাখল ফাথরগা লাইরিক পারি অদুবু মিৎমাংদা মাগী নুংশিজরবী সুনিগী মিৎলুদা পিরাংনা চোল্লবা মাইথোংদু লাইরিক অদুদা তৎতনা উরক্লি। লাইরিক পাঙমদ্রবা রবিনা মিৎলুদা ইরা চেন্দুনা ফমুংদা তপ্না হিপথজরগা নুংশি চৈনাদু খাংজখি।

ঙসিদি মপাবুং রনজিৎনা রবিবু অন্দর গ্রেজুয়েট ওজা লৌনবা ইন্টর্ভিয়ু অদু য়াওরুনবা হায়রকখি। মহাক্না মপাদা মহাক্তি গ্রেজুয়েসন অসি লোযরগা ইন্টর্ভিয়ু য়াওবা পাম্মী হায়বদু মপানা চংবু চংহৌরবদি হিপ্পসু চল্লকপনি য়াওদা য়াওদুনা লায়বক য়েংউ হায়বদগী য়াওবদা তাখ্রে। মতমদু রিটন টেসকা লৈত্রিঙৈ ওইবনা ইন্টর্ভিয়ু অদু ভিভা বোসিদা লৌগদবনি। তশেংনমক্তি মেরিৎকী য়াম্না দরকার ওইবা মতৌনি। নুমিৎ অদুদা লৌগদৌরিবা ওজাদি জুনিয়ার হায়স্কুলগী তরাদনি অদুবু মী চাম্মা য়াখ্খেমুক লাকখি। সেরিএলগী মতুং ইন্না ইন্টর্ভিয়ু পুং ১১ দগী হৌরকখি। নিংথমথাগী মতমগা ওইবগা মথং মথং অসুম চথরকপনা নুমিৎ তাশনখি, অদুবু লোয়গদবা কুইদ্রবদুদা

লোইশিল্লসি হায়দুনা ইন্সপেক্টর অদুনা হায়বদগী সেরিএল নম্বর ১৩০ দা তারিবা রবিদু মতম ঙাইদুনা লৈখি। মহাক্কী সেরিয়েল য়ৌরক্লদুনা ইন্টর্ভিয়ু বোর্ডকী মমাংদা চংলক্লবদা মহাক্তি হৌজিক হৌজিকমক বি.এ. গী ছাত্র ওইবনা মরি লৈনবা ৱাহং পুন্নমক্তা মাইথিবা ওইখিদ্রে। মতৌ অদুদা চিংনবরা স্কুল ইন্সপেক্টর অদুনা মাগী ৱাংলবা মেরিট অদুবু নমথনবা মরি লৈনদবা ৱাহং কয়া হংজন্দুনা নমথনবা হোৎনরগা থোকখ্রো য়ারনি হায়দুনা মাবু মেরিট ৱাৎপা মী অমগুম্না ইহোকপগুম তৌখ্রিবদুনা থম্মোয় চাক্লবা রবিদু পেন্দ্রদুনা মাগী নুংঙাইতবা ৱারী অদু লিননা মমান্নবা অনীগা ফনা থেংবা ফাওবা লৈথোক্লরে। মমৈদা মথৱায় ইপেন পেন্দনা এলেক্ট্রিকী মণ্ডালনা ফজনা ঙানবনা নাল্লবা লম্বী অদুদা অসুম সাইকল থৌরম্বদগী খোন যন্ত্রগী অহৌবা খোঞ্জেল্লক্তা কৈন্যা অমা পুথোরক্লুনা মারুটি কার অমদা চংখিগদৌবগী তৌরিবদু সাইকলদগী কুমথরগা য়াম্না মুন্না মমিৎ কুপ্তনা য়েংলুই। নিংথিজরবী কৈন্যা অদু অতৈ নত্তে মাগী থৱায় ওইনা খঞ্জরম্বী সুনিনি। সুনিগী লুহোংবগী নুমিৎ অদুগী ফজবা অদুবু য়াম্না থম্মোয় শোক্লা পেন্না মিৎ কুপ্তনা য়েংজখি। মমৈদা সুনিদু কার মনুং অদুদা ফমখ্রবা মতুংদা বেন পার্টিগী ধুম ধাম মরক্তা কার পরেং অদু থৌখ্রে, চৎখ্রে। সাইকলদু পাইরি কাওববা রবিনা চৎখ্রিবা ফজরবী কৈন্যা অদু অসুম য়েংলম্বদগী মমি শামখ্রবদা য়াম্না নীঙমদবা অমগা লোয়ননা বুধি চম্মননা ময়ুমদা থুংলরে। অপোকপী মমা ইবেম্মা অমদি মপা ইবুংঙোনা মচাগী ওল্লক্লিবা মতৌ অদুদা করি তৌরবনো হায়না কন্না তকখৎলকখি। রবিনা হুমাং কানা ইন্সপেক্টর অদুনা মাবু হৈতবা শাহন্দুনা ইহোকপগুম তৌরকপা মতৌ অদু য়াম্না পেনখিদে হায়না মমা মপাদা নীঙমদা মতৌদা নাকোইননা হায়জে। মপা মমানা অদুগীদমক্তা ৱাবা হৌনদে হায়না থেল্লবসু রবিদু চাক চাবদি ঙমখিদ্রে। ফমুং মথক্তা হিপ্থরক্লবা মতম অদুদা নুংশিজরবী সুনিনা "নঙগী ছাত্র ওইরিঙৈ পুক্সিনা নুংশিবা মাবু পুদনা চৎপা ঙমদ্রে" হায়বদু নিংশিংজৈ। মদুমক অচুম্বনি মহাক সুনিবু নুংশি, সুনিদা কল্লকচৈ অদুবু ছাত্র ওইরিবনা মাবু লুহোংবদি ঙমখিদবনি।

হৌজিক্তি বি.এ. ফাইনেল পরিক্ষা মতম ওইরে। মেরিত লৈবা ছাত্র ওইবনা সুনিগী ৱাখলদা ফুম্বংনরবা থম্মোয় অদুনা বি.এ. তদি পাস তৌদবা য়াদে হায়দুনা লাইরিক পাবা হৌরক্লে। বি.এ. পরিক্ষা হৌখ্রে। মমা মপাগী অকনবা চেকশিন থৌরাংলক্তা লাইরিক পাদুনা কন্না হোৎনদুনা পরিক্ষা অদু থাখ্রে। উচিন নাচিন্না পরিক্ষাদু

লোয়রে। মহৌশানা পাও লৌবা অমদি চংকন্দবা মতৌ ওইবনা ভসিদি সুনিগী ব্রাখলসু রবিনা খরা খরা কাওরক্নে।

শোমদনা সুনিগী মপুরোইবা অদু য়ু থকপা মী অমা ওইবতা নত্তনা ব্রাঙাং ব্রাতা হায়গৎপা মী অমা ওইরম্লে। সুনিবু নুংশিজরসু মাগী মরক মরক্তা য়ু চুম্না থকপদা নত্তনা ফরক তানা ভাওবগী মতৌ অদুনা সুনিগী অব্রাবা অমা ওইরে। অদুবু মব্রা ফৎতবা শিবা ভাই হায়দুনা সুনিদু অব্রাবা কোঙ্গাই খাংনা লেল্লকপনা মীরোল্লক্নে। মতমনা কনাবুসু ভাইবিদবনা সুনিগী গর্ভদগী অঙাং নুপী অমা পোক্নে। মপুরোইবা অদুনা য়ু থকচিল্লগা নুপী পোকই হায়দুনা মাবু চৈবতা নত্তনা তথি তথি তৌবিরে। ঈ নৌরিবা অঙাং অদু থা মরিরোম শুজল্লক্নে। মপুরোইবা অদুগী অঙাওবা লমচৎ অমদি মখোইগী লুহোংবদা শেন তোনবগা অমদি মপুরোইবা অদুগী মচল অমা লুহোংখিবদা শেল পুথবগনা ইমুংদু মহা য়ৌনা ব্রারক্নে। তোলোপ চাবা ইমুং ওইববসু শেল থৌবগী খৎনা লাওনবদা পুল্লাং লাংলে, তোলোপ মীগী ওইবগুমখ্রে। অদুগীসু মথক্তা মপুরোইবা অদুগী য়ু খুৎথক অদু হান্নদগী হেঞ্জল্লক্তুনা মদুগী ফরক তারকপা কয়াদা শেন্নবদা সুনিগী অব্রাবা খাঙল্লক্রে। অদুবু লাইবক্কীনি খন্না পিক্লিবা মচা অদুবু কোন্দুনা লক্লদুনা অব্রাবা কোকচরি। হৌজিক্তি ফত্রবা মপুরোইবা অদু লিভর পোমথোরকপদগী পৈশা কয়া চংনা তিংনা হোস্পিটালদা লায়েংলবা মতুংদা লৈখিদ্রে।

মপুরোইবগী পেন্সনগী ফংফম থোকপা পৈশা কয়ানা শেন্দোনশিং অদুদি শিংদোকখ্রে। অদুবু দাই এন্দ হারনেসতি সরকাবগী অথিংবা লৈখিবদগী ফনা ব্রানোমদুনসু মপুরোইবগী মহুৎ সুনিনা শিনবা য়াখিদ্রে। অদুবু য়াববুদি য়ারকখিনি হায়নরি। মতৌ অদুদা উপাই লৈত্রবা অমদি মহাক অমদি মচাবু ইমুং অদুদা লৈবা মীওইশিংনা মিৎয়েং ব্রাৎলকপদগী সুনিদু ভসিদি ময়ুম মপাম তেরাদা লৈননবা লাকখ্রে।

শোমদনা বি.এ. পাস তৌরবা রবিদু মপানা শান্তিনিকেসন য়ুনিভর্সিটি কোলকতাদা থাদুনা এম.এ. তম্লে। মশানা হেক থম্মোয় তাজবা য়ুনিভর্সিটি মখল অমা ওইবনা, ফজনা হোৎনবদগী এম.এ. ইংলিসি ফাস ক্লাস তৌরবদা রিজল্ট ভাইদুনা কোলকতাদা লেল্লিবা রবিবু কলেজ অমদা ওজা ওইননবা কৌরকপদগী কোলকতাদগী মণিপুরদা থোরক্নে। হৌজিক্তি কোলেজগী প্রোফেসর ওইনা মপানা শিন্দুনা জোইন তৌহনখ্রে। থা অমরোম চরাংননা মণিপুরগী ইম্ফালগী মখোয়গী লৈকাইদা লৈরিঙে

মতমদুদা সুনিদু মপুরোইবা শিখিবদগী পেন্সন চাদুনা মপাম তেরাদা লৈরে তারে। ঙসিদি প্রোফেসর ওইরবা পাখং রবিনা সুনিবু কন্না উন্নিনিংলক্লে। মরম অদুদগী সুনিখোইগী লৈকাই অদোমদা ইখৌ লাংনা মাগী পলসর অদু তোংদুনা লাক্লে। রবিগী মনেশিং থোকপা অমগী শিল লাংবা মতৌদগী রবিনা সুনিবু মনেশিং থোকপা অদুগী ইমুংদা উন্নজরে।

- ঐহাক হৌজিক্তি ছাত্র ওইদ্রে, ছাত্রদুবু তাকপা প্রোফেসর অমা ওইরবনিনা নঙবু ইমাং থাদুনা পুবা ঙম্লগনি।
- তামো রবি, ঐহাক ফরবসু ফত্রবসু অঙাং অমগী মমা ওইরবীনি
- মদু ওইরবসু, নঙনা ঐগীদমক্তা লেপ্লীবা ঙম্লবদি হৌজিকসু ঐ নঙগীদমক্তা লেপকনি।
- তামো রবি, ঐহাক্কী খুনাং চারবা থব্বায় হকচাং অসিবু চমজপ্রবা শেংলবা নঙোন্দা করম্না কৎকদৌরিবনো, অদুগুম্না ব্রাহং অদু ঐঙোন্দা অমুক হন্না হায়বিরগনু।

পিরাংগা লোয়ননা সুৎ সুৎ কপ্লিবা সুনিনা য়াররোইদবা ফিভমদা লৈখ্রে খঙলবা রবিনা মতম অমগী নুংশি শকওংদু কা হেন্না কাইদবা মতৌদা নিংথিরবী সুনিগী মিৎলু পিরাংনা চোল্লিবা মাইথোং অদুবু নুংশিনা য়েংলগা হায়রকখি।

- নহাক্লা, ঐনা হায়বা য়াদ্রবনিনা ঐঙোন্দগী নঙনা অপান্না অমতদি নিয়ুদনা?
- অদুদি শোয়দনা পিগনি হায়না ব্রাশকপিয়ু।
- ঐনা ভমগদবা ওইরবদি ঐনা ঈশ্বরবু পন্দুনা পিজগে হায়না ব্রাশকচরি।
- তামো!
- হায়য়ু সুনি, নঙনা ঐঙোন্দগী নিনিংলিবদু করিনো?
- ছাত্র ছাত্রী ওইরিঙৈদা নুংশি নুংঙন তৌগনু, নিংবা কাইবগী চৈথেং ফংগনি হায়বা পাড়া অসিমতং কোলেজগী ওজা অমা ওইনা ছাত্র ছাত্রীশিংদা লাইরিক তম্বীবদা য়াওবিয়ু অসিখক্তি ঐনা তামোদগী নিজগদবা।
- সুনি.......!

অসুম্না থম্মোয় শোকপ্রবা রবিদু সুনিনা হিক হিক চৈথেং ফংনা কপ্লিবা অদুদা থম্মোয় পেৎথরক্তুনা সুৎ সুৎ কপ্লক্লি, অনীদু কপমিন্নখি।

*)*(*

# নুংশিবগীদমক্তা ইখুংতগী মণি

**ইবোতোম্ব** থৌবাল নিংঙোম্বমদগী ডি.এম. কোলেজ ইম্ফালদা বি.এ.সি. তল্লিবা ছাত্র অমনি। মহাক থৌবালদগী কোলেজ তম্না হঙ্গৎ হন্দা বস্তা চৎচবনি। মফি রোল ফজনা নাল্লি, মশক মতৌ ফজে, ব্রা কয়া ঙাঙগন্দে, মীনা হঙলগতা অয়াম্বা খুম্বনা মাগী হৈনবীনি। অশংবা লবুক লম্মাং, চীংয়া তময়া, লৈকোলগী লৈরাংশিং কয়াবু পেন্না পেন্না য়েংজবনা মহাক্কী মথমোয়গী নুংঙাইজবনি। মহাক মমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি, মচল অমগসু লৈরি। মমাদুনা থৌবাল কৈথেলদা লুকমাই পান্দুনা অশং অমান য়োন্দুনা চাবনি। মচলদুসু স্কুল অমদা ক্লাস এলেভেন তল্লি। ঙসিসু মহৌশাগুম ইবোতোম্বনা মমাদগী বস তোংননবা ভরা খরা নিরগা মহৌশাগুম ইম্ফাল সহরদা লৈবা ডি এম কোলেজ তম্না লাক্লি। মাগী মিৎমাংদুদা ইরাপ লাপ্তনা মাগী ক্লাসকী ছাত্রী অনী, (তম্ফা অমদি বিনাতা) চৎলিবদু মানা লোন্না য়েংজৈ।

তম্ফা অমসুং বিনাতা অনীগী ফজবদি অমনা হেল্লি অমনা হেল্লি হায়বা য়াদবা খুৎফজা অমমম্নি। বিনাতানা তম্ফাদা হায়জৈ,

- মসিগী খুঙ্গং মচা ইবোতোম্বা হায়বসিনা ঐখোয়না চৎপদা তোয়না তোয়না হুরান হুরান য়েংলিবসিবু ঐখোয় অনীসিগী মরক্তা কনাবু পাম্বনোনে, নুংশিবনোনে, খঙনিংঙ্গ্রেদা?

তম্ফানা খুমলকই,

- হেরা শক ফজবনা চাবা য়াবা নত্তে, কান্নদবা ব্রারেম তৌরনু, চৎসি।

অসুম্না তম্ফানা চিংদুনা অনীদুনা থুরপ চৎখি। তশেংবদি বিনাতানা ইবোতোম্ববু নুংশি অমদি, নুংশিবদা খুঙ্গং সহর খাইনিংঙাই লৈতে, নুংশিবদি মিৎতাংবনি হায়নরিবনি খল্লি, অদুবু ক্লাস রুমদা ইবোতোম্বগী মিৎয়েং মঙোন্দগী লাপথোকই

অমসুং তম্ফাদা থম্মী হায়বসি বিনাতানা কোন্না খঙলকই। ক্লাস রুমদা ইবোতোম্বনা শকহেনবী অনীদুগী ফজবদা লোন্না লোন্না য়েংবদু উখিবদগী বিনাতানা মঙোন্দা ওইরবোই নিংলুদুনা মোমোন তৌরকখিবা কয়াদা ইবোতোম্বনা মমাই লৈথোকখিবা কয়া থেংনখি। মতুংদা তম্ফাবু য়েংবনি হায়বসি চপ চানা খঙলকখিবনি। অমরোমদা ইবোতোম্বনা লোন্না লোন্না য়েংলক্লীবা মিৎয়েংগা তম্ফাগী মিৎস্নাগী মিৎয়েংগা গম-গম কয়ারক থেংনবা য়াওখি। তম্ফাগী মরাল লৈজদ্রবা মপুক্লিং অদুদা মওল-মওল কয়ারক খঙ্জনখি।

তম্ফাদু বেঙ্গলোরদা বি টেক তম্লীবা ইঞ্জিনিয়ারিংগী ছাত্র উরিপোক্তগী বিরেনগা হৌজিক হৌজিক মরি লৈনরিবনি। তম্ফাসু য়াইস্কুলদা লৈবী ময়াই ওইরপ নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমগী নিংঙোলনি। মখোয় অনীদু তোয়না তোয়না চিঠি থান্নদুনা নুংশি লংলা অদু তৎনদ্রি। অদুবু খুঙ্গংগী শকহেনবা ইবোতোম্বনা মাগী থম্মোয়দা তৎতনা নিঙাই তৌরক্লিবা অদুদা নুংনাংবা পোক্লকই। মাগী মিৎয়েং অদুনা অসুম নিঙাই তৌরক্তুনা মখুৎতা পাইরিবা মণি অদু থাদোকখিবা তারব্রা চিংনরকপদগী ৱাখলদুদা ইবোতোম্ববু শাওনিংবা অমা ফাওরকখি।

নোংমদি তম্ফানা মসিদা চৈরগে মতাগুম্ন মতাইরোই বিনাতাগা মী খরা চিকপা জগা অমদা ইবোতোম্ববু ঙাইরকই। ইবোতোম্বদু তপলপ লাকপদুদা তম্ফানা খুৎ খৎতুনা খাম্লকই।

- ইবোতোম্বা, নঙনা তৌরিবসি করিনো, নঙগীসি মী উশিৎত্রিবা হায়দুরা?
- ঐনা করি অকাইবা তৌখ্রবগে তম্ফা?
- নঙনা ঐবু তোয়না তোয়না হুরান হুরান য়েংলিবদুবু নঙনা ঐবু ঙমগনি খল্লিব্রা?
- নত্তে, নত্তে ঐদি লৈকোলগী ফজবা লৈরাং য়েংজবগুম্বনি।
- লৈকোলগী লৈরাংগা ঐগা প্রমান তৌবা য়াবা নত্তে, ঐগীসু বোই ফ্রেন্দ লৈ, নঙগুম্না খুঙ্গংদা পোকপগা সহরদা পোকপা ঐগা খেৎনবা য়াম্না লৈ। মতুংদা ঐঙোন্দা লোন্না লোন্না য়েংলক্লবদি নঙগী অফবা ওইরোই। নঙগুম্বনা ঐগুম্বী অমা ফংলনি হায়বদুদি মঙদা ফাওবা নিংলুগনু।

ইবোতোম্বদু মমাইমক্তা তম্ফনা খুবাক্লা থাবগা পাংখক ওইনা খাঙমদনা লূ লুরক্লা লেপ্তুনা লৈহৌই। শাওরবা তম্ফানা বিনাতাবু মখুৎ অদুনা চিংদুনা অনীদু চৎমিন্নখি।

ককণ্ডাওনরবা ইবোতোম্বনা খল্লুরকখি মদুদি, 'সহর অমদি খুঙ্গংগী মরক্তা লৈরিবা মীওইবা কয়াগী মরক্তা খেন্নবা মওং খরদি অদুম মরৈ চুম্মী। অদুবু মাগুম্মী অমা ফংগনি হায়বদুদি মঙদা ফাওবা নিংলুগনু হায়বা ব্রাফমদুদি খরা কনমল্লি, ঐ, মাবুতা নত্তনা সহরগী শকহেনবী অমতবুসু য়েংশ্রুগুমসিরা খল্লে,' অসুম্না ফুম্বংনরবা ব্রাখলগা লোয়ননা চংদা য়াদা ক্লাস রুম তন্না চংখি।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবিদনা অসুম হৌজিনখিবনা বি.এ.সি. ফাইনেল পরিক্ষা কুইশিল্লক্লে। ঙসিসু ইবোতোম্বদু লূ লুরুক্লা কোলেজ লম্বীদা লাক্লি। বিনাতানা মমান্নবী অমগা চৎলম্বদগী ইবোতোম্ববু খাল্লকই।

- ইবোতোম্বা, হন্দক মরকসে মওং অমা তৌখ্রেকো নঙ? নঙ... নঙ নুপী হায়বদো অমতা য়েংশ্ররোই খল্লব্রাও?
- বিনাতা, ঐ নুপীগাক য়েংশ্ররোই খল্লে।
- অদুদি নঙ নয়ুমগা পাল্লরোইদ্রা?
- ঐ পাল্লরোই ফাওবা খল্লে, অদুবু মতুংদা করি ওইরক্কদবা হায়বদুদি তম্বা ঙমদে, মরমদি শকথিবী নুপীসু নুপীদি নুপীনিদনা ?
- অঙাওবসিদি তম্ফানা নঙবু নুংশিবিদ্রবসু, মঙোন্দগী হেনবী কয়া লৈরিবসিদি, মাদা নত্তেনে শক ফজবীসে।
- ঐদি মাগী ব্রাহে অদুনা মাগুম্বী অমগী অশা মঙদা ফাওবা থল্লরোই খল্লে, মাগী য়াকাদুগী চিন্দুং ইন্দুনা চৎপা ফাওবা ঐ পাম্লে।
- এ ! মানা করি ওইরদুনা, মানা হায় হায়দুনা নঙ শিবা তারব্রাও? তৌনু তৌনু অদুগুম্বা ওইদবা মীঙমদবগী ব্রাখল অদু থাদোকউ, ঐখোয়সু ইচাও চাওনা লৈরিবসিদি।
- আঃ ঐ খরা থুবা অমা লৈরে ব্রারৌনু, ঐ চৎলে।

অসুম্না ইবোতোম্বদু থুরপ খোঙ থাংখি।

ঙসিদি বি.এ.সি. পরিক্ষা ফাইনেল লোইরে। নুমিৎতুগী পরিক্ষা হেক লোয়বগা ইবোতোম্বদু থুরপ লূ লুক্লনা লাকখি। বিনাতানা লম্বীদা ইবোতোম্বনা থুরপ লাক্লিবদু উরুবদা কৌরকই।

- ইবোতোম্বা !

- বিনাতা, ঐদি লাইরিক মখা তমথগনি হায়বসু থাজদ্রে, পাস তৌরবসু তৌদ্রবসু ঐগীদি লাইবক্কীনি, ঙসিদগীদি ডি.এম. কোলেজ হায়বসিদা লাকপা লাক্তবা তম্না ঙম্নসু নত্রে। নঙগী হায়নিংবা করি লৈবগে ঐদি অথুবা খরা লৈরে।
- নহাক্কী ব্রাখলদা তম্ফানা অরোইবনি খনবগুম তৌরিবদুবু করিগীনো হায়বনি ইবোতোম্বা?
- বিনাতা, থম্মোয়দা য়েকখ্রবা হকখ্রবা শক্তম অসি ঐনা মুখৎপা ঙমগনি হায়বসে ঐ থাজদ্রে, মহাক্না ঐবু নুংশিবিদ্রবসু ঐনদি......... ঐনদি, ঐ চৎলে।

ইবোতোম্বনা লূ লুক্লনা নিংবা কাইনা চৎখিবদুদা বিনাতানা লাপলপ মাগী মরাল লৈজদ্রবা মিৎলু অদুদগী পিগী ইরা ইহৌরকই। খল্লকই, নঙবু তম্ফানা য়াবিদবা, নুংশিবীদবা অদুবু নঙতবু নুংশিজবা ঐবুনা নঙনা অমুকসু ইহোকপীরবা, ও! অসুম্বা মখলগী নুংশিবা অসিবু সমাজ অসিদা কয়াম্না লৈরমগবা! অসুম্না বিনাতাসু মিৎলু ইরা ইহৌনা মুর্তিগুম্না লেপহৌই।

হৌখ্রবা কোলেজগী পুস্সিদগী চহি মঙা হৌখ্রবগী মতুংদা বিনাতাগী কুন্নিপালশুবা মপোক কুমওন পালন অদু চাওনা পাংথোক্লনবা মপাবুংনা বিনাতাদা য়াথং পিখ্রে। মদুমক্তি বিনাতাবু মপানা হায়নবা নুপা অমদা থা অনীগী মতুংদা লুহোংনবা য়ান্নবা অদুদগীনি, হৌজিক্তি মাগী কোলেজ লাইফতা তিন্নরম্বা মরুপ মপাং খরসু বার্ত্তন তৌনিংলম্মী। মরম অদুদগী ইঞ্জিনিয়ার অমদা ময়ুম পানখ্রবী মাগী মতম অমগী চান্নজরবী মতারোই তম্ফাবুসু উন্নজরুরে। মহাক্লসু হরাও হরাও লাক্লনবা য়াবিরক্লে। মতুংদা অতে অতে নন্দা, প্রেমজিৎনচিংবা খরগসু শোয়বা য়াদেকো.... লাক্তবা য়াদেকো হায়দুনা ময়ুম ময়ুমদা চৎতুনা উন্নরব্দা হরাওনা য়াবীরক্লে। মমৈদা ইবোতোম্বগী শক্তমদু উনিংবনা লাংতক্লনা পত্থদনা মথংগী অয়ুক্তা মপাগী মারুটি অলতো অদু থৌরদুনা মমান্নবী অনীগা থৌবাল নিংঙোম্বম তল্লক্লে।

ইবোতোম্বগী মিৎমাংদা মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা মতম অমগী মরুপ বিনাতানা লুচিংলদুনা লৈশাবী অতোপ্পা অনী অমগা মখোয়রোমদা চংলক্লিবদু উরকই।

- হায় ! বিনাতা, ইথা থাজদনা, চংশিল্লক্লো চংশিল্লক্লো।

অসুম্না ইবোতোম্বনা লৈশাবী অহুম অদুবু মাঙ্গোলদা থারিবা ফানশাং অদুদা ফমথহল্লে। মহাক্না বিনাতানা লাকপা অদুদা তম্ফা য়াওরক্তবা অদুবু হংজৈ।

মতৌ অদুদা বিনাতানা,

- মীগী মচা জ্ঞান লৈবী অদুদি ইজুকেটিব ইঞ্জিনিয়ার অমগী লোয়নবী ওইদুনা কেদুনা নৌদুনা নুংঙাই য়াইফনা লৈখ্রে, অদুবু নঙ হৌজিক ফাওবা কাওবা ঙমদ্রিব্রনে?
- করম্নবুদি কাওবা ঙমগনি..... (অসুম্না হায়রম্লগা অমুক ইমুংলোমদা লাওখ্রি) ও, মুহিনি... চা লোল্লিবদু পুথোরক্লোদনা।

নুপী অমুবী মৌ নহা অমনা 'চা অসিদা লৈজরে' হায়দুনা সাইদ তেবল অদুদা থল্লি। ইবোতোম্বনা নুপী অদু মাগী নুপীনি হায়না ময়াম অদুদা শক্তাক্তুনা খঙহল্লি। ইবোতোম্বনা মখা তাখি,

- মহাক অসি ঐগী ইমা ইবেম্মা অদুগী মতেং য়াম্না পাংবীবতা নত্তনা মহাক্না ঐবুসু য়াম্না নুংশিজবা অমদি পামজবা অদুদা তম্ফাগী চিন্দুং ইল্লগে খন্না ঐনা মাবু লুহোংদুনা লৌরবনি।

বিনাতাগী মচেৎ তানা কাইরিবা থম্মোয় অদুদা মৈচাক হেল্লকখি, অদুবু পূম্নমক অদু থম্মোয়দা নমথরগা মহাক্কী ময়ুমদা পাংথোক্কদৌরিবা মাগী অরোইবা বার্থদে ওইগদৌরিবা ২৮ শুবা চহিগী ফঙ্কসন অদুদা ইবোতোম্ববু শোয়দনা য়াওরনবা কন্না তকশিল্লকই,

- নহাক শোয়দনা লাক্তবা য়াদেকো, অদুগা মুহিনিবুসু লোয়নরক্কদবনি, চৎখ্রগেকো।

হায়রম্লগা মমান্নবী অনীদুবু হৌরগা থাজগী অইংবা মাইথোংদা লৈচিল নোংফাই পারপ খল্লকপগুম্না মাইথোং থাজদু ইমক মক্না বিনাতাদু মতারোই অনীদুগা চৎখ্রে।

ঙসিগী বিনাতাগী ২৮ শুবা মপোক কুমওন নুমিৎ অদু মী ফনা ফজনা লাক্লরে। বার্থদে তৌফম কাজাও অদু ফিল্ম শুটিং তৌফমগুম ফজনা নাল্লা লৈতেংই। তম্ফাসু মপুরোইবা ইঞ্জিনিয়ার অদুনা গুব্রাহাটিদা মথৌ অমগী লৈখিবনা মতোমতা লাক্তুনা মতারোই বিনাতাগী মমান্নবা মমান্নবী কয়াবু ওকপদুদা মতেং পাংদুনা নোক-খেদুনা য়াওররি। মতম অদুমক্তদা ইবোতোম্বনা মাগী নপী মুহিনিগা লোয়ননা বিনাতাগী মমাঙ অদুদা লেপ্পরে। মথোয়না ঙমজবা খুদোল পোৎ খরা পিরম্লগা বিনাতাদা চম্লবা ব্রারী শারম্লগা নাক-য়েৎ হন্না য়েংলমদনা শিল লাংলিবশিং অদুনা পুশন্দুনা ফজনা ফমহন্দুনা থমখ্রে। তম্ফানা চঙক্লনা বিনাতাদা হংখি,

- বিনাতা, ইবোতোম্বগা ফমিন্নরিবী অসিবু কনানো?

- (বিনাতানা ইহা হাদনা খুমখি) মাগী নুপীনিদনা।

তম্ফাদু নুংশুক নুংজাননা শোনবোই করিবোই 'ওহ্বোক্লসু থিগ্রবা নুপী অমা লৌরেকো' হায়না। হৌনবী তৌফম থোকপা কয়া কেক কক্লুনা 'হেপি বার্থদে টু ইয়ু' শক্লুনা লাওদুনা থৌরম অদু অচ অথক অথুম-অহাওগা লোয়ননা ঈশৈ নোংমৈ জস্ত্রগা লোয়ননা লোয়শিনখি। পূম্নমক্না মরি মরি চৎনগ্লবদা মীয়াম অদুগী মরক্তা মতু ইপোন পোন্না ইবোতোম্বনা মাগী লোয়নবী মুহিনিগা লোয়ননা 'চৎলে, চৎলে' হায়রক্লগা চৎখিবদু তম্ফা অমদি বিনাতানা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

- তম্ফা, ইবোতোম্বনা নঙবু কয়াদা নুংশিজবা হায়রুদুনা কান্নদ্রে। নঙনা মঙোন্দা নোংমা হায়খিবা নঙগুম্বী অমবু মাগী ফঙবদি মঙ ফাওবদা খল্লুরনু হায়বদুগী ৱাখলদগী নুপী হায়বদু অমুক য়েংখ্ররোই হায়দুনা য়েংখিদ্রবনি। অদুদগী মমা ইবেম্মা অদুগী মতেংগীদমক্তা নুপী অমা থিবা তঙাইফরক্লবদা শকহেনবী অমা লৌরবদি নঙগী ৱাহৈদুগী ওন্না তৈনখ্রগনি খল্লদুনা নঙগী ৱাহৈদুগী তুংইন্না শকথিবী ওইরীবী মুহিনিবু মানা লৌখ্রিবনি। অদুবু মথম্মোয়দদি নঙবু কাওবা লৈত্রি। (অসুম্না বিনাতাদু পিরাং পিরোইনরকই)

- ও ! বিনাতা, ঐগী থম্মোয়সু নুঙগুম্বা নত্তেনে, ঐসু নুংশিবা হায়বদু মশক খঙইনে। মাগী লোন্না লোন্না য়েংলকপা মতম অদুগী মিৎয়েংনা ঐগী থম্মোয়বু পুথদুনা মাগী মনাক্তা ঐসু লৈনিংলকখি। ঐনা মাবু কৌনিংই, ৱারী শান্ননিংই। ইতারোই, অদুবু খুৎতা পাইহিবা মণি হায়বদি ইঞ্জিনিয়ার ওইগদৌরিবা ওইরগা ফমসু মথং মথং চাওরক্কদৌরিবা অদুবু করম্না থাদোক্কদগে, ৱাখল অসিনা চয়েৎননা ঐ অহিং কয়া কপ্পুনা মাবু নুংশিমনবদগী লেনখিবনি। অদুগা হৌজিক্কী মতম অসিদদি লৈফম শক-চু লমচৎ, লন থুম্না মরু ওইরকপা ওইবনা, ঐনা মাবু চৈদুনা ইনাক্তা লাক্তনবা, য়েৎলদনবা নমফুদা মপাহ্বোংদা উৎতবা য়াদ্রদুনা তৌখিবনি। মহাক্কী শক্তম ঐগী থম্মোয়দা নুংশিনা লৈরিনে ইতারোই।

অসুম্না তম্ফানা বিনাতাবু চেজেৎ কোনশিনখি, অনীদু কপমিন্নখি, অদুবু অনী অদুগী মিৎস্না মরী অদুদগী তারক্লিবা পিরাংশিং অদুগী মরোলদি তোঙান তোঙানখি।

*)*(*

# অশিবদু হিং লবকো

**মতমদু** নুংথিল নুমিদাংৱাইনি। জয়না মরুপ রবীদু উন্নীংদুনা ময়ুমলোমদা লাকই। জয় লাকপদুদা রবীনা মাগী কাদা কৌশিল্লি। পহুন্দনা রবীনা মায় অমুক্তং তাথোক্লখিগে হায়দুনা মাগী কাদগী থোকখি। তাঞ্জাদুদা রবীগী মমা শখিদু চঙলকই। জয় উবদা শখিনা হায়রকই,

- ইবুংঙো জয়, ঐখোয় রবীসে হন্দক মরকসি মওং অমা তৌই। নত্ত নত্তবা লমচৎ চৎলি হায়নসু তারে। ঐগীদি মথন্তনিনা পাম্মুজরিবা। ঙসিসু অয়ুক্তগী য়ু থকচিল্লুরব্রা খঙদে, হল্লকপগা চাকসু ইচা চাদে, হিপচিল্লগা লৈ। নঙ লাকপদুদা হৌগৎলক্লিবনি। ইবুংঙো নঙ হোরেল লাকপদা লোয়নবীরকউকো।

জয় জ্ঞান হাইরপ মন্মী। রবীগী মমানা মখোয়গী লমচৎ খঙলব্রা হায়না চিংনৈ। খুমদা য়াদদুনা খুন্মী,

- ইমা ঐগা অদুম হোরেল চঙমিন্নরক্কে করিসু থোইদোকপা খনবীরুনুদা। নহা ওইবগী থকপা চাবা অদুক মহাও য়েংবনি, কয়া কুইনা চা থক্কনি হায়গে।
- (মতাং অদুদা শখিনা নোকফেৎ তৌরদুনা) হোয়দা হোয়দা ইচাসিদি, অদু হেঞ্জিন লাকশিল্লুনুকো। খর চা-থক্রুগা অস্বাই ফাও কোয়রুবগা হেক লাকমিন্নৌ।
- (মতাং অদুদা রবীদু চঙলকই) অস! ঐখোয় ইমাসিমা, খর লৈরদি মরুপ মপাং অমতা তিন্নবা য়ারোইদৌরিকো।
- (মচাবু নুংশিনা মুন্না য়েংলগা) ইচাবু ফহন্নীংদুনা তৌরিবনিনে।

হায়দুনা রবীগী কাদগী থোকখি। হৌজিক্তি রবী অমদি জয় বজারগীদমক থোরক্কে।

অনীদুনা বজার য়ৌরকপগা রবীনা জয়দা য়ু লিক্লি মখায় অমতং পায়ননবা হায়জরকই। জয়নসু নখোয় ইমাগী মমাঙদা ঙাওবা য়াবা নত্তে হেঞ্জিনগুমসিকো হায়দুনা ভেন্দরদা চঙমিন্নরকই। মতমসিগী ভেন্দরনগা হোঙবনে চঙফম ৱাত্তে। চাননবা ওকশা

খরগা লিক্লি মখায়দু গর-গর তকশিনখি। জয়দি অমহাগী অমহানি। নিশা পান্দে অদুগা রবীদি অয়ুক খর হেঞ্জিল্লুবদুনা মকোক ঙাওরকই। অদুবু জয়গী মমাঙদা নিশা পান্দবা শাদুনা থোরকই। মতুংদা মফম খরা চৎলগা মরুপ মপাঙশিংগা ব্রারী শান্নরকই। মরুপ মপাংশিংদুনা য়ামন্দদুনা য়ু খর অমুক থক্লে। হেঞ্জিনগুমসি হায়না হায়না ফনা ফজনা পায়রকপদুনা রবীদু নুংঙাইখৎলকই। নুমিদাং পুং ৯ মুক তারে। লম্বী সরক মী ইতাক তাক্লক্লে। মতাং অদুদা নুংঙাইরবা রবীনা পিছ্ মচা অমতং কাপ্তুনা য়েংসিরা হায়না হৌদোরকই। জয়সু নিশা খর খর লাক্লবা অদুদদি য়ায়নে হায়রকই। পছুদে অনীদু, গপ গপ তাদা নবগী শঙ্গায় তক্লকই।

তাদা নবা নম্বর ফোর চাবা মীনি। মহাক এদিক্ট ওইরে মরম অসিনা নম্বর ফোর ফজনা থম্মী। মরমদি মদু খর য়োল্লবদি মদুনা মাগী শেন্দোং ফংবতা নত্তনা মাগী নোংমগী ফোর কাপ্পগী পৈশাদি তিংদ্রে। অদুবু হেক্তমক ফোঙনা য়োনবদি নত্তে। পুরা য়োনবসু নত্রি। মাবু খঙবা খর নত্তনা অতৈ কনাগম্বনা মহাক নম্বর ফোর য়োল্লি হায়বসি খঙনবা নত্তে, ফোর কাপ্পী হায়বদি অদুম্মক খঙনৈ। মহাক্কী য়ুম অদু তুরেল মপাল ওইরপ্না লৈ। য়ুমসু লাপ্প লাপ্পা তাবনা মাগী ইমুংদা ব্রা ব্রা নিল্লবসু য়াম্না মকা লামদে, হায়বদি মীনা কয়া তাদে। মরম অদুনা নিশা নুংঙাইরবা লমহেনবা পাখং অনীদু নবগী থোঙজিন্দা থুংলরে। নুমিত্তু নবগী পৈশা চিনবা নুমিৎনি। পোৎসু অমতা য়োন্দ্রি। অমা অনীদা লাক্লদি ফনিদা খন, চাক তোকলগা ফমথবদা মঙায়রি। লাক্লিবা অনীদুসু নম্বর ফোর এদিক্ট ওইবা নত্তে। মরক মরক্তা য়ু পেগ অনী অহূমগকা থক্লুরগা পিছ্ মচা অমতং কাপ্পগা নুংঙাইবা ফংবদুদা লাকখিবনি। রবীনা খল্লিবনা মাগী কোক্তা লৈরিবা য়ুগী নিশা অদু ফোর কাপশিল্লগা ঈংথহনগে হায়বসিনি। নবদু পাখং অনীদুনা থুংলরবা অদুদা নুংঙাইবদি পোকই অদুগা অমুকসু তনবা পোকই। মরমদি অনীদুনা ঙাওরিবা খুৎঙাওদুদা।

- করিগীনো নখোয় অনীনা য়ু থকচিল্লগা লাক্লিবসিবো?
- য়াম্না থকপা নত্তেদা তাদ, পেগ মচা অমমম্দং পায়রকপনি। লৈরবদি পিছ্ মচা অমমম্দং য়েংজগে হায়দুনা।
- তৌনু তৌনু, তৌনুকো। ফোর হায়বসে অফবা পোৎ নত্তে। মীপূম খুদিংনা খঙনদুনা লৈরবনি। য়ু থকচিল্লগা মসি শীজিন্নরবদি শিবা হায়বদুদি য়েন্নখাদা লৈরবগুম্বনি,

কুইররোই। অদুগীসু মথক্তা নিশা অনী শীজিন্নবা অফবা নত্তে, কান্নদে চৎখ্রো।

- তাম্মোসি ব্রারৌরমাল্লে, ব্রারৌবীনুদা। পিছ্ মচা অমমম্‌দং ওইরবসু ফংহনবীয়ু। পামজমন্দুনা তৌজবনি কৈদৌগে?
- পামজবা হায়বদুদনিনে শোয়দৌরিসে। লমদমনখিদুনা এদিক্ট ওইরবদি পৈশা য়াম্না চঙলকনি, নশা শোক্লকনি। কান্নদেসে চৎখ্রো ঐ নখোয়দা পোৎ পীবা শুকঙম ঙল্লোই।
- অস তাম্মো।
- ঐসু য়োন্নিংদবা নত্তেনে, নখোয়গী ফিভম মতাদুদা কমদৌনা পোৎ পীদৌরিবনো? ঐ মী হাৎনবা লৈবা নত্তেকো, চৎলো চৎলো ব্রা মখা তানু। লাইরিক লাইশু ফনা য়াম্না তল্লবা ঙাক্লি, জ্ঞান তাখিদ্রেদা।
- তাম্মো ননাওশিংবু নুংশিবীয়ু কৈদৌবগে?
- নখোয় অনীসি অনম কনখ্রেহে সৈত্য। পীদবসু হেক্তা ঙমদবা। সে সে পিছ্ অমমম্‌দগী হেন্না তৌবা য়ারোইকো।

অসুম্না নবনা হৌগত্তুনা লোন্না পিছ্ অনীখক খায়দোক্লগা মখোয় অনীদা পীরে। অনী অদুনা জ্ঞান তানা ফমাঙ অদুগী ফক অদুদা ফমথরে। অনীদুনা শেম শারদুনা সিরিঞ্জ অদুদা ফোর অদু ঈশিং খরগা চিংখৎলগা অমুক অমুক কাপ্পরে। অনীদু নুংঙাইরবা মঙলান অমগা লোয়ননা ব্রারী শাই। পুংখায় অমমুক ফমথরবা মতুংদা রবীদু লৈমায়দা তপ্না তুথখি। জয়না ইপা পাখৎনা চিংখৎলুই অদুবু থরেক থরেক্লনা অমুকসু তুথখ্রে। জয়না জ্ঞান মাঙলদুনা তাদ নবদা তম্মী। নবদু কাংথোলদগী ওন্থদে হায়বদা খাকই, ফিংলপ হৌগৎলকই। মখোয় অনী চঙদুনা লেকথদুনা তারিবা রবীগী লম্বাইদা ঈশিং থাই অদুবু জ্ঞান তারকপা লৈতে। অনীদু মিপাইবা হেনগৎলকই। নবগী মবেম্মা তাবাবী পাখৎপনা খম থেংখি। নবনা তবাবীবু তপ্না হিপথরগা লৈননবা হায়রকই। অদুবু তবাবী মিহুল চেনগুম চেনগানরকই। মবুক্তা খল্লকই - অসুম্বা থবকসি লৈমন্দবদগী তৌবনিকো।

নবগা জয়গনা ফনা কন্না মশা থেক খোত্তুনা হোৎনরি। অদুবু রবীগী জ্ঞানদি লাকপা লৈখিদ্রে। মচিনবান্দা কোঙ্গোল কারে, ফিভম অমা কায়রক্লে। মদু ওইদুনসু মিহুলদি হুল্লি। অদুগা স্বরসু পিক্লপ হোনবদি লেপত্রি। মখোয় অনীনা জ্ঞান লাকখিবদি য়ারি খন্নদুনা নমদুনা থেক্তুনা হোৎনরি। মমৈদদি অতে উপাই উবা ফংলক্তে। নবদু পাখৎমনখিবনা মমিৎ তোয়না কুপ্লকই, মশাদু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলকই। করিগুম্বা

রবীনা ইমুং অসিদা শিবা থোক্লবদি কমদৌবা ! লৈকাই মৈরা পায়বী অমদি ক্লবনা মাগী য়ুম শীবা নত্রগা ময়ুম মৈ থাখিবা শোয়দ্রে। পিক্লিবা মচাশিংদুগা করম তৌবা! খল্লুবদদা নবা জ্ঞান মাঙবা হৌরক্লে। অমরোমদা রবীগী মখোঙ চাদবা মতৌ খঙবদগী মমানা মচানুপাগা লোয়ননা হনমিন্নরকউ হায়রকখিবা রবীগী মমাগী ব্রাহ্মেদু জয়না খংনীং নীংশিংলকই। করিগুম্বা রবীনা শিবা তারবদি রবীগী মমানা মচা কদাইদা থন্নম্লে নৎত্রগা নঙনা হাৎপনি হায়দুনা মহাকপু অব্রাফমদা পীবদি শোয়দ্রবনি। খল্লুবদা জয় নিশাগা পূম্মাঙ মাঙখ্রে। কোকচাউবী ফুং-ফুং কারকই, হুমাং অনপ্পী কাংলকই।

অনীদু ব্রাখল মান্নে। কিবনা থক-থক নিক্লে। অসুম্না হোৎনরকপসিনা নোংয়াই মতুং পুং অমা তাশিনখ্রে। মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়বসি অনীদুগী চপ মান্নবা ব্রাখলনি। মরম অদুদগী নবনা রবীগী হকচাংদু মফম অদুদগী পুথোকপা পাম্লক্লে। অনীদুনা খন্নবা য়াবা খন্নরবা মতুংদা নবা অমসুং জয়না রবীবু তুবেল মপান অদুদা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা পুথোরক্লে। জয়না রবীগী সেন্দল অদু তপ্না লৌথোক্লগা খোঙ্গ্রাও অদু খর থেক্কৎলে অদুগা মখোঙ অনীদু ঈশিংদা তীংনবা হোৎনরকই। মশা অদুনা তোর্ব্বানগী লৈমায়দা হিপথহল্লে। থামম্বা অহীং অদুদা অনী অদুনা তোর্চ মচা পিশক অমগা মকোক্তা ঈশিং থাবা লাক্লরি। মতম অদু ফাওবদা রবীগী জ্ঞান লাকপদি মরৈখিদ্রে। ফিভম অসি য়ৌরবসিদদি জয়দু রবীবু শংত্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে। জ্ঞান মাঙশিল্লক্লবা জয়না মখুৎ লোন্নরদুনা নবদা হায়জরকই,

- তা নবা ঐহাক লাইরিক তম্নবগীদমক নিংথৌকাবা নুমিত্তা দিল্লিদা চৎকদবনি। ঐ পূম্মাঙ মাঙবা তারে। উপাই অমা তৌবীদুনা তা নবনা ফনবা শীনবীরো, ঐ চৎচখ্রগে।

জয়না কপ্পুনা হায়জরবদুদদি নবদু তৌফম খঙলক্তদুনা চৎলো হায়দুনা থাদোকখ্রে। হৌজিক্তি নব মতোমতা ডায়হৌরে। টোর্চ মচাদুমগা বেরি মচৈ অমা চিংলদুনা তাদুনা লৈরিবা রবীগী নাকল অদুদা ফমদুনা লৈরি। খল্লি করি তৌসিগে, খন্না খন্না রবীগী মনাতোন্দা স্বর হোনব্রা অমুক য়েংই অদুবু স্বরদি অদুম্মক হোল্লি। মখুদাংগী মিহুল য়েংই, মিহুলসু পিক্লপ অদুম্মক হুল্লি। মশা পায়দুনা অমুক য়েংই, মশাদুদি উনগুম ঈংলম্লে। করিনোনে তৌরিসিবো! ঐগী নুমিৎ শুরবজাৎলা। মহা চন্দানগী অঙাংদুমসু কপশিন্নরগা চেনখ্রবা। খল্লকই অমুক ব্রাসনুদা ঐ, অঙাংশিংনা থেম্বদা ঐনা

পংথরব্বা। ঐনা ঙমদুনা পীরমদ্রবদি ঐনা ব্বারীবসে ব্বাখিদ্রা। নোংঙাল্লমদাইগী তয়িংবা নুংশিৎনা নবগী হকচাং ঈংথহনবা ঙমখিদ্রে। খল্লকই মথম্মোয়দা "শোয়দ্রেদনা, শিরনি শোয়দনা।" মসি ওইদুনসু শিদ্রিবা রবীবু তুরেলদা থাদখিবা হায়বদুদি মহাক পামখিদে। তাদুনা লৈরিবা রবীদু মুন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা তুরেল তোর্ব্বান্দা কাখৎলক্লে।

মতম অদু ফাওবা তবাবী তুল্লমদ্রি। শুৎ-শুৎ কপ্পুনা লৈরম্মী। নবদু তবাবীগী মতৌ য়েংলুরগা ওস্থোক্লা নীংঙল্লক্লে। নীংঙমদ্রে কৈদৌরুনি হৌজিক্তি, থোক্কদবা থোকখ্রে। থেমজিল্লকই তবাবীবু

- ব্বারুরনুদা, খরদি ফগদৌবা মালহৌরে। ঙাইহাক ইংথহল্লবদি মফরনিদা।
- মখোয় বাবা মসিগুম্বা থবকসে মতুংদা অমুক হন্না তৌরগুমসিকো।
- হোয়দ হোয়দা, চারা হেন্দুনা শিরফাওবা মসিগী থবকসিদদি ঐ মতৌথ্ররোই।

নুংশা থীজরবী তবাবীবু থেমজবখক্তনি ঐবু করি ওইরগবা খনবদা পোত্থাফম খঙদ্রবা নবা কোকচাওবী ফুং ফুং কাখৎলকই। মনীংদা উচি নৎত্রগা হৌদোংনা শ্রোৎ শ্রোৎ তৌরকপদা ফুক হৌগৎলি থোঙজিন মপান্দা তৌফম খঙদনা লেপ্পুই। ব্বাখল অমুক ফাথৈ। মী নত্তমাল্লে খল্লদুনা। ফমুংদা অমুক ফমথৈ, বেরি মচৈ অমমুক চমখৎলি। অমুক লেপখৎলি। খনবমখৈ খল্লুরগা অমুক্তদি য়েংলুখিগে খন টোর্চ অদু কাপ্পদুনা তপ্না তপ্না তোর্ব্বান তল্লকই। রবীগী ফিভম হান্নগুম্না ইকায় কায়রমদে। স্বর হোল্লিব্রা হায়দুনা অমুক য়েংই, অদুবু স্বরদি অদুম্মক কায়দনা হোল্লম্মী। মিহুলসু হান্নগী হান্না হামু হামুনি। মকোক্তা ঈশিং খর থাবীরগা মশাদু চেপথোক্তুনা অমুক য়েংলুই। য়াদ্রে, মশাদু পদ্রাক পদ্রাক তারে। উপাই লৈতে নবা, ময়ুম লোমদা অমুক তপ্না তপ্না কাখৎলকই। তবাবীদু হৌজিকফাওবা তূল্লমদ্রি। হংলকই পাখৎলপ,

- কমদৌহৌরে?
- ফরনিদা (নবনা হৈনীংদনা খুম্মী) নুংশা করিসু থীরুনু। মাগীসি য়ু হেনজিনখিবদগী তৌবা মাল্লি।
- মসিগী থবকসি তোক্লসিকো। নঙসু চাবা থকপা তোক্লো, মসিদি শিফম নাফম্লিকো।
- হোয়দা হোয়দা, পুক্সিসিদি সি ঙাক্তনি। তুমিন্ননে তূম্বা অমুক্তা থেম্মু। ঐসু তূল্লগে। কৈসু তৌরোইদা নঙনা হেক নুংশা থীগনবসিননে।

মশাগী ব্বাখল ফাওবা ফাথবা ঙমজদ্রবা নবনা মাগী নুপীবু থেমজিল্লগা ফমুং

চঙদুনা হিপথখি। খল্লি মণ্ডল মণ্ডল হন্দক অমুক চৎপদা শিরল্লবদি তুরেলদা ইছুখ্রগে। থোক্লবা অমা মরাইনা লাকচরনি। করিদি তৌনি, লাইনা তম্বা হায়বদুনি। ও ! মসি ওইরেকো নম্বর ফোর য়োনবা চাবগী নুংঙাইবা! ফনা কুইনা ভাবনা শাবা ব্রাখলদা তাউথরুবদগী রবীগী ব্রাখল ফাওবা কাউথোকই। মমৈদা মানা নিংশিংলকপদু পুং অনীগী কাংশি খিংলকপদুদনি। ফুক হৌগৎলি। মাগী থানবা লৈত্রবা নুংশিরবা টোর্চ মচাদু পায়রদুনা তোর্ব্বানলোমদা তফিং তফিং চেল্লকই। মানা তোর্ব্বান্দগী তুরেল মখাদা কুমথদুনা রবীনা লৈহৌবা মফমদু হেক য়ৌরকপদা নব স্বায় লাউবগা লোয়ননা কোকচাউবী ফুং কায়। ঙসাই তাদুনা লৈহৌবা রবীগী হকচাংদু লৈরমদ্রে। নোংঙাল্লমদাইগী তইংলবা নুংশিৎকী শাহুমদা নবগী হকচাংদু হুমাং অনপ্পী কাংখৎলকই। মশাদা অনীকপা ফাওরকই। তুরেলগী ঈমায়দা টোর্চ কাপ্তুনা হন্না হন্না য়েংঙি। ঈচেলদি হৌজিকফাওবা মোং হাদনা চেহ্নরল্লি। খল্লি- শিদুনা তাউথখিবা ওইবম্বা তারে, ঐ মফম অসিদা লৈথবা চুমদ্রে খন্দুনা ময়ুম তম্না প্রপ প্রপ চেনখৎলকই।

মানা ময়ুম য়ৌরকপা মতমদু তবাবী তূম্লম্লে। মদুমদি মঙোন্দা খর খজিক শাফরে। নৎত্রবদি হংবদা মহাক খুন্ফম খঙলরোইদবনি। তৌফম খঙদ্রদুনা বেরী মতেক থি, মৈখেৎ খেৎলগা ফু-ফা ফু-ফা চিংলগা শৎ লংথোকখি। ফমুংদা অমুক হিপথৈ, ফুক অমুক হৌগৎলি। জ্ঞান তাদে, নবা উপাই লৈতে। পহুবা তৌদনা তুরেল খোঙবান্দা অমুক চেন্দুনা য়েংলুই, রবী লৈতবা শেংলে।

অয়ুক্কী মথৌ তৌগদবা লোইরে। ব্রাখলদু নিংজিং মাংজিং থবক অমতা মওং চুম্না তৌবা ঙমদে। নুংনাংবা ব্রাখলনা পোত্থাফম খঙদে। তাঞ্জাদুদা তবাবীনা খোনশিদা হংলকই,

- ঙরাংগীদু কমদৌথ্রবা?
- ফদুনা চৎখ্রেদনা (নবনা য়ারক্তা ঙংলকই) করিমতা খল্লুরনু।

তাবাবীদু হরাও হরাও ইমুংদা চঙখি। মদু উরগা নবগী ব্রাখল মকা খজিক লাল্লকই। অদুবু অয়ুক অদুদা করি ওইরকপা হায়বদুমদি মাগী থম্মোয়গী ব্রাহংনি। অসুম ফুম্বংননা লৈবনদি কান্নদে ঈরাং হাইফেৎ য়েংলুগে খন্দুনা লুপা মঙাখক হাপচিল্লগা বজার ময়াগী হোটেলদু তম্না লাক্লে। হোটেলদা শানরম্না ব্রারীদু মহাক মুন্না তারি। অমনা হায়,

- নম্বর ফোর চাবা অমা ঈশিংদা তাউথরকই হায়নরিবদু দোজ হেনবদগী শিবনি হায়নৈদা।

নবা মপুক্লিংদু ব্রাই ইচিন চিল্লি, স্বাই স্বাই লাউই। ইহৈ হৈনদে, ব্রা কন্না ঙাঙনীংদে। মঙোন্দা য়েংলকপোইদা নীংই। মহাক নম্বর ফোর চাবা মীনি হায়বসি পূম্নমক্না ইখঙ খঙনবনি। নুংশা ফূইনা ফূইনা হোল্লদুনা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই। নবনা খল্লি পিছ্ অমতংদি কাপখিগে অদুগা হয়েংমক লায়েংবা চৎলগে। মখুদাংদা ফি কিশিল্লগা শিংলি থিদুনা কাপশিল্লি। ব্রাখলদু নে হেক তায়। তাঞ্জা অদুদনি সুনিল হায়বা অঙাংদুনা প্রপ প্রপ চঙলক্লগা নবগী মনাকোং ময়াদা হায়রৈ,

- তা নবা পিছ্ অমতা।
- লৈত্রে লৈত্রে ইবুংঙো (নবনা পাখৎলপ) ঐ মদুগী থবক্তু থাদোক্লে।
- তা নবা উপাই অমতদি তৌবীয়ুদা। ঐসু খঙইদা তা নবা, কান্নদেদা। রবীগা জয়গনা মরাঙ কাযনা লৈহৌরি হায়দুনা ঐঙোন্দা লোইনা তন্নক্লবনি।

নবদু খংপ্রেক খংই, ববীগী মমিং পল্লকপদুদা। সুনিলদা মুন্না য়েংলগা ঙক্লপ হংলকই,

- রবীগা জয়গা?
- হোয়নে তা নবা, ঐবু অতোপ্পদৌনা।
- মখোয়দি কদাইদা লৈহৌরিবা?
- করিনোনে তা নবা, নমীৎ ননাগা চপ য়ুংখৎলদুনা তৌরিদুবু? হো মখোয় অনীদো হোটেলদা মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি চা থকহৌরি। কান্নদেসে মখোয়গী ব্রা, কদাই পিছ মচা অমতা।

মপুক্লিংদা নবনা খল্লকই ঐবু ঙরাংগী থৌদোক্তুবু মঙলনে! হুম, মঙ নত্তে। অদুগা রবীগা জয়গনা কদোমদগী করম্না! রবী হিংলবা! জয়গা থেংনখ্রবা! ঙসাই হোটেলদা হায়নহৌবা তুবেলদা তাউথরকই হায়রিবদুনা কনা? ব্রাখলদু নুংঙাইমনখিবনা তুদুম চুংই। মথন্তু স্বর অমা শ্রাংনা হোন্দোক্লুরগা শোল্লকই- "অশিবদু হিংলবকো !"

*)*(*





# ফুরাইলাৎপম রেবতি শর্ম্মা

শোক ১৯৫৫ গী ওক্টোবর ১৭, নিংথৌকাবা নুমিত্তা থৌবাল অরাং লৈকাইদা পোকই। ফুবাইলাৎপম কৃষ্ণদাস শর্ম্মা অমসুং নিংগোললৈমা দেবী অইবগী অপোকপা অমসুং অপোকপীনি গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয (১৯৭৫) গী আর্টস গ্রেজুয়েটনি। ছাত্রগী পুন্সিদগী হৌনা সাহিত্য অমদি কালাবু পামজবা [illegible]। [illegible] শুমাংলীলা অহুম মশামক্লা ইদুনা মশামক্লা শক্তম লাংবা [illegible] শম্লক্খ্রে। [illegible] ডি. দা ড্রাউস্টমেন (এসব) ওইবগী শোক ২০০৩ [illegible] বিতাযর্দ তৌখ্রে মণিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, কলচরেল ফোরম ইম্ফাল [illegible] মণিপুর [illegible] কলম্নিষ্ট [illegible] লাইফ মেম্বর [illegible]। মণিপুরগী অখন্নব [illegible] খবর [illegible], [illegible], [illegible], [illegible] নচিংবা মবক মব [illegible] ইর্জাবর্বানি। [illegible] মণিপুরদা ফোঙবা জর্নেল খবদা অমসুং মপাল্লমদ ফোঙবা জর্নেল অমদস বারীমচা শৈরেংনচিংবা ইর্জবিবনি। ভাবতিযা দলিত সাহিত্য একাদেমি নিউ দিল্লিগী ডা: অমবেদকর ফেলোসিপ এবার্দ শোক ২০০৪ দা ফংখ্রে।